ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯒꯤ ꯃꯟꯗꯂꯥꯟ

# মণিপুরী
# সাহিত্যগী মণ্ডলান

অইবা
ডো:এল:শশীকুমার, য়ুরেম্বম

মহৈসাগী লৈশ্রুযাগী ম'টৈ

# মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

অইবা

ডা: এল. শশীকুমার, য়ুবেন্দ্রম



নোংচুপ হাবম খোবজে লুপ (নোহাখোল)
য়ুবেন্দ্রম

*Manipuri Sahityagee Manglan*

(A collection of 21 Manipuri Critical Essays in Literature and Culture)

Written by Dr L. Shashikumar, Yurembam

Published by **Purnima, Tarubi and Soniya Devi** on behalf of
NOHAKHOL, Yurembam - 9862948489 , 9862285859

I S B N 978 - 81- 923221 - 5 -5

অহানবা ফোঙবা - ২০১৩

অফোঙবা - পুর্ণিমা, তরুবী অমসুং সোনিয়া দেবী অহুম্না
নোহাখোলগীদমক

কপী মশীং - ৫১৫

কপীরাইট - অইবা/অফোঙবা/নোহাখোল

মখুম - কল্লেক্সন চনোশা

মমল - লুপা ১৫০/-
লুপা ১৮০/- (অথাবা মখুম)

নম্ফম - চনোসা প্রিন্টিং বাক্স, সলাম/য়ুরেম্বম লজাব

# প্রসিডেন্টকী মফমদগী ৱাফম খবদং

মণিপুৰগী নোংচুপ হাবমদা লৈবা নোহাখোল , **খ্:কুম ১৯৯১ দগী ঙসি ফাওবদা চহি ২২ গী মনুংদা মণিপুৰী সাহিত্যগী পূক্কৈদা মখল মখেলগী লাইবিক ১০০ খুদোল তমখ্রে** । হন্দক্কী ডা: এল শশীকুমাৰগী "মণিপুৰী সাহিত্যগী মঙলান" হায়না কৌবা নৈন-ৱাবেং অসিনা **নোহাখোলগী ১০১ শুবা খুদোলনি** । মথংদা নোহাখোলগী ১০০ শুবা লাইবিক "থৱানমিচাক পবেং" হায়বা খোম্জিনবা লাইবিক অমসু নুমীৎ খবনিসিদা থুনা ফোঙজবগনি ।

নোহাখোলগী "ঈচেল" চহিগী লেপ্তুনা পুথোকচবি । মসিগী মথক্তা লেপ্তুনা সাহিত্য নৈনবা, শৈবেং শৈদিন্নবনচিংবা কয়াসু মতম মতমগী লেপ্তুনা পাঙথোক্লি । **পূম্নমক্কী মনুংদা নীংশিং সাহিত্য মনা অহুম থমজরি ।** ১ উধব নীংশিং সাহিত্য মনা ২ থোইবী নীংশিং সাহিত্য মনা অমসুং ৩ চন্দ্রমুখি নীংশিং সাহিত্য মনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা সাহিত্যকাবশিংদা পীজবি । মথংদা স্বৰনলতা নীংশিং সাহিত্য মনা অমসু থমজবগনি ।

নোংচুপ হাবম খোবজৈ লুপ(নোহাখোল) না লমদমসিগী সাহিত্যবু নুংশিবীবা খ্বাই পূম্নমক্কী মফমদা ডা· এল শশীকুমাৰ , যুবেন্দ্রমগী নৈন-ৱাবেং অসি থম্মোয শেংনা মীয়ামদা খূৎশিন্নজবে ।

প্রসিডেন্ট
কুঞ্জো সিংহ নিঙোম্বা
নোহাখোল

# অইবগী ৱাবোল

ঙসি মণিপুবগী অখণ্ড অহৈ সাহিত্যকোব মযামগী মাঙদা পুখোকচবিবা লাইবিক মচাসি ঙসিদগী চহি ৩৭/৩৮ গী মতমদা থেংনবকখিবা কযাবু নৌহৌননা নীংশিংজবগা মতম শাংনা ঐগী তাবুনুংদা লৈবম্না কযাবু লাইবিক ওইনা পুখোকচবনি। মতম অমগী ঐখোয খ্বাইবু লমজিং লমতাকপিবম্না ওজা গুকশিংনা তাকপী তম্নীবম্না খবদং নীংশিংজবগা পুখোকচবনি। লাইওইখ্রবা ওজা ব্রজবীহাবী, মীনকেতন, গীতচন্দ্র তোংব্রা অমসুং অনন্দমোহোন, পণ্ডিত খেলচন্দ্রনচিংবা ওজাশিংগী মফমদা তৌমীমল খণ্ডবা উৎচবি।

লাইবিক মচাসিবু মীমাঙদা পুখোক্লবা হোৎনজবদা প্রপগী অচৌবা থৌদাং যাবীদুনা মাইপুনখিবা ঐগী মকুপ লাঙ্গোন ইবোযাইমা, লোয়ননা ডি টি.পি গী শকক যাবীবকখিবা চানোসা প্রিন্টিং ৱার্ক্সকী পব্লিসাব প্রমোডপুসু থাগৎচবগা লোইননা ইকাই খুম্নবা ফোঙদোকচবি। লাইবিকসি ফোঙদোকপদা মতেং পাংবীখিবা পূম্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচবি। লাইবিকসি ফোঙদোকপগী অযাবা পীবীবিবা নোহাখোলগী থৌবুবোই ,খ্বাইনা ইকাই খুম্নজবিবা প্রসিডেন্ট , কুঞ্জো নিঙোম্বা, ৱাফম খবদং ইবীবকখিববু তৌবীমল খণ্ডবা উৎচবি।

অবোইবদা হাযজনীংলিবদি ঐগী খবদং খোমজিঞ্জবিবসিনা মপুং ফাবদি নত্তে। অৱাৎপা চিৎথ- নাম্থবা কযা শোযদনা লৈফম থোকই। মসিমক্লা ঙসিগী সাহিত্যবু নুংশিবীবা কযানা তাকপীবকপা হবাওনা লৌজগনি। লাইবিক মচাসি থম্মোয় শেংনা মীযামদা খুৎশিন্নজবি।

ডা: শশীকুমাব ,য়ুবেম্বম
৯৮৬২৯৪৮৪৮৯ , ৯৪০২৪২৫২২৮

# য়াওফম

## বস হায়বসি ফোঙদোকপদা মপুং ওইবা মশক খবদং

**বস মশক তাকপা :**

বস কদাযবু কৌবগে হায়বসি খঙননবা অপান্ননা থিন্দুনা তাকপা অবায়বা থবক নত্তে। তোঙান-তোঙানবা লাইবিক্তা তোঙান- তোঙানবা তাঙ্কক্তা পণ্ডিৎশিংনা বসকী মশক তাক্লনবা হোৎনৈ । বস হায়বা অসি - পুক্নীং ইহুন হৌহনপোৎ, পুক্নীং ইহুন হৌনফম, পুক্নীং ইহুন খুদম অমসুং পুক্নীং ইহুন হেঞ্জিল্লকপা খুদম, মখোইশিং অসিগী বর্ণনা অমসুং অভিনয় মখল মবিগী চমৎকাবিতা অদুনা মবম ওইদুনা নাযক- নায়িকাশিং অদুগী পুক্নীং ইহুন- (নুংশি- নুংঙোল, অবাবা, অশাওবনচিংবা) অদু ভাবুকী থম্মোয়দা তং পানবগী (ওদ্ভাবভবিত ওইবগী) মশক ওইবা নুংঙাইবা অদুবু বস কৌই হাযনা বস- শাস্ত্রনা তাকই।

মদুদি -

> "বিভাবেনা- নুভাবেন ব্যক্ত : সঞ্চবিনা ওথা ।
> বসতা- সেনি বত্যদি : স্থায়িভাব : সচেতসাং" ॥

বিভাব (ইহুন হৌহনপোৎ, ইহুন হৌনফম),অনুভাব (ইহুন খুদম) অমসুং সঞ্চাবিভাব (ইহুন হেঞ্জিল্লকপা খুদম) মখোয়সিনা বসিক সমাজগী মফমদা ফাওহল্লকপা নুংশি-নুংঙোলনচিংবা ইহুনশিংদুনা বসকী মতৌদু ফংই। "আনন্দচমৎকাব ময়ত্বে সর্ত্তি বিভাবাদি সমজ্ঞানত্বং বসত্বং" - (ভাবতা চার্য্য হবিদাস) হায়বদি হাযনিংঙাই লৈতবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ইহুন

হৌহনপোৎনচিংবা পূন্না খঙবদুবু বস কৌই ।

কাব্যগী ওইবা কবিগুন্না পোখোক অমা পাবদা নৎত্রগা তাবদা, পাবিবা নৎত্রগা তাবীবা মী অদুগী থম্মোযদা অমদি পৃক্লীংদা সংসাবগী অতোপ্পা নুংঙাইনবা পোৎশিংদগী ফংবা নত্তবা, থোইদোক-হেন্দোকপা ফংঙমদ্রবা নুংঙাইবা অমা ফাওবকই ; অদুগা মতৌ অসুম্না ফাওবকইবা আনন্দ অদু ব্রাহৈনা মপূং ফানা ফোঙদোকপসু ঙমদে, মসিবু কাব্যদা 'বস' (মহাও) হায়না খঙনৈ । কাব্যদা ঐখোযনা ফংলিবা নুংঙাইবা অসি তাইবংপানগী পোত্তগী মতম পূম্নমক্তা ফংবা ঙমদে । তৌইগুম্বসুং কাব্যদগী লাকইবা আনন্দ অসিদি মতম পূম্নমক্তা শোযদনা ফংই । মসিগী খুদম ওইনা - "খম্বা- থোইবী শৈবেং" দা খম্বা অমসুং খম্বুনা থোংলেনগী মযূমদা মোইবাং থাংজীং হবাউবা যাওননবা ফি ব্রাযবা চৎপদা, থোংলেনগী মনাইশিংনা খঙদবদগী খম্বা- খম্নুদা অব্রাবা পীবদা ঐখোযসু মখোযগা লোয়ননা ব্রামিন্নৈ অমসুং থোংলেম্বীনা- পাখং ফাববা খম্ববু খোন্নাং ইনবিবদা ঐখোযসু খম্বগা লোযননা খোন্নাং থকমিন্নৈ । কাব্যগী অসিগুম্বা মহাও অসিবু বস হায়না কৌই ।

ঐখোযগী থম্মোযদা নুংশি- নুংঙোনবা, অশাউবা, নোক্লিংবা, কপ্লিংবা, তুক্কচবা অমসুং অকিবনচিংবা অবেপ্পা ব্রাখল ইহুন কযামকম লৈ । ঐখোযনা নাটক যেংবা নৎত্রগ: উপন্যাস পাবদা থম্মোযগী ব্রাখল ইহুনশিং অদু হৌগৎলকই হাযবদি মশক উৎলকই । মসিবু বস ফাওবা, নৎত্রগা বস খঙবা হাযনা কৌই । মতৌ অসুম্না নাটক্তা, নাটক্কাবগী থম্মোযদা তুমদুনা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা পৃক্লীং ইহুনশিং অদু য়াকাইহল্লি । মতৌ অসুম্না মওং অমত্তদা উপন্যাসতা উপন্যাসকাবনা মহাক্কী হৈ- শিংবা বর্ণনানা পাঠকশিংবু কবিগুম্বদা অকি- অখ‌্তনা থল্লবা মফমদা অমুক্তা মিনুংশিগী পিবাংতগ্য পিবোইনহন্দুনা পৃক্লীং ইহুনশিং অদুদগী বস থোবকই । মী অমগী পৃক্লীং ইহুন অদু হেক হুল্লকপদগীনা অয়ৌবা পম্বেং ফাওবদু বর্ণনা তৌদুনা অমসুং অভিনয তৌদুনা পাঠকশিংগী অমসুং দর্শকশিংগী থম্মোযদা তং পান্দুনা নুংঙাইহনখিবনা সাহিত্যকাবগী কলমগী জগোই মহৈ- যানবনি হাযনা শীংথানৈ। মবম অসিদগী

বসনা জীব ওইবা ৱাহৈ পবেংবু কাব্য কৌই ("বাক্যাং বসাত্মকং কাব্যং"- সাহিত্য দর্পন) হায়না বস শাস্ত্রনা তাক্লম্মি ।

**বস মখল :**

সমাজগী পুক্রীং ইহুন অসি মখল যাম্মি । মবম অসিনা বস মখলগী মতাংদা তোঙান- তোঙানবা মোৎ লেপ্লে । বিশ্বনাথ কবিবাজগী মোত্তদি বসকী মখল অসি ৮(নিপান) খক্তনি । অদুগা ভবত মুনিনা অমুক নিপান অসিগী মথক্তা শান্ত হাযবা বস মখল অমসু যাওহল্লম্মি । মবম অদুনা মসিগা হাপ্লগা বস মখল অসি ৯(মাপল) নি । পূম্নমক্কী মথক্তা বৈষ্ণবশিংনা বাৎসল্য হায়না কৌবা তবাশুবা বস মখল অমগা পুশিল্লক্তুনা বসকী মখল অসি পুন্না তবা শুহল্লম্মি । অদুনা বস অসি মক ওইবা মখল ১০ (তবা) নি হায়না লৌবা যাই । মখোয় অদুদি : ১) শৃঙ্গাব বস, ২) হাস্য বস, ৩) করুন বস , ৪) বৌদ্র বস, ৫) বীব বস , ৬) ভযানক বস, ৭) বীভৎস বস, ৮) অম্ভুভুত্ত বস, ৯) শান্ত বস অমসুং ১০) বাৎসল্য বস ।

মথক্কী বস ১০ অসিগী মনুংদা অহানবগী ৮ অসিমদি সম্প্রদায পূম্নমক্না য়েৎনবা লৈতনা যানবে । অদুগা অকোনবগী শান্ত অমসুং বাৎসল্য হায়বা অনী অসিমদি যাদবা লৈ । বস মশক তাকপগা লোযননা বসকী মখলশিংগী মবমদসু নৈনজখ্রে । হৌজিক, মথক্কী ৱাহং অসিগা মবী লৈনবা বস হায়বা অসি ফোঙদোক্লকপদা চঙদবা যাদবা মচাকশিং অদু অমুক নৈনজবি ।

**বস ফোঙদোকপদা চঙদবা য়াদবা মচাক :**

বস পূম্নমক অসি ফোঙদোক্লকপদা চঙদবা যাদবা মবমশিং অদু আলঙ্কাবিক পণ্ডিতশিংনা মখল অহুম থোক্লা খাযদোক্লম্মি । মদুদি - ১) বিভাব , ২) অনুভাব অমসুং ৩) সঞ্চাবিভাব (ব্যভিচবি ভাব) । বিভাবপু মখল অনী থোক্লা অমুক খাযদোকই, মদুদি - ক) অলম্বন বিভাব অমসুং খ) উদ্দীপন বিভাব । আলম্বন বিভাব অসি উজ্জলনা - অ) বিষযালম্বন অমসুং আ) আশ্রযালম্বন হায়না অনী থোক্লা খায়দোকই । মখলশিং অসি ঐখোয়না অমুক মখাগী টেবল অসুম্না য়েকথোক্তুনা থম্বা যাই ।




অ) বিষয়লম্বন  আ) আশ্রয়ালম্বন

রস ফোঙদোকপদা চঙবা মচাকশিং অসি মখাদা মচা খাযনা শন্দোক্লা নৈনজবি। শন্দোক্লা নৈনবা ·

**১) বিভাব :** বিভাব হায়বসি ইহুন হৌহনপোৎ অমসুং ইহুন হৌনফম অনীবু খঙনৈ। "রত্যাদুদবোধকা লোকে বিভাবা কাব্য নাট্যযো" - হাযবদি সমাজদা নুংশি নুংঙোন্নচিংবা ইহুন তবাদু পোকপহনবা অদুগুম্বা পোৎশক্তু কাব্যদা বিভাব (ইহুন হৌহনপোৎ, ইহুন হৌনফম) হাযনা খঙনৈ।

**ক) আলম্বন বিভাব :** অদুগুম্বা পোৎ অদুদা অবলম্বন তৌবগা (মতেং লৌবগা) রস অদু লৈবা পোৎশক অদু আলম্বন কৌই। সমাজদা মাবু ('ক' বু) উবদা অমসুং তাবদা নুংশি- নুংঙোল,অশাওবা অমসুং অৱাবনচিংবা পুক্লীং ইহুন অদু হেক পোকপা অদুবু ('ক' দুবু) সাহিত্যদা আলম্বন বিভাব (ইহুন হৌনফম ভাব) হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা শৃঙ্গাব হাযবিবা রস অসি নায়ক অমসুং নাযিকাদা আলম্বন তৌদুনা লৈ। মরম অসিনা নাযক অমসুং নাযিকা অনীমক আলম্বন বিভাবনি। উদাহরন :- মহা কবি কালিদাসকী "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" নাটক্তা শকুন্তলা উবদা দুষ্মন্তগী অনুবাগ পোকই, অদুনা নাটক অসিদা দুষ্মন্ত, শকুন্তলানা আলম্বন বিভাবনি। মতৌ অসুম্না ডা কমলগী "মাধবী" উপন্যাসতা বীরেন অমসুং উবীবৈ শৃঙ্গাবগী আলম্বন বিভাবনি। অদুগা কৈ উবদা বীরেনগী থৌনা পোকই, অদুনা বাকনী কুম্লকপদা উৎপা বীব রসকী আলম্বন বিভাব কৈনি।

অ) **বিষয়ালম্বন বিভাব :** *বিষয়ালম্বন বিভাব হায়বসি আলম্বন বিভাবকী বিষয ওইবিবা অদুবুনি । খুদম ওইনা "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" নাটক্তা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু উকবদা নুংশিবগী (শৃঙ্গাবগী)ইহুন অদু পোক্লকই . হায়বদি শকুন্তলানা নুংশিবগী বিষযনি। মবম অদুনা মতাং অসিদা শকুন্তলানা বিষয়ালম্বন বিভাবনি ।*

আ) **আশ্রয়ালম্বন বিভাব :** আশ্রয়ালম্বন বিভাব হাযবদি আলম্বন বিভাবকী আশ্রয ওইবিবা অদুনি । খুদমদি উক্ত বিভাবতা লৈবা স্থাযীভাবপু যাকাইহনবা পোৎ (ইহুন হৌহনবা পোৎশক) অদুবু উদ্দীপন বিভাব কৌই । "আলম্বনস্য চেষ্টাদ্যা দেশ কালাদয়স্তথা । চন্দ্র- চন্দন বোলম্বক তাদ্যুদ্দী পনং মতং ।।"

নাযক নাযিকানা ইহুন হৌনফমনি । অদুগা সমাজদা পোৎ অদু অমসুং ব্রাঙাং- শাঙাং, মওং- মতৌদু অমসুং মতম্নচিংবদু হেক তাবদা অমসুং হেক উবদা অনুবাগ, অব্রাবা, অশাওবনচিংবদু হেক পোকপা অদুগুম্বা পোৎনচিংবা অদু সাহিত্যদা উদ্দীপন বিভাব (ইহুন হৌহনপোৎ) নি । মখোয় অদুদি - থা, থাবল, কোকিল খোংবা, খোইমু ওংবা, নাযক- নায়িকাগী ফিজেৎ লৈতেং, শাজৎ-শাওং, খুৎহাই, ব্রাঙাং-শাঙাং , মীৎযেং, বসন্তনচিংবা মতমগী নিংথীবা, হৈকোল-লৈকোলনচিংবা মফম, অচিকপা মফম অসিনচিংবা অসিনি ।

মতাং অসিদা উদ্দীপন বিভাবগী খুদম ওইনা চন্দ্রনা (থানা) শৃঙ্গাবগী (নুংশি নুংঙোলগী) ইহুন হৌহনবগী উদাহবন অমা পীজবি · কনাগুম্বী নাযিকা অমনা থা থোবকপা উবদা অনুবাগ পোক্লক্কুনা কুচ্চমর্দ্দনগী নুংঙাইবদু আশা তৌদুনা ফম্মিন্নবী মতাদা হাযবকপা :

"যেংউনে ইতা ! থোবক্লিবা থা'সি নিংথীদ্রা ?
অমম্ব ফীজোল মপৃং ফানা হাইদোক্লে ।।
থবাক চীংদুম্ন শাবা উদয পবর্বত চীংথক্তা ।
মঙালগী খুৎফাং তাবা থোৎনা মেঙনা থমদুনা ।
চান্নবী থবো মায়কৈদা মীৎচি হূনা য়েংদুনা ।
নোংপোক থংবীগী মাযথোং পূক্লীং তুজুং চুপ্লিবা ।।"

মথক্কী বর্ণনা অসি অতাবা মীগী থম্মোইদা অনুবাগ উদ্দীপন ওইহনবা

বর্ণনানি । ডা:কমলগী "মাধবী' উপন্যাসকী 'চীংযা লৈকোল' হায়বা মতাং অদুগী বর্ণনাশিং অদু উদ্দীপন ভাব (ইহুন হৌহনপোৎ) কী বর্ণনানি ।

২) অনুভাব · অনুভাব হাযবদি ইহুন খুদম হায়বনি । স্থযীভাবতগী পোকপা অমসুং মাবু উবগা ভাবুকশিংনা স্থয়ীভাবকী অনুভাব তৌবা ঙম্বা(চপ চাবা খাঙবা ঙম্বা) অদুবু অনুভাব কৌই । সমাজদা নুংশি- নুংঙোল, অশাওবা ,অকিবনচিংবা পূক্লীং ইহুনশিং অদু পোকপগী মপান থোক্লকপা খুদমশিং অদু সাহিত্যদা অনুভাব (ইহুন খুদম) হাযনা খঙনৈ ।

"উদ্বুদ্ধং কাবনৈ · টস্ব টস্ব বহির্ভাবং প্রকাশযন ।
লোকে ষ : কার্য্য রূপ : সোহনুভাব : কাব্যনাট্যযো ·"

হাযবদি সমাজদা মাগী মাগী মবমদুনা মবম ওইদুনা পোক্লকপা নুংশি নুংঙোলনচিংবা ভাব পোক্লকপা থবক (কার্য্য) অদু কাব্যদা নাটক্তা অনুভাব হায়না খঙনৈ । মসিদা অমুক,পূক্লীং ঈহুন অসি হুল্লবদা খুদম অসি তৌই হাযবদু বস বস অদুগী তোঙান তোঙান্না লৈ ।

**সধাবন অনুভাব :** স্থায়িভাব ১০ (তবা) মক্কী সধাবন ওইবা অনুভাব (ইহুন) দি - সাত্বিক বিকাব মখল নিপান্নি ।

সাত্বিক বিকাব মখল নিপান অদুদি - ১) স্তম্ভ (হেক যৃম্নুগুম্না লেংদবা) , ২) স্বেদ (হুম্মাং তাবা) , ৩) বোমাঞ্চ (তু চুংবা) , ৪) স্বব ভঙ্গ (খোনফম কাযবা) , ৫) বেপথু (হকচাং তনিক তনিকপা), ৬) বৈর্বন (কুচু ওনবা) , ৭) আশ্রু (পি তাবা ) অমসুং ৮) প্রলয় (ব্রান্থবা) অসিনি । মসি অমুকসু কবম কবম্না পূক্লীং ইহুন্দগী কবম কবম্না সাত্বিকবিকাব পোকই হাযবনচিংবা কৃপ্না নৈনবা যাবি ; অদুবু মতাং অসিদদি মাযকৈ অমবোমদা চাইথোকখিগদবা মবমদগী নৈনজদ্রে । মথক্তা পঞ্চবিবা সাত্বিক বিকাব মখল নিপান অসিনা স্থাযিভাব (পূক্লীং ইহুন) বু সাহিত্যদা মপূং ফাহল্লি , মশক মচু থোকহল্লি ।

৩) সঞ্চবিভাব (ব্যভিচাবিভাব) : সঞ্চাবিভাব হায়বদি ইহুন হেঞ্জিল্লকপা খুদম হায়বনি । মসিদি মপূং ওইবা বসকী মপূং ফাননবগীদমক্তা ওইবকপা অদুগা মতম খুদীংমকক্তা লেঙদনা লৈবদি নত্তবা হায়বদি ঙাইহাক লৈ অদুগা ঙাইহাক লৈতা তৌবা অসিগুম্বা থবকশিংবু সঞ্চাবিভাব(ইহুন হেঞ্জিল্লকপা

*খূদম) কৌই । মসিবু ব্যভিচাবি ভাব হায়নসু কৌই ।*

*"বিশেষাদভ মুখ্যেন চবন্তো ব্যভিচাবিন.।*

*স্থায়িন্যুন্মগ্ননিমগ্না স্ত্রয়স্তিয়ংশচ্চ তদ্ভিদা ।।" হায়বদি বিভাব অনুভাবতগী* হেঙ্গৎনা মশা নোয়খৎহনবা অদুবু ব্যভিচাবি কৌই । মহাক অসি স্থায়িভাবতা অমুক ফাওই । মসি মখল ৩৩ (কুন্থ্রাহুমদোই) শুই । মবম অদুনা থোইদোক্লা স্থাযিভাব মপূং ফাহনবা , মশা নোয়খৎহনবা ভাব অদুবু হায়বদি সমাজদা নুংশি- নুংঙোল(অনুবাগ),অশাওবা ,অব্রাবনচিংবা পূক্লীং ইহুন তবা অদু হেঞ্জিল্লকপগী খূদমশিং অদুবু সাহিত্যদা সঞ্চাবিভাব(ইহুন হেঞ্জিল্লকপা খূদম) হায়না খঙনৈ । সঞ্চাবি অসি স্থায়িভাবতা ঈশিংদা কোঙ্গোল ফাওবকপগুম ঙাইহাক হেক ফাওবকই অদুগা ঙাইহাক হেক মাঙখি ।

সাহিত্যদা ইহুন খূদম্না ইহুন ফোঙদোকপদা সঞ্চাবিভাব (ইহুন হেঞ্জিন খূদম) যাওদনা ভাবুক্কী পূক্লীং শোক্লা ফোঙদোকপা ঙমদে । মবম অসিদগী সঞ্চাবিভাব অসিবু সহকাবিকাবননি হায়না অলঙ্কাবিকশিংনা হাযনৈ ।

সঞ্চাবিভাব মখল : সঞ্চাবিভাব মখল ৩৩ (কুন্থ্রাহুমদোই) শুই হায়না মথক্তসু পঞ্জম্রে । হাযবিবা মখল ৩৩ অদুদি - ১) পূক্লীং ককপা, ২) তহ্‌ - তহাবা , ৩) পূক্লীং তোম্থবা, ৪) হকচাং ব্রাবা, ৫) মযাই কাবা , ৬) ফকচনবা, ৭) কন্না শাউবা, ৮) অঙকপা, ৯) মীৎশেল খাঙবা , ১০) মঙ- মঙবা ১১) সাবৈ , ১২) নাপল , ১৩) শিবা , ১৪) অতনবা, ১৫) খাঙবা ঙমদবা , ১৬) তূম্বা, ১৭) ইহুন থুপচিনবা , ১৮) ঙাইঙমদবা , ১৯) বুদ্ধি চোইবা , ২০) চিংনবা , ২১) নিংশঙবা , ২২) অচুম্বা- খঙবা , ২৩) অনাবা , ২৪) মিপাইবা, ২৫) ইকাইবা , ২৬) হবাওবা , ২৭) কল্লকপা , ২৮) পূক্লীং ব্রাবা , ২৯) নীংবা থুংবা , ৩০) পূক্লীং নৈতাদবা, ৩১) চোকথবা, ৩২) ব্রাখল অমসুং ৩৩) বিচাব অসিনি ।

মসিদা অমুক কবম্না সঞ্চাবিনা কবিদগী পোকই অমসুং মা পোল্লকপদা কবি তৌই হায়বনচিংবাদু মথংশিংনা শন্দোক্লা লৈবি । অদুবু মতাং অসিদদি মসিগীদমক্তা তোঙান্না নৈনবা অমা নত্তবনা পঞ্জদ্রে । অদুগা কবি কবিগুম্বদা বস অমগী স্থায়িভাবনা বস অমদা সঞ্চাবিভাব ওইবসু লৈ ।

**রস অমগী স্থায়িভাবনা রস অমদা সঞ্চাবিভাব ওইবা :**

মথক্তা পঞ্জবিবা পূক্লীং ককপনচিংবা সঞ্চাবিভাব খূদম ৩৩ অদুনা শৃঙ্গাবনচিংববু মশা নোয়খৎহনবগুম্না বস অমগী স্থাযিভাব-ইহুন অমনা অতোপ্পা বস অমগী সঞ্চাবিভাব ওইদুনা বস অমদুবু মশা নোযখৎহনবা যাওই মদুদি

১ । শৃঙ্গাব বীব অনীদা হাস্য বসগী স্থাযিভাব নোকপনা সঞ্চাবি ভাব ওই ।

২। বীব দা - বৌদ্রগী স্থায়িভাব অশাওবনা সঞ্চাবিভাব ওই ।

৩। শান্তদা - বীভ্যসগী স্থায়িভাব হঙ্গোই-তুক্কজবনা সঞ্চাবি ওই ।

৪। হাস্যদা - অদ্ভুত বসকী স্থাযিভাব অঙকপনা সঞ্চাবি ওই ।

৫। করুন দা - বৌদ্রগী স্থাযিভাব অকিবনা সঞ্চাবি ওই ।

৬। বৌদ্র দা - হস্যগী স্থায়িভাব নোকপনা সঞ্চাবি ওই ।

৭। ভয়ানক - করুনগী স্থাযিভাব অৱাবনা সঞ্চাবি ওই । অসিনচিংবা ।

**স্থায়িভাব :** মহাক্কী মতেং পাংবা, মহাকপু মশা নোযখৎহনবা অমসুং মযাং-কংহনবা, ভাব কযানা মহাক্কী ঈচেল থদৎপা ঙমদবা-লৈ পবেংদা লৈশিংগী মনুংদা চৎলিবা লংগুম্না অনুভাবনচিংবা ভাবশিংগী মনুংদা অদুম তৎপা লৈতনা চেল্লিবা ভাব অদুবু সাহিত্যদা স্থাযিভাব হাযনা খঙনৈ । মথক্তা পনজখিবা বস মখল তবা অদুগী স্থাযিভাব তবা লৈ, মদুদি - ১) অনুবাগ (নুংশি- নুংঙোল), ২) হাস (নোকপা), ৩) শোক (অৱাবা), ৪) ক্রোধ(অশাওবা) , ৫) উৎসাহ (থৌনা ফবা) , ৬) ভয (অকিবা), ৭) ঘৃনা(তুক্কজবা, হঙ্গোইবা), ৮) বিস্ময (অঙকপা) , ৯) শান্তি (অইংবা) অমসুং ১০) স্রেহ নৎত্রগা ব্যসল (মচা মশু নুংশিবা) অসিনি ।

**কবম্মা বসদা কবিনা স্থায়িভাব ওইবা :**

১। শৃঙ্গাবদা বতি নৎত্রগা অনুবাগনা (নুংশি নুংঙোন্না) স্থাযিভাবনি।

২। হাস্য বসদা হাসনা (নোকপনা) স্থাযিচাবনি।

৩। করুন বসদা শোকনা (অৱাবনা) স্থাযিভাব নি ।

৪। বৌদ্র বসদা ক্রোধনা (অশাওবনা) স্থাযিভাব নি ।

৫। বীব বসদা উৎসাহনা (থৌনা ফবনা) স্থাযিভাব নি ।

৬। ভযানক বসদা ভয়না (অকিবনা) স্থাযিভাব নি ।

৭। বীভৎস রসদা ঘৃনানা (তুক্কজবা, হঙোইবনা) স্থায়িভাব নি।

৮। অদ্ভুত রসদা বিস্ময়না (অঙকপনা) স্থায়িভাব নি।

৯। শান্ত রসদা শান্তনা (অইংবনা) স্থায়িভাব নি।

১০। বাৎসল্য রসদা স্নেহ নৎত্রগা ব্যসল (মচা-মশু নুংশিবা) না স্থাযিভাব নি।

**বারোইশিন :** মথক্তা উৎচিন্নবা, রস ফোঙদোক্লকপদা চঙদবা য়াদবা মচাকশিং অসিগী মতেংনা সাহিত্যকাবনা মীদুগী পূক্নীং ইহুন অদু শ্রাব্য ওইবগনা মথক্তা হায়জিন্নবা- বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চাবিভাব অহুম অসি বর্ণনা তৌদুনা ফোঙদোক্লে। অদুগা সাহিত্যদুনা দৃশ্য হায়বদি নাটক ওইবগনা অনুভাব অহুম অসি বর্ণনা তৌদুনা ফোঙদোক্লে। অদুগা সাহিত্যদুনা দৃশ্য হায়বদি নাটক ওইবগনা অনুভাব অমসুং সঞ্চবিভাব অনী অসি -

ক) আঙ্গিক অভিনয অভিনয় (হকচাং থেক-নৌবা, মীৎয়েং নাযেং মতৌ তম্বা),

খ) বাচিক অভিনয় (বাঙাং মতৌ তম্বা),

গ) আহার্য্য অভিনয় (ফীজেৎ লৈতেংনচিংবা মতৌ তম্বা) অমসুং

ঘ) স্বাত্ত্বিক অভিনয় (স্বাত্ত্বিক বিকাব মখল ৮ অদু মতৌ তম্বা)

অভিনয় মখল ৪ (মরি) অসিনা পূক্নীং ইহুন অদু ফোঙদোক্লে। অদুগা উদ্দীপন বিভাবনা দৃশ্য ওইনা উৎতুনা ফোঙদোক্লে।

সাহিত্যকাবশিংনা অসিগুম্বা পূক্নীং ইহুনশিং অসি ফোঙদোক্লবা মতমদা বিভাবনচিংবা ভাব মখল অহুম অসি থাক থাক নাইনা লাই য়েকপগুম্না বর্ণনা তৌনৈ অমসুং অভিনয উৎনৈ। যেক্লিবা লাইদু, লাই য়েকপগী পথাপ অদু কায়দ্রগা পূক্নীং হুবমখৈ ফজে, অদুগা যেকপগী পথাপ অদু কায়ববদি পূক্নীং হুবগী মহুত্তা কিনিংঙাই ওই। মতৌ অসুম্না, সাহিত্যদগী বর্ণনাদা অমদি অভিনয়দা সাহিত্যগী পথাপ কায়বা অমসুং কায়দবনা থীবা অমসুং ফজবগী চাং লেপ্পে লোয়ননা রস ফোঙদোকপগী অখুম- খুমদগী খেন্নবা খঙহল্লি।

## উপন্যাস অমসুং নাটক অনীগী মবমদা খরদং

উপন্যাস, পাবগা অমসুং তাবগা বস লৌবা যাবা কাব্যনি । মবম অদুনা উপন্যাসপু শ্রবা কাব্যনি হায়না সাহিত্যবু নৈনবশিং অমদি পণ্ডিতশিংনা মত পীনৈ । উপন্যাসকী মনুংদা মীশক মীওই অমখক্কী পুন্সিবু মনুং হুনজিনবা মচা খায়না পুথোকপা নৈনবশি তৌনৈ । উপন্যাস অমদা যাওবিবা ফজববা ৱাবীশিংদু কবিগী অইবগী ৱাখলগী ওইববসু তশেংনমক মাগী হৈ-শিংবা উপন্যাসকাব অদুগী মঙলানগী মশক ওইবা যাই । মদু অবানবা মীওইবা সমাজদা চংনবা ওইগনি । কবি কবিগুম্বদা উপন্যাসকাবদুগী শাজিন্নবা মতেংনা অপাবা কযাগী থম্মোয শোকপা মখল খুদীং ওইবা যাই । মকওইনা উপন্যাস অমদা মকওইবা মচং খবদং লৌখৎত্তুনা মীওইবা জাতিবু শুম্ফৎপা যাবা মচাক খবতবু মওং-মবীল তানা শেন্নকপা ৱাবীনি । হৈ শিংলবা উপন্যাসকাবশিংনা মহাক্কী কল্পনাগী মতেংনা ৱাবী অমা শেম্বা যাই । মীওইবগী পুন্সিগী মশক অমা ওইহনবা যাই । অদুম ওইনমক মপূং ফাবা ৱাবী মপুম অমদি ওইহনবা চঙই। ঐখোয উপন্যাস অমা পাবদা মীওইবগী পুন্সিগী মশক নুং-পানগী শক্তম অবোন অফোঙবশিং মযেক শেংনা উৎপা যাই । উপন্যাসতা অইবগী অৱাবা অনীংবা, নুংঙাইবা কল্লকপা, যেংথিবা খোয়বাং-খোয়শাউনবা মীওইবা সমাজদা লৈবিবা থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক পূনশিন্দুনা মনীং তম্না ফোঙদোকপা ইথোকপা য়াই । নাকল অমবোমদা নাটক হায়বসি মীওইবগী মীৎমাঙদা হকথেংননা উবগা যেংলগা খঙবা যাবা মখল অমনি । মীওইবা জাতিসিনা মীৎনা উবা য়ানবা

শেন্নবা মওং মবীল তাববা কাবা অদুবু সাহিত্যকাব পণ্ডিতশিংনা দৃশ্যকাব্যনি হায়না যানববা ৱাফম অমনি । শম্না তেনশিন্না হায়ববদা দৃশ্যকাব্যদি মীওইবগী চৎন-লোনচৎতা মীৎমাঙদা মীয়ামদা উৎপা মতৌ তম্বনি হায়বা ফাওবা য়াই । নাটক হায়বসি মীওইবা জাতিসিনা তানবিবা খঙনবিবা মহাভারত রামায়ন, ইতিহাস পুরান্দগী ফজ-ফজববা কয়াবু নাট্যকাবনা শেমজিন-শাজিন্নগা ,অফাওবা অফাওবী কয়াগী নায়ক নায়িকাশিংগী মমিং মথানচিংবা লৌথোক্লগা মীওইবা সমাজসিগী মীৎমাঙদা উৎতুনা য়েংহনবা যাননবা নাট্যকাবশিং লেংথোবক্লবা দৃশ্য কাব্যদসু নাটক হায়না পণ্ডিতশিংনা পীবম্বা মত মতুং ইন্না যানববা ৱাফম অমনি । মসি পূম্নমক্কী মথক্তা দৃশ্যকাব্যদা কনাগুম্বা হৈথোই শিংথোইববা নাট্যকাব অমনা মাগী পুথোক্লীংলিবা মওংদা নায়ক-নায়িকা কয়াবু মাগী হৈজ-শিংজবা মওংদা শেম-শাবগা পুথোবকপা মীয়ামগী মীৎমাঙদা উৎপা যাবদু নটকনি । অসুম্না পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ ।

মসিগী মথক্তা সাহিত্য নৈনবশিংগী মখল মখাগী মত লৈতবসু নত্তে । উপন্যাস অমসুং নাটক অনী অসি মীৎয়েং কয়ামকমদা মখোয়গী মান্নবা মশক লৈতবসু নত্তে । মবম খবদগী হাডসন্না মাগী তোঙান-তোঙানবা মতসু পীবশ্মী । অদুম ওইনমক উপন্যাস অমসুং নাটক অনী অসিদি তশেংনা মনুং হুনজিন্না থিবদি য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈ ।

উপন্যাস হায়বসি পাবগতা খঙবা নুংঙাইবা পীবা য়াবা কাব্যনি । হৈশিংলবা লাইপোক ওইববা কবিনা কল্পনা কয়াতনা শেন্নবা মীওইবগী পুন্সিগী অচুম্বা মশক কয়ামকম পূনশিন্দুনা মফম চানা, মওং তানা শেম-শাববা কাব্য মখল অমনি । তশেংনমক নাটক অমদা পাবগা খঙবা য়াবা কাব্য নত্তে, নাটক্কী অশেংবা মশক্তি মহাওদি য়েংবা যাননবা শেম্বা মখলগী কাব্যনি । নাটক হায়বসি অহিবগা অয়েংবগা শক খঙনবা য়াদে হায়না ফাওবা লৈনবিবা মশকনি । অদুগা নাকল অমবোমদনা উপন্যাসতি লাইবিক অদুবু পাবিবা অপাবগা উপন্যাস অদুবু লেংথোক্লিবা অদুগা শক খঙনৈ । মপূং ওইনা চাউনা খেন্নবা অমনা উপন্যাসতি মফম মতম কক্তে নুমিৎ কয়ানিমকম চঙনা পাবা য়াই । অদুবু

নাটক অমদি মাগী মতম অকক্লে । নাটকতি মতম তেন্না ৱাদনা যেংবা য়াই । নাটক অমদা মদুগী উৎননবা মফম, বঙ্গমঙ্গবু মীৎমাঙদা নীংশিংহল্লী । অদুগা উপন্যাসতদি বঙ্গমঙ্গগী মশক য়াওদে । নীংশিংহন্দে । নাটক অমদা মদুদা যাওবিবা পাত্র পাত্রীবু লোইনা নাযক নাযিকাবু মতম খুদীংমক্তা অইবগী অনীশুবা ৱাবীনি নীংশিংহল্লি ।

মতাং অসিদা উপন্যাস ইবা অইবা মশামক্তা ৱাবী ওইনা লীবীবনি । উপন্যাসতা মাগী মতম অকক্লবা লৈতে । মফম খদীংমক্তা পাবা যাই । অদুগা অমুকসু নাটকতা অকক্লবা মফম মতম লৈগনি । নাটকতা যাওবিবা মীশক খুদিংমক নাযক,নায়িকা পাত্র খুদীংমক্কী ফিজোল অখন্ননা শেৎপা তাই । অদুগা উপন্যাসতদি ফিজোল কেবা মৌবা যাওদবা যাই । মনুংদা নাটক হাযবসিদি মফম খুদিংমক্তা উৎপা যাদে । উবা ঙমদে ।

ঙসি ফাওবদা সাহিত্যকাব পণ্ডিতশিংনা পীবম্বা মত কযাদা যুমফম ওইবগা উপন্যাস অহিং নুংথিল হায়বা থিদনা মফম মতম খায়দনা পাবা যাই । অদুগা নাটক পাবা য়াদে হায়বদি নত্তে, নাটক্কী মগুনদি মীৎমাঙদা উবগা মাগী মথ্বাই হাপ্পনি । উপন্যাস মতম শাংনা হিংদুনা লৈ, অদুগা নাটক হাযবসিদি মতম শাংনা হিংদুনা লৈগন্দে । নাটক অইবগী নীতি নীযম মতুং ইন্না অপাম্বা মওংদা অভিনযগা লোযননা উৎলি । উৎকদবনি উপন্যাসতা অভিনয লৈতে,উপন্যাসতি অপাবশিংগী মনীংনি অইবগী শক্তিনি । নাটক অমদা যাওবিবা কলাকাব পাত্র-পাত্রী খুদীংমক্তা পাত্র পাত্রীশিং ঙাঙ-শক্লবা ঙাক্তনি ।

অদুগা উপন্যাস হাযবশিদদি উপন্যাসকাব অইবনা পুথোকলিবা পাত্র - পাত্রীশিংনা ঙাঙই । মসিগী মথক্তা নাটক হায়বসিদি মীয়াম হুপ্লা য়েংমীন্নবা যাই । খঙমীন্নবা যাই । লাইবিক হৈবা হৈতবা নুপী অঙাং পূন্না খঙবা য়াই মপৃংদা উপন্যাস হায়বসিদি অপাবা লাইবিক হৈবা পাবা থোকপা অদুখক্কী মথৌনি । মসি হায় হায়দুনা উপন্যাস পাবগা তাবা য়াদে হায়বদি নত্তে । মপুং ওইনা নাটকতা Three Unity লৈ । অদুগা উপন্যাসতা Unity লৈতে । উপন্যাস হায়বসি অইবগী অপাম্বা পুম্নমক মনিং তম্না অশাওবা , অকিবা, তুজুংবা, খুদীংমক মনিং তম্না হায়দোকপা ফোংদোকপা য়াই । মদুগী মফম চাউনা লৈজে । অদুগা

নাটক অমদা অশাওবা অপাম্বা নুংঙাইবা অসিনচিংবা ফোঙদোকপা মফম মতমনা য়াহন্দে । উপন্যাস অমদা অইবা অদুগী মবীক চুম্বা মাগী হৈশিংবা কয়াবু কল্পনাগী শক্তিনা মপূং ফানা পুথোকই । নাটক অমদা মাগী পাত্র-পাত্রী কয়ামকম অদুগী ৱাবীবু মীৎমাঙদা মবীকচুম্না ফজনা উৎপা য়াই ঙমদবসু যাই । মদুনা মশক থীহল্লি ।

নাটক অমদা যাওবিবা পাত্র-পাত্রীশিং অদুনা মীৎমাঙদা উৎপদা নাটককী ফজবা ফোঙদোকই । মদুদা শোযববদি নাটক অদুগী মায পাকপা পাক্তবা হাযবা ৱাফম অমা লৈবি । নাটক্কী ফজবা মপূং ফাবা ফাদবদি পাত্র-পাত্রীশিং অদুগা মখা যাম্না পোল্লি । ফন ফজবা নাটক ওইববসু থৱায হাপ্পীগদৌবিবা পাত্র-পাত্রীশিংগী দাইত্য যাম্না চাউই । নাটক অমগী থৱায় হাপ্পা হায়বসি পাত্র-পাত্রীশিংগী মথৌনি । মসিগী মথক্তা নাটক অদুনা ফজবমক নত্রবসু পাত্র-পাত্রীশিং অদুনা হেন্না মশক থোকহনবা যাই । হেন্না মপূং ফাহনবা ঙম্মী । মপূং ওইনা নাটক ইবিবা নাটকাব অদুগী মশক লেপ্পা হাযবসি পাত্র-পাত্রীগী মখা য়াম্না পোল্লি । নাটক অমগী মগুন অনী অইবনা লেপ্পা ঙমদে । পাত্র-পাত্রীশিংগী হৈশিংবনা অইববু স্বর্গ যৌনা থাঙ্গৎপা ঙম্মী । পাত্র পাত্রী মতিক চাদ্রগা পাত্রনা য়ৌনা চিংথবসু লৈতবা নত্তে । মতাং অসিদা নীংশিংমিন্নবা যাবা ৱাফম "মাধবী" উপন্যাস অসি লীলা দ্রামা ওইনা পুথোবকপদা ঙসি ফাওবা মায় পাকপা ঙমদে । সিনেমা ওইনা ওন্থোকপদসু মায় পাকপা ঙমদে । অদুনা মাধবী হাযবা উপন্যাস অসিগী ফজবদি ঙসি ফাওবা মণিপুরীশিংনা খক কাউবা য়াদনা লৈবি । উপন্যাস অমগী ফজব-অথীবদি অইবগী মথৌনি মীগী মীতোপকী মবী খক লৈনদে । মসি পূম্নমক উপন্যাসকী মফমদি অইবনা মনিং তম্না অপাবশিংদা বস শীবা ঙম্মী - উপন্যাসকী শক্তি মগুন পূম্নমক অইবগী মখা পোল্লি ।

নাটক অমগী শাংবা তেনবা অকক্লবা লৈগনি । উপন্যাসতা মদুগী অকক্লবা লৈতে । নাটক অমদা য়ামদ্রবদা পূং ২-৩ দগী হেন্না শাংনা ইনদে । উপন্যাস অমদদি তেনবা শাংবগী অকক্লবা লৈফম থোক্তে । মসি মখা তাবকপদা নাটক অমসুং উপন্যাস অনী অসি য়াম্না নক্লা মবী লৈনৈ অদুবু য়াম্না কূপ্না মনুং হুঞ্জিনবা মওংদা খেন্নবা লৈতবা নত্তে । উপন্যাস পাবগতা মহাও বস লৌগদবনি ।

নাটক হায়বসিনা পাবগা বস লৌবদা মপূং ফাদে । মসি মীৎমাঙদা শক্তম ওইন উৎলগা মাগী মশক লেপ্পতনা অশেংবা ওইগনি । ঙসি ফাওবা পৃথিবীদা লৈবিবা নাটক অমসুং উপন্যাস অনীগী মশক তোঙাল্লি নাটকতা কপ্পা নোকপা নুংঙাইবা অৱাবা পূম্নমক শুনা যাওই ।

মসিমক নাটকতসু অৱাবা যাওই অদুম ওইনমক মীৎমাঙদা উৎপা মতমদা পাত্র-পাত্রীশিংগী অশোনবা অশোযবনা নাটক্কী মগুন তাথহন্দ্রি । নটক হায়বসি ফজনা ইথোক্লবা মতুংদা মীওইবশিংগী মীৎমাঙদা উৎপনি মাগী মখ্বাই হাপ্পা হাযবসি , তশেংনমক নাটক দৃশ্য কাব্যনি হাযববসু শ্রব কাব্যগী মচাক খবদি চঙফম থোকই । নাটক পাবগা নুংঙাই পীদে হাযবদি নত্তে পাবগা যাদে হায়বসু লৈতে । নাটক অসি মীওইবা হাযবা সমাজ অসি লৈবমদ্রবদি উপন্যাস অমগুম্বা নাটকসু পাবগতা খঙবা য়াবগী শকক ওইবম্বসু যাই । মীৎয়েং অমবোমদা উপন্যাসসু মওং খবদা শেমদোক-শাদোক্লগা নাটক অমগুম্মা উৎপা যাদে হাযবা লৈতে । ঙসিদি চাওখৎলবা মতম ওইবকপনা উপন্যাস কয়াসু নাটক ওইনা ইথোক্লগা উৎপা কলা চৎনবক্লি ।

অখঙ-অহৈ পণ্ডিতশিংনা নাটক হাযবসি ঙসিদি শেমদোক-শাদোক্লগা উপন্যাস ওইনা ওম্থোক্নুনা ইনববসু যাদে হাযবদি লৈতে । মীৎযেং অমবোমদা অসুম্না হাযনবসু লৈ ।

"The world is the stage and Human beings the Artistes"

নাটক অমা হাযবসি উপন্যাস অমদগী মফম মতম কাহেন্না চঙবা য়াই । কবিগুম্বা নাটক অমা উৎচগে উহনজগে হাযববদি মী খবদি শোযদনা চঙদবা যাদে । অদুগা উপন্যাস অমা খঙগে পাবগে হাযববদি মী চঙদ্রবসু ইতোমতা পাবগা নুংঙাইবা ফংবা ঙম্মী । মপূং ওইবা শক্তম অমনা নাটক অমদি সমাজসিদা পাউদম্বা ঙম্বা খঙহনবা ঙম্বা অমা হাযবদি নাটক্কী মগুন ৱাংই । নাটক অমদি ইবা নৎত্রবসু মীযামদা শো অমা অনী উৎলগা খঙহনবা য়াই । মদুনা মীওইবা সমাজসিগী শকক শক্তম খবদি খঙনবা ঙম্মী । উপন্যাস হায়বসি ঙসিগী মীবোলদা মতম শাংনা হিংদুনা লৈবা ঙম্বগী মগুন য়াওই । উপন্যাস অমদা মীতোপ য়াওদনা ইবোমদোম পাজবগা নুংঙাইবা অৱাবা পূম্নমক মুন্না

মশক খঙজবা য়াই । অদুনা উপন্যাস অদুবু পাজবিবা মীশক অদুনা মবোমদোম বস লৌজবা য়াই ।
অদুগা নাটক অমদি মী কযাগী মীৎমাঙদা উৎপনা মবম ওইবগা মীযামবু পেনহনবা ঙম্বা য়াই । মসিনি নাটক্কী খ্বাইদগী মপূং ওইবা মীয়ামদা পীবা ঙম্বা পাউজেল পাউতাক মতাং অসিব্রাইদা নাটক্কী মগুন ব্রাংখৎলকই । অফবা নাটক অমনা মীওইবা হাযবা ফুরুপ অসিগী অফ-ফত্ত পুম্নমক উহন্দুনা সমাজ শেংদোকপদা অচৌবা মতেং অমদি ওইফম থোকই । মতাং অসিদা নীংশিংমিন্নবা যাবা অমদি লৈ । লৈখিদ্রবা নাটক ইবা জি.সি. তোংব্রাগী অশেংবা ব্রাফম কাউথোকপা য়াদে ।
মহাক্না হাযবম্বা "নাটক হাযবসি সমাজসিগী শুদোক-চামথোকপা য়াবা মীৎনা উবা অচৌবা উপায অমনি" হাযবম্মী ।
অবোযবদা থমজনীংলিবদি নাটক উপন্যাস অনী অসি খুবাক-খুনমগুম্বনি । হীবম কযামুক মান্নববসু হীবম কযামুক্তা মান্নদ্রবসু নাটক অমসুং উপন্যাস অনী অসি মীওইবা হাযবা জাতিসিগী হকচাংগী শক্ক তঙ্খাই অমমম্লি হাযবসি সাহিত্যকাব পণ্ডিতশিংনা পীবম্বা মত কয়ানি । নাটক যেংলগা পেঞ্জবা, উপন্যাস পাবগতা নুংঙাইজবা ঙম্বা মখলগী শক্তম অমনি । মখোয অনী অসি কৈদৌনুংদা অমনা অমদগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা মশক অমনি । চাওখৎলবা ঙসিগী সাহিত্যগী যুগ অসিদা ব্রাবীমচা অমদগী নুংগী ওইবা মচাক খবদং লৌথোক্তুনা নাটক অমা ওইনা পুথোক্তুনা চাংযেং কযা তৌবক্লবা মতম্লি । মসিমক ঙসি মপূং ফানা মায পাক্লে হায়না লৌনবক্লবা মীয়াম অযাম্বা ফংলবা যুগ অমনি । মসিগী মনুংদা নাটক উপন্যাস হাযবা তোঙাঞ্জববসু , মাগী মাগী কযাৎ লৈজববসু মসিমদি য়াদ্রে হায়বা লৈতে । অদুবু নাটক্না নাটকনি, উপন্যাসনা উপন্যাসনি মখোয তোঙান-তোঙানবা মফম অদুম্মক সাহিত্যদা তোপ্পা লৈহৌগনি ।

## জাতিগী মনাবোলগী মবমদা মীৎয়েং অমা।

জগৎ অসিদা লৈবিবা মীওইবা হাযবা জাতি অসি কৃস্তিগী মতমদগী থস্মোইগী অপনবা মতুং ইন্না মাগী মাগী লৈজবা পোৎ কযানা মী অতোপ্পবু পীজ-পীথকপা মনাই-মশনবু লুনা তৌবা হাযবসি চৎনবস্মী লোযননা শা লানগী মতমদা চিববা তাঞ্জাদা নিংথৌবু কনবা অমদি থৌনা ফন্য মাযবোং যাবশিংবু নিংথৌনা মানা নীংবা মতুং ইন্না মনা পীবা হাযবসি চৎনবস্মী অদুগা শাফা-লানফাশিংবুনা শা-ঙাগুম মীনায়-মশন ওইনা শীজিন্নে।

থাইনঙৈগী বোমশিংনা মখোয়গী লৈবাক্তা লালফাশিংবু মখোয মশেন হাৎতোক্লহল্লগা কৃস্মে ওইনা য়েংনবস্মী। অসিগুম্বা চৎনবী কযাসু মীওইবা জাতিগী মবক্তা লৈতবা নত্তে। মণিপুবী হাযবা জাতি অসি মিনুংশি খঙবা শা লান্দা হৈ-শিংবা মীওইশিংবু ঈবাৎ-পূজা তৌবা অকন-অথৌগী (Hero warship) থোইদোকপা হেন্দোকপা ইকাই খুম্নবা লৈবাক্লি অদুগা মণিপুব হাযবসি গ্রিক্কী অমদি ইয়ুবোপকী লমদমগুম্না সিটি ষ্টেট ওইবা লৈবাকনি। থাইনগী ইংলেন্দগী লৈবাক মচেৎ তবেৎ থোক্লা খাইদোক্লুনা নিংথৌ তবেৎ পানবগুম্না মৈত্রবাক মণিপুব অসিদসু নিংথৌ কযা পাল্লস্মী অদুগা নিংথৌশিং অদুনা অমগা অমগা মতম লৈবা খিবীক্তা লান শোক্লবস্মী।

মবম অসিনা অকনববু য়োকখত্তবা যাবমদে অঙনবা মতমগী মৈতৈগী মকুওইবা শিনফমদি থাঙ-তা পায়বা তম্বা শা-লানগী ফিথুপ তম্বা অসিনি লোয়ন-লোযননা অকন-অথৌ কযাগী মতিক-মগুণ শক্লুনা হৌবক্লিবা

নহাবোনশিংগী থম্মোয়দা ইথিল অমা পীবা হায়বসি চৎনবকই।

মবম অসিনা শা লান্দা থৌবা মীওইশিংবু নিংথৌনা সনা লুপা ফিবোল লৈবাক্লচিংবা ফমথোন কয়া পীদুনা মখোযগী পুক্লীং থৌগৎহনবা অসিসু যাম্না কন্না চৎনবম্মী মাগী মাগী তৌবা ওন্বা শক্তি অমসুং থৌনাগী মতুং ইন্না মনা মখল মথেল পীবগী মওং অসিবু "মনাবোল" হায়না মৈতৈ জাতিনা শকখঙনৈ। অদুবু মদুদা পীবিবা মনা মনাদুগী মতুংইন্না ইকাই খুম্নবম্মী। মনা পীবগী মওং অসি অসুম্না চাউবাক্লা খাযদোকপা য়াই।

১। খামেন চৎপা ফিজোল,

২। লমথাং খুল্লক কোকয়েৎ,

৩। সনাখুজি তাল,

৪। নিংথৌগী ফুবিৎ শাইজোনবা,

৫। চনুবা লুহোংদুনা পীবা নত্রগা তালোয় লাইচা খাইবা,

৬। শগোল শামু দোলাইনচিংবা পীবা,

৭। পজেং ফীবাল,

৮। তাংবল্লোয় কাবা,

৯। চবোৎ লাংনা চাবা,

১০। লৈশং খিকরাইবা ফংনবা।

মতৌ অসুম্না মাগী মাগী মতিক-মগুন মথৌনাগী মতুং ইন্না মনাশিং অসি অথৌবশিংগী মফমদা লাম্থোক্লম্মী।

**খামেন চৎপা ঃ**- কনাগুম্বা অথৌবা অমনা অহানবা ওইনা কবিগুম্বা শাফম লানফম অমদা শাফাবা লানফাবা ওন্নবা নত্রগা মতিক-মথৌনানা মাগী শক্তিগা শাফম-লানফম অমদা শাফাবা-লানফাবা ওন্নবা নৎত্রগা মতিক- মথৌনানা মাগী শক্তিগা শাফম-লানফম অদুদা কবিগুম্বা শক্তি অমা উৎপা ওন্নবদি মহাকপু নিংথৌনা অহানবা মনা ওইনা খামেন চৎপা ফিজোল অসি পী। ফিজোল অসি পাখংবগী ফিনি হায়না মৈতৈ জাতি অসিনা য়াম্না ইকাই খুম্নে পঙনা শেৎনদবা ফিনি।

**লমথাং খুল্লক ঃ**- মথং মথং ওইনা শাফম নৎত্রগা লানফম অমা অনীদা

মাগী মতিক-মথৌনা উৎপা ঙমলবা নিংথৌগী খুদোংথীবা কয়াদগী কল্লবদি নমথাং খুল্লক অমসুং কোকয়েৎ লকখাং ফি অসিগুম্বা ফিজোল অসি ফংলবা মীওই অদুবু প্রজানা শকখঙবা ইকাই খুম্নবা মীওই ওইনা শীংথানৈ ।

**সনা খুজি ঃ-** যাম্না মক ওইবা খুদোং থীনিংঙাই ওইববা মতাংদা নিংথৌবু শেন্নবা অরাবা তাববদগী কনবা মতীক মগুণ মথৌনা ফবা মীওইশিংবু নিংথৌগী সনা খুজি তাল অসি পী । অসিগুম্বা মনা অসি ফংলবা মীওইশিংনা লাই হবাওবা অমদি নৈবাক্কী হবাও- কৃস্মৈ তৌবকপা মতাংদা মাগী ফমফম তোঙান তোঙানবা মওংদা থাগনি, নৈবাক নিংথৌনা শকখঙবা নিপানি হাযবা উৎকনি অদুনা মুক্না কাঙজৈনচিংবা National Sport শিংদা যাম্না কাবা মীওইশিংদসু হাযবিবা মনাশিং অসি পীগনি । হাযবিবা মনা অসিগী মক ওইবা মাগী ফংফম থোকপা পীফম থোকপা তৌবীমনগী ওইবা মনানি ।

**ফুবিৎ শাইজোনবা ঃ-** নিংথৌনা যাম্না পাম্নবা থবক তৌবা মীওইশিংদা থোইদোক্লা মখোয়গী মতিক মগুণ মথৌনা নৈবাক্কী অমদি নিংথৌগী থৌদাং কয়াদা মায়যোক্লবা যাখিবা মীওইশিংগী মফমদা নিংথৌনা পেনবীবা মতুং ইন্না নিংথৌনা ফুবিৎ শাইজোনবা অসি পীনৈ । মসিসু মৈহৌ লাংপোক ঈশিং ঈচাওনচিংবা থৌদোক-রাথোক কযাদা অকনবা থৌদাং লৌনা থবক তৌবা মীওইশিংদা হাযবিবা মনাসি পী ।

**চনুরা লুহোংদুনা পীবা অদুগা তালোই নৈচা খাইবা ঃ-** থোইদোকপা শাফম-লানফম অমদা শা ফাবকপা নৎত্রগা লান্দা ফাবকপা মীওই অমসুং শাফম-লানফমগী লুচিংবা অমসুং থৌনা ফনা মায়যোক্লকবা মীওইবু মনা পান্না নুজা চনুবা অমা নিংথৌনা মনা ওইনা পীবা অসি আ থাইনগী মমাংঙৈগী মতম কযাদগী চৎনবকই । মোইবাংনচিংবা লমদমদদি তালোই নৈচা খাইবা হায়দুনা নিংথৌগী নুপীশিংগী মবক্তগী অমা খাইদুনা পীবা অসিসু চৎনবকই । খুদম ওইনা পুবেনবগী নুপী ঙাঙখবৈমা কদেং-থাংজাহনবগী তোনু লাইজিংলেম্বী অসিনচিংবা কয়া ঐখোয়না মোইবাংগী থাইনগী সাহিত্যদা উবা ফংই । মৈতৈগীদি তালোই নৈচা তুইন তম্বা হায়দুনা চনুবা নিঙোল পীবসি য়াম্না কন্না চৎনৈ । মবম অদুনা হাযবিবা তালোই নৈচা খাইবা মখলগী মনা অসি

থোইদোকপা শক্লাইবা মীওইশিংদা পীবনি ।

**শগোল শামু দোলাই :** লানফম কয়াদা লান গুন্নকপা লানগী লানজিং পুবেল ওইব্বা মীওইবু মাগী মতিক মথৌনা য়েংনা শগোল শামু দোলাইনচিংবা পীবনি । মসিগুম্বা মীওইশিং অসিদি কোম্থোংদা হোজঙ শাগনি হোজঙ কা অহুম শাগনি নাকন্দা শন্দ্রি লৈগনি নাকল অমদা অবাকপা মীওইশিংদুগী ঙাইফম ওইগনি ফমগী মতুং ইন্না লম্বী ময়াদা শগোল শামুনচিংবা পুনগনি । য়ুমসু য়ুমজাও কা মঙা(৫)শাগনি শীঙ্গে পূক্কে ফৌগে চেঙগে শগোল শগোলশঙনচিংবা লোইনা লৈগনি মখোয়গী ফমগী মতুংইন্না চখোক খোত্তোকপদসু মী লোয়নগনি ।

**পজেং ফীরাল :** অসিগুম্বা মীওইশিং থোইদোক হেন্দোকপা শাফম লানফম লৈবাক্কী রাযেন-থৌদাদা মতিক মথৌনা লৈবকপগী মতুং ইন্না মখোযদা কোকযেৎতা ফীবাল মচা অমা থেৎপা অদুবু শাফম-লানফম খুদীংগী ফীবাল মশীং হেনগৎকনি অদুগুম্বা নুপা অদুগীদমক লৌগীদমক লৌ পী থুমগীদমক থুমখোং পী। মী অমনা চঙদবা য়াদ্রবা মতম মতমদুগী পোৎচঙ খুদীংমক হাযবিবা মী অদুদা পী । অসিগুম্বা ফীবাল ফংলবা মীওইশিং অসিবু পজেং ফীবাল ফংবা কৌই । মখোয়সি দোলাই ফৈন্না তোংবা ফংএ । মায়যোক্লবা রা ঙাঙবা য়াদে ।

**তাংবল লোইচাবা :** মতাং ফমথোল অসি য়ৌববা মীওইশিংদি য়াম্না চাউবে শাসু লানসু অনীমক্তা যাম্না হৈ শিংবা থৌবা মীওই নৎত্রবদি ফংবা য়াদে । তাংবল লোইচাবা মীদি মযুমদা লোয়শং কাবে মশাগী লৌচা থুমখোং পাৎশিংগী মাগীদমক চীং অমা পী অরাৎপা লৈত্রে শাসু লালসু অসিমক্তা নৎত্রবদি তাংবল লোই ফংবা য়াদ্রে। খুদম ওইনা জেনেবেল থাঙ্গাল অমসুং মোইবাংশা অনীনা পূল্লগা তাংবল লোই চাখি । জেনেবেল থাঙ্গাল মাগী মথৌ অদুনা তাংবল লোই চাবা যাখিদে । অদুবু মোইবাং শাগা পূল্লগা তাংবল লোই পীখি ।

**চবোৎ লাংনা :** মখোযসি যাম্না অরাংবা থাক্তনি শাফম-লানফম নিংথৌগী থাক্তা নিংথৌবু কল্লবা অদুগুম্বা মীওইশিংদা হায়বিবা চবোৎ লাংনা অসি পীখি । অসিগুম্বা মনা অসি ফংলবা মীওইশিংনা ময়ূম পাল্লবা নুপা নুপী(য়ুম লিংলবা) খুদীংনা ফৌ মেকক অনী অনী খায় অতৈ অতৈ মেবোকনচিংবা লোয়ননা তমগদবনি । হায়বিবা চবোৎ লাংনা ফংলবা মীওইশিং অসিদি লাইগী থাক্তা

লৈবা মীওই অমনি হায়না লৌবা য়াবে। মনা খুদীংদগী মখোয়সি থোইদোকপা শক্লাইববা মনানি ।

**লৈশং খিকল্লাইবা :** মৈত্রবাক্তা অমুক্তা থোকখিদ্রবা ফমথোন্নি,গবিবনিরাজ মহাবাজগী হাক্তক্তা সেনাপতি ওইবম্বা গৈবীবামনা অৱাগী লানবন্দা থাওফম অহুম হকলম্মী । মহাক অসি লানফম অমত্তদসু মাযথীবা লৈখিদ্রবা শাফম অমত্তদসু মায়থীবা লৈখিদ্রবা নীপানি হাযনৈ মমৈথওদা মহাক অসিনা লৈশং খিকরাইবা হাযবা ফমথোল অসি পীদুনা লাইগুম্না ঈবাৎ পুজা তৌনখি ।

মতৌ অসুম্না মৈত্রবাক্তা মনাবোল অসি মতৌ অসুম্না মথং মথং ওইনা লৈবম্মী মনা খুদীংমক হেক্তা পীবা য়াবমদে । যাম্না মবম চানা চানা পীবম্মী মবম চাদনা হেক্তা পীশিনবা তৌদনা মথং মথং মাগী মাগী পীফম থোকপা মওং যেংলগা পীবম্মী ।

## ঈশৈ হায়বসি থম্মোয়গা থম্মোয়গা শম্নবা কলা বিদ্যা অমনি

ঈশৈ হাযবসি থম্মোযগা থম্মোয়গা শম্নবা কলা বিদ্যা অমনি ঈশৈ তাবদা নুংঙাইবা পোক্ত্রবা মীদি মীওইবগী ওম্থোকপা মপোক অমনি হাযবসি তশেংনমক চিংননিংঙাই লৈতনা চুন্নবা ব্রাফম অমনি । ব্রাহং অসিগী পাউখুম পীবা ওইনা অহানবদা ঐখোযনা ঈশৈ হাযবসি কবিনো হাযবদু নৈনবা তাই । ঈশৈ হায়বসি সুব পান্দুনা ফজবা য়াবা তাল যন্ত্র লয় ছন্দ পানবা শৈবেংগী শক্তম অমনি । শৈবেং হাযনা খঙনবিবা সাহিত্যগী শরুক অসিদগী ঈশৈনা হান্ননা লৈবম্মী হাযবসি অবিবা ব্রাবী ব্রাখোঙ অমসুং লাইবিক কয়ানা প্রমান ওইবি । মীওইবনা তাইবঙপান্দা লৈবকপদগী অকোয়বদা লৈবিবা তাইবঙপানগী ফজবশিং অসিগী অনৌবা শাফ্ অমা থম্মোযদা পান্দুনা মদুগী চৈথেংনা হাযফম খঙদবা ঈথক-ইপোম অমা থম্মোয়গী মফম খুদীংদা শন্দোবকইবসি অসুম্না ঈশৈগী শক্তমদগী শৈবেং তাবকখি । মথং মথং মখল মখলগী সুবদা শেমদোক্তুনা তোঙান তোঙানবা ছন্দদা শেমদোবক্তুনা ঙসি ওইবিবা ঈশৈগী পাকচাউববা মফম অসি কন্দুনা লৈবি অসুম্না শক্রবিবা ঈশৈ অসি ঙসি ঙবাংদগী নত্তে খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈ চহিচা কয়া । কয়াগী মমাঙদগী লৈবক্রবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙলে ।

ঈশৈ হায়বসি খ্বাইদগী অব্রাঙবা কলা বিদ্যাশিংগী মনুংদা অমনি । হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না বিদ্যা ১৪ অমসুং কলা ৬৪ লৈ মখোয়শিং অসিগী মনুংদা ঈশৈ হায়বসিসু য়াম্নমক চঙখোন্না ব্রাংলবা অমনি ।

ঈশৈ হায়বগা ঐখোয়না অমখক্তবু খঙনবা য়াদে । ঈশৈ হায়বিবা কলাগী মনুংদা

মখল মখা কযামকম অমুক খায়দোক্কুনা শকুবি ঈশ্বরগী মমিং মতীক মগুণ অমসুং মীগী ব্রাবীবু ছন্দ অমসুং তান যাওনা লাউনা হায়ববু কীর্ত্তন হায়না খঙনৈ । মসি নব-বিদ্যা ভক্তিগী অনীশুবা ভক্তিনি । অদুগা কবিগুম্বা বিষয় অমদা হেক্তা শকপা শৈশকপুনা গীত কৌই । অদুগা হেন্না মবিক চুম্না নীংথিনা চঙখোন্না শকপবুনা সঙ্গীত কৌই । "গীত্তং বাদ্যং তথা নৃত্যং এযং সংগীতমু চৎতে গান বাজনা নৃত্যং"(বাঙ্গলাদা) "শকপা পূং লোন যৈবা অমসুং জগোই শাবনা পূনববু মৈতৈলোন্দা সঙ্গীত কৌই । সঙ্গীত হায়বসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোকই · (অ) মার্গী, (আ) দেশী, ভরত মুনিনা, ব্রহ্মানা অমসুং মহাদেবনা শেম্লম্বা ঈশৈগী নিয়ম মতুংইন্না শকপবু মার্গী হায়না খঙনৈ । হিন্দুস্থানগী উচ্চাঙ্গ সঙ্গীত , ধোপ অমসুং মনোহরসাই অমসুং নট অদুগা পোনা লাই হবাউবগী শৈহৌ অসিনচিংবগী মখনবু মার্গী সঙ্গীতকী কাঙলূপ চনশিনবা যাই । অদুগা লৈবাক লৈবাক অদুগী মীশিংনা মপূক্লিংগী ওল্লকপা মতুং ইন্না শেমখিবা ঈশৈ পূংলোন অমসুং জগোইনচিংববু দেশী সঙ্গীত নৎত্রগা লোক সঙ্গীত হায়না খঙনৈ ।

"দেশ দেশ জনানংথদুক্তা হৃদয় বঞ্জব গানং বাদনং নৃত্যং অদ্দেশীত্য ভিস্বয়তে" ঈশৈ হায়বসি অমুক কৃষ্ণগী মত মহাদেবগী মত অমসুং হনুমানগী মত হায়বা মত মখল মবি থোক্লা লৈ । ঐখোয়গী মণিপুরদা শকইবা ঈশৈশিং অসি কৃষ্ণ অমসুং মহাদেবগী মতনি হায়না লৌবা যাই অদুবু মসিদা অদুম যাম্না ঈশৈগী মখল মথেলশিং নৈননিংঙাই ওইদে মথক্কী ব্রাবোল খবসি নৈনকবগী তাৎপর্য্যদি ঈশৈ কবিনো হায়বদু মশক শেংনা খঙননবগীদমক্তনি । অমা ওইববসু অমবু ওইববসু ঈশৈ হায়বা কলা অসি থম্মোযগা থম্মোযগা শম্নবা বিদ্যা অমনি মবমদি থম্মোযনুংদগী থোবকপা থোংলবা ঈশৈগী সুবনা অমুক অতোপ্পা থম্মোয় অমদা চঙলুবদা লুনা থোক্ক্রে হকচাংদগী থোবকপা মিগা (হকচাংগী মমিনা) হকচাং মশাদা অমুক চঙখিদুনা অমতা ওইখিবদা ঙক্লা থোক্তবগুম ঈশৈগী সুবনা শোক্লু বা থম্মোয় খুদীংমক অমত্তা ওইহনবসু থোইদোক্লা ঙক্লিংঙাই মবম ওইদে । অমবোমদা অমুক সংসাব অসিগী উচেক ব্রায়া জীব পানবা খুদীংমক ঈশৈগী সুবনা পুন্দুনা থল্লিবনি হায়বা যাই । বসন্তগী শেংলবা মালং

মবক্তা কোকিল কৌবী চেক্লানা "কুহু" হায়না শৈশকপা তাবগা কলাগী থম্মোযদা অনৌবা ঈথক হৌবোইদগে ? নুংশিবা ঈশৈগী সুবদা অতাবা থম্মোয খুদীংমক চঙশিনখিদুনা জীবত্মানা পবত্মাদা তিনশিনখিবগুম অমত্তা ওইশিন্নখি অমসুং থম্মোয় খুদীংমক ঈশৈগী সুবদা চঙদুনা চৎমিন্নে,কেমিন্নে অমসুং কপমিন্নে কবি অমুক হাযগনি - ঈশৈনা মীওইবগী থম্মোয় খদীংমক জয তৌবা ঙম্মী মীওইবগী থম্মোইত নত্তনা শা ষননচিংবা জীব কযাগী থম্মোযবুসু খুদুম চনশিন্দুনা পুনিংবা মফমদা মওংদা পুবা য়াই জঙ্গলগী শামু ফাওবদা ঈশৈগী সুবদা যন্ত্রগী মখোলদা শুক্ষংখিদুনা মতোমতবু মতোমতনা কাউজখিদুনা যন্ত্রগী মখোন্দা ঈশৈগী তাম্বাদা মহাকসু তাল থাজে খোংথাঙ খুদীংমক তালদা নেৎতুনা চৎলিবনি তশেংনা হাযববদা ঈশৈগী জগত্ত সংসাব অসিদগী পুমতোপ তোপ্লবা অনৌবা জগৎ অমনি, জগৎ অসিদা সংসাবগী লেঙলি-পাল্লিবা অচৎ-চত্ত অপাম্বা কল্লকপগা মীহৌবা লাযববা ইনাক খুনবা অসিনচিংবগী ব্রা লৈতে জগৎ অসিদা চঙলুববদি মপানগী জগৎ অসি কাউথোকপা ঙম্মী ।

দ্রৌপদীবু কৌববগী সভা মযাযদা ইকাইবা পীগদবগী দুশাসনবু মফনেক মুলহল্লী। পাঙ্গল্লবা ধর্ম্ম চেনবা অমসুং লাইবিক হৈবশিংতনা ওইববা মপুবোইবা মঙা,ভীষ্ম, দ্রোন,কৃপা অমসুং ধৃষ্টবাষ্ট্রনচিংবা লাইগুক পূম্নমক্কা দুর্যোধনগী তৌবা হৌনদবা অত্যচাব অদুবু উনা উনা তানা ব্রা ঙাঙখিদ্রবা মতমদা দ্রৌপদীনা "সত্যভামাগী মবুংঙো হা দ্বাবীকা নাথ ঐবু কনবীয়ু হায়দুনা লাউবকই । শ্রীকৃষ্ণ লেঙলক্লবদা দ্রৌপদীনা হংঙি "ইবুংঙো ঐদি ব্রাকবেদা অসুক তপ্না লেঙলক্লে" শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মী নঙনদী সত্যভামাগী মবুংঙো দ্বাবীকা নাথ হায়না কৌই । মবম অদুনা দ্বাবীকাদগী অসিদা লাকপদসু মতম থব চঙই । দ্রৌপদীনা হংই "ইবুংঙোদী মফম পূম্নমক্তা লৈ অমসুং মী পূম্নমক্কী মবুংঙোনি হায়বদাইনে" শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মী "নঙনদি মদু হায়নদি কৌদে হায়বদি প্রাননাথ জগনাথ হায়দে" বৃন্দাবনং পবিতগ্য পদমেকং নগাচছাত-হায়বদি বৃন্দাবন্দগী শ্রীকৃষ্ণনা শুপলেঙ লেঙথোক্তে । অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা বৈকুন্ঠদসু লৈ হায় গোলোকতসু লৈ হায় অদুগা ক্ষৌবদ সমুদ্রদসু চেম্পী হায় জগৎকী মবুংঙোনিনা মফম পূম্নমক্তা লৈ মসিদা নাবদনা ঙক্তনা কৃষ্ণদা খুম্মী ।

"নাহং বসামি বৈকুন্টে যোগীনং হৃদয়ে নচ মবত যত্র মদ্ভক্তা গাযন্তি তাদ্র তিষ্টমি নাবদ"।

"নাবদ ঐদি ঐগী বৈকুন্ঠদসু লৈতে, ঐবু নীংজবা য়োগীশিংগী মফমদসু লৈতে। ঐদি ঐগী ভক্তশিংনা ঈশৈ শকইবা মফম অদুদা লৈ " অদুনদি শ্রীকৃষ্ণনা, হায়বদি পবমাত্মা ভগবান্না পেনবসি ঈশৈনা মহেনবা তাবে সত্যদা ধ্যান ত্রেতাদা যজ্ঞ তৌদুনা দ্বাপুবদা হৈ-লৈ চনদন্নচিংবা কৎতুনা তাইবঙ পানবা মপুবু ঈবাৎনবন্মী। কলিদা ঈশ্বববু সঙ্কীর্ত্তন (ঈশৈনা) মহা যজ্ঞ তৌদুনা ঈবাৎনবি। মসি হায় হাযদুনা সত্য ত্রেতা দ্বাপুব যুগ অহুমদা ঈশৈনা ঈশ্ববরু নীংঙমদ্রব। নত্তে। ঈশৈনা মবম ওইদুনা নাবদ অমসুং মহাদেবনা ঈশ্বব শ্রীকৃষ্ণবু ফংখি। ঈশৈ হাযবসি মৈহৌবোন্দগী ঈশ্বব ফংনবা লম্বী অমা ওইদুনা অদুম মবাকই। তৌবতবু জপ ধ্যান অমসুং পুজানা কলিদা মযেং তাম্ব্রে, ঈশৈতদী অদুমক ময়েং তাদে হায়বতনি পূম্নমক অসিদগী সঙ্কীর্ত্তন্না অথোইবা ওইনা লৌনবি। মবম অদুনা "কলৌ সংকীর্ত্তনম" কলৌ সংকীর্ত্তনম কলৌ সঙ্কীর্ত্তনমক হায়দুনা চৈতন্য মহাপ্রভুনা হাযবন্মী। মবম অদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহাবাজ সনা হাক্তক্তগী লুহোংবা যজ্ঞ তেক্তুনা সঙ্কীর্তন মহা যজ্ঞতনা লুহোংবগী থবক পাঙথোক্লবক্রি। অসুক যাম্না হাযকব্বগী মবমদি ঈশৈনা মীওইবগী থম্মোযবু জয তৌবতা নত্তনা জগৎকী মপু ওইবিবা ঈশ্বব ফাওবা জয় তৌবা ঙম্বনা ঈশ্বব ফংনবগী পাম্বে ফাওবা ঈশৈনা ওইদুনা শীজিন্নে হায়বসি উৎননবগীদমক্তনি।

অসিদসু নত্তনা হৌখিবা ইতিহাসকী ঝাবী কযাদসু নুংশিববা ঈশৈগী খোম্বোক্লা মীওইবতা নত্তনা শা উচেক্লচিংবগী থম্মোযবু জয তৌখিবগী ঝাবী কয়া লৈ আগ্রাদা আকববনা পাল্লিঙৈদা নিংথৌবেলগী দববাবদা তানশেন কৌবা ঈশৈ হৈবা নুপা অমা লৈবন্মী। মহাক্কী দববাবদা বৈজু অমসুং তানশেন অনী ঈশৈগী লান তৌবন্মী। বৈজুসু ঈশৈদা তানশেনবুসু মায়থীবা পীদুনা সাধুশিংবু হাংখবগী লমন খুম্নিংলম্মী বৈজুনা মাগী সুবদু অসুক্কী মতিক ফজনা শক্লম্মী মদুদি জঙ্গলদগী শজিনা চেম্বোবক্তুনা বৈজুগী নাক্তা ফন্নদুনা ঈশৈ তাববে মমৈথংদা তানশেনবু শজী অদু কৌথোক্লবা হায়ববদা তানশেনগী ঈশৈনদী শজীবু কৌথোক্তুনা বৈজুনা লৈ পবেং শিখিবদু লৌথোকপা ঙন্নমদে বৈজুগী অনৌবা সুবদা অমুকসু শজীদু

চেঙ্ঘোবক্লম্মী । মতৌ অসুম্না বৈজুগী ঈশৈতনা শজী ফাওবা শুম্বা ঙমদুনা তানসেনবু মায়থীবা পীখি ।

অদুনদি ঐখোযনা খঙলে মদুদি ঈশৈ হায়বসি থম্মোয়গা থম্মোযগা শম্নবা কলাবিদ্যা অমনি । মীপূম খুদীংগী থম্মোযবু ঈশৈতনা পুনশিন্দুনা শম্নহনবা ঙম্মী মীওইবনা পোক্লবা মপোক্তা থম্মোযগী নুংঙাইবা ফংনবা ঈশৈ তানৈ অসিগুম্বা ঈশৈ হায়বসি তাবদা থম্মোয পাল্লিবা মীওইবা খুদীংমক পূক্লীংগী নুংঙাইবা থম্মোযগী অপেনবা হাযবদু পোকই । মসিগুম্বা, ঈশৈ তাবগী নুংঙাইবা পোক্লবা মীওইবা অদুদি মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবসু খ্বাইদগী তোঙাল্লবা ওম্ভোকপা মপোক অমনি হায়বা য়াই, মবমদি মখোযদা থম্মোযগী ঈথক-ঈবাং কাদ্রবা ব্রাখল অমা চেনবা তাই ।

শম্না হাযববদা থরাই পান্দবা কবিগুম্বা পোৎ অমদা অয়াকপা অখোৎপা রাহৈ চাম্মা চাম্মনা শিংজা য়ৈবমখৈ হায়জববসু ঈশৈগী তনৌ-তনৌবা সুব কয়ানা হন্না হন্না নিলহল্লবসু ফিভম কায়দনা লৈবগুম ঈশৈ তাবদা নুংঙাইবা পোক্লবা মীওইবশিংসু মীওইবা সমাজগী থম্মোয়দা পানবা হবাওবা নুংঙাইবা কপ্লীংবা শাউনীংবা নুংশি নুংঙোনবা নোক্লীংবা থুক লাউবা অসিনচিংবা আনন্দশিং যাওদ্রবা ওম্ভোকপা মখলগী মীওই অমনি হায়না লৌবদা থোইদোক্লা চিংননিঙাই লৈতে ।

## জাতিগী ফিবোলগী মবমদা খবদং

মীওইবা জাতিগী অহানবা কৃস্তিদা মী পূম্নমক অসি মাযকৈনা ফিজেৎনবা অফং- অফংবা চাবা হায়বসি জগৎকী কৃস্তী গী শকফম অমনি অসিগুম্বা অহানবা মতমদা লৈবক্সীবা মীওইশিং অসিবু সাহিত্যগী লোন্দা "More Consumer than Producer" হায়না শীংথানৈ। মখোযগী ফিজেৎ-চাকচাগী ব্রাফম লৈতে লমলক্কী শাদগী থোইনা খেন্নবা লৈতবা জাৎনি মীওইবগী কৃস্তিদা ফিজেৎ হায়বসি যাম্না মক ওইবা মচাক অমনি চিঞ্জাক্লা মীওইবগী জাতি অসিগী কৃস্তিগী মশক তাকপদগী ফিজেৎনা তাকপনা হেন্না মক ওই। ফিজেৎ চাকচানা জাতি অমগী কদায ফাওবা চাওখৎলম্বগে হাযবদু তশেং- তশেংনা ঐখোযনা খংবা ঙম্মী। মতাং অসিদা ঐখোযগী জাতিগী ফিজেৎ-চাকচা অমসুং মহৌশাগী ফিভমদগীনা হৌজিক্কী ওইবিবা ফিজেৎ-চাকচাগী ফিভম অসি নৈনবা খ্বাইদগী মক ওইবা অমনি। ঐখোযগী লৈবাক অসি অহানবা মতমদা লৈবম্না মীওইশিংসি মীওই শা ওই তৌবা কাঙবুনি। মখোযসি মী মবক শা মবক ওইবা মাযকৈনা ফিজেৎনবা কাঙবুনি মখোযসিগী মথংদা অতোপ্পা লমগী মীওই কযা লাকখি। মখোযবু অযাম্বনা মাযকৈনা ফিজেৎনবা অফং- অফংবা চাবা কাঙবুনি মখোযগী মনুংদগী খবদং শীংথানবা তাববদি অহানবদা নুমিৎ- নীংবা(সনামহি নীংবা কাঙবু) কাঙবু অসিনি। মখোযসিগী ফিজোনদি চীংমথি কোক্কী লৈতেংনা লোলৈনে(চীংমথি হায়বদি চীংদা ফংবা মনামমশিং নৎত্রগা নাপীশিং নৎত্রগা চীং লৈবাক্লা ওইবা যাই) মতাং অসিদা ঐখোযগী ওইনা নীংশিংগদবনি,

নুপাশিংনা শেৎ-চাবা মওং নুপীনা চীং লৈবাক কংল তৈব কংল তৈব তৌবগ নুমিদাংগী জগোইগী ফিজোল ওই নুপীনা নুপাবু থাকপনি । নুপীগী মখৌনা নুপা থাকপা কোল্লেং-থবোই ব্রাইখূনচিংবা ফাবা অদুগা নুপানা নুপীবু কনবা অসিনা মখোয়গী জাতিগী চৎনবীনি ।

মতৌ অসুম্না সনামহি নীংবা কাঙবু অসিনা শিজিন্নবিবা ফিজোল অসিসু ওইবম্বা যাই। থোইদোকপা মখোয়গী মবম থিবা ফংদ্রে । মথংদা লাকপা কাঙবু অসি মোবিযা ফম্বালচা কৌই । সোবাবেন নীঙবা কাঙবুনি মখোয়সি আফ্রিকাগী মীগুম্বা মথীক নেম্বা কাঙবুনি মখোয়সি মকোক্তা নোংঙৌবী অমদি ব্রাহোং মতুনচিংবা থেৎপা মীওইশিং ফিজেৎতি মাইমু তোমশেন কনাগুম্বনা মসিবু তোমসন হাযনসু খঙনৈ । জুলিএট সিজবগী মতমদা ইংলেন্দগী মীওইশিংনা নিম তৈনবম্মী মযাদা কা হেন্না ঙৌবা মচু অমা শঙলম্মী । অসুম্না কৌবিবা ফম্বালচাগী মীওইশিংগী মাইমু তোমশেন অসিসু ওইবা যাই ।

থাইনঙৈদা লাইবোল লৈমবোল নুপী মখল অনীনি : ১. মপু ফুঙ্গা ফুম্বা অঙৌবা অমুবা হায়বগুম্না লৈমবেল লুহোংবদা তাংখুলগী লৈকম্না যোমদ্রবদি যাদে হাযনা চৎনবগী মতুংইন্না ঙসি ফাওবদা চৎনবি। Costume অসি আদগী হৌনা লাক্লবদি মকওইনা পাখংবনা মপু ওইদুনা নিংথৌ পূম্নমক মাগী মখাদা লৈবম্বদা Culture পূম্নমক য়োমশিনখিবনি । অদুগা লৈকমদা য়োম্বগী য়েংলবদা নোংদা লাইবেল পাখংবগী মতমদগী চৎনবে । লোয়ননা মতম অসিদা চাদো তাংখুন্না লৈকম শাবা হৈবে, মসিনা তাকপদি মমাংঙৈদগী হৌনা ফি শাবা হৈবে হাযবা তাকই ।

নুপানা ফৈজোম শেৎলি অদুগা ঙবোংনা খাওন-ফুবিৎ লিৎলি,খাওন ফুবিৎ হাযবদি অতূবা ফুবিৎ নত্তে । ঙবোং ফিনা খাওন ওইনা য়েৎতুনা শেম্বনি । নোংপোক Asia গী লমশিংদা তূদবা ফিজোল শিজীন্নবা কযা থেংনগনি। হৌজিক্কী মতম অসিদা মণিপুরী অহল লম খব শীজিন্নবা য়াওবসু কবি কবিগুম্বা মতমদা থেংনগনি । মখোয়না শা লানগী মতমদদি সবোন ময়া অমসুং সুদাংয়া শীজিন্নে । অদুগা অকে-অমৌগী মতমদদি লোন্নৈ-চিল্লি । লমথাং খুল্লক কোকয়েৎ শীজিন্নে । মতম অসিদা ফিশাবা ইমুং অদুবু ফিজম হায়না কৌই ।

মখোয় নত্তনা অতৈনা ফি শাবা য়াদবা কযাসু য়াওই ।

মসিগী মথংদদি যেক শলাই খাযনবে শলাই খুদীংগী মাগী মাগী ওইবা ফিজোল লাকএ খামেনচৎপা লমথাং খুল্লকনচিংবা নিংথৌগী ফিজোল কযা কাত্রগী ফিলানগী মতমদা শিজীন্নবা অসিনচিংবা কযা শিজীন্নবে মতম অসিদসু নোংচুপলোমগী মতুবা ফিগী মওং অসিদি চৎনদ্রি ফিনা হকচাংদা যেৎশিন পুন্সিনবা মওং অসিদা লৈবমই । মথংদা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না যেক শলাই ৭ কী মচু তবেৎ থোকলে ।

| | | |
|---|---|---|
| ১। অঙোম শলাইগী | - | অঙৌবা মচু |
| ২। নিংথৌজা শলাইগী | - | অঙাংবা মচু |
| ৩। খুমন শলাইগী | - | অমুবা মচু |
| ৪। চেংলৈ শলাইগী | - | অশংবা মচু |
| ৫। মোইবাং শলাইগী | - | মঙ্গ্রা মচু (ঙাংঙ্রানবা) |
| ৬। হাওবোক কোম্লৌজম শলাইগী | - | অব্রাওবা মচু |
| ৭। শবাং লৈশাংথেম শলাইগী | - | নাপু মচু অসিনি । |

মতৌ অসুম্না মাগী মাগী যেক শলাইগী তোঙান তোঙানবা মচু লৈনবে মসিনা হেক উবদা শালাইগী শক খঙবা ঙমই । লৈবাক্কী ওইনা হবাও কুম্মে , হিযাঙ তান্নবনচিংবা উকায কাপ্পা মতমদা মাগী মাগী শলাইগী ফিজোল শেত্তুনা চৎনবম্মী। চোঙ ,পে, শেকপীন্নচিংবসু মাগী মাগী শলাইগী মতুং ইন্না মচু মচু শিজীন্নৈ ।

মথংদা নোংচুপ সভ্যতাগী মখল মখলগী কুবাক পাইবী ফিজোল নুপা নুপী অনীগী ওইবা তোঙান তোঙানবা ফিজোল কযা লাকই । নুপীগী তেবিলীন , নুপাগী তেবিলীন মখল মখা অয়াম্বা মচুগী ফি জাৎ জাৎ কয়া লাকই । হোংলকই অসুম্না মথং মথং অবেপ্পা লৈতনা হোংলকই ।

## লৈমরেল লাংলোন , লৈমবেল শেকনিং , লৈমবেল নাওয়োম অমসুং লৈমরেল উনবোইরোলগী শক্লোনদা মীৎয়েং খরদং

মী ওইবা জাতি অমগী অহানবা খোঙহৌদা (কৃস্তিদা) জাতি অদুগী ওইনা ধর্ম্ম কর্ম্ম লাইনীং লাইশোনগী মমি তাই, অদুগী মবমদা ইবা অমদি শকশোনবা হাযবসি জাতি খুদীংমক্কী ওইনা চৎনবী অমা ওইবকই । লোযননা কবিগুম্বা জাতি অমগী সাহিত্যগী খোঙহৌদা জাতি অদুগী লাইনীং-লাইশোনগী মসি তাবা হাযবসি শোযদবনি । হিন্দুগী সভ্যতাগী মতাংদসু কৃস্তিগী ওইনা অহানবা লাচনবা মক্তদা বেদনা ওই । অসুম্না জাতি অদুগী অহাম্বা খোঙহৌগী লাচনবা অদুগা লাচন্দবা হায়না লৈবীবা সাহিত্য অনীমক্তা ধর্ম্ম কর্ম্মগী লাইনীং লাইশোনগী লাইবিক্লা ৱাবেং শৈবেংনা ওই ।

**মণিপুর সাহিত্যগী মতাং অমদা :**

মৈতৈ সাহিত্যগী মতাংদসু অদু মগাই জগৎকী সাহিত্যদা ধর্ম্মগী অমদি লাইনীং লাইশোনগী ঈশ্বরদা লৈশি-লৈথোম্বা ৱাহৈ-ৱাতা ওইবগুম্না মৈতৈ সাহিত্যগী মতাংদসু লাইনীং-লাইশোন্না ওই । মৈত্রবাক্তা ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা লাইনিং লাইশোনগী মতাংদা তন্ত্র ধর্ম্ম অসি কন্না থাজনবকই । আর্যশিংনা বেদদা থৱাই লুপ্লগুম্না মৈতৈশিংনা তন্ত্র ধর্ম্মদা থৱাই লুপ্লম্মী । আঙনবা মতমদা ইবা লাইবিকশিংদা লাইনিংথৌ লাইবেম্মবু ঈবাৎ-পূজা তৌবা লৈশি-লৈথোনবা অমসুং থৌনিবনচিংবা মখলগী লাইবিক ওইনা ঙাক্তা তৌই । কবি কবিগুম্বা লাইবিকশিংগী মবক্তা খবদং শীংথাবা তাববদি হৈবোক চিঙ্গোইবোন, সনামহি লাইবন পাংখংবা য়াংবী লৈমবেল নাওয়োম, লৈমবেল লোননিং, লৈমবোল উনগাইবোল অসিনচিংবা লাইবিকশিং অসি শীংথাবা য়াই ।

লাইবিক অয়াম্বদা জগৎ পোকপা পোকপী অনীগী লাংওন অমসুং কৃস্তিগী মমি

তাই । শিব শক্তি অনীগী অপূনবা অমতা ওইবা মওং কয়া মৈতৈনা স্নামহি অমসুং লৈমবেল ওইনা ঈবাৎ পুজা তৌবা মওং কয়া উবা ফংই । দেবীনা লৈমবেলগা মান্নবগী মওং ৱাবেং কয়া উবা ফংই ।

খুদম ওইনা -

পলেম ইমা পোকমাবী
কোলোয নুংশি উমা চীংজবোইবী
নবানা লৈমবেল শিদবী ওইহৌবী
নতুনা নোংথাংলৈমা ওইখিবী
চীংদা কৌইএ পামহৈবী কৌবী
লৈবোল তবেৎ লাংলোন তবেৎ তূনা পাল্লে
পাম্বোইবী কৌবী ইমা

অসুম্না শৈব ধর্ম্মবু মৈত্রবাক্তা পুশিন্দুনা অনীগী অমত্তা ওইবা অপুনবা শক্তম অমা উৎলি । কপিল ভগবানগী "শঙ্খদশনদা উৎলিবা তন্ত্রিকী মওং অদু মৈত্রবাক্কী লাইবিকশিংদা মমি তাই । অমসুং ডাবলিলগী দা মীওইবগী ওইখিবা শক্তম অসিগী হাযবদি শিবা, হিংবা অনীগী মবক্তা লৈবা তন্ত্রিক ওইবা মওং কযাদু উৎলি ।

লোয়ননা মৈতৈগী পুযা কযাদা শিবগা 'কো' স্না পাখংবগা অমত্তা ওইবগী শক্তম কয়া যাম্না নীংথিজনা উৎলি । দুর্গাগা লৈমবেলগা অমত্তা ওইবগী শক্তম কযাসু মমি তাই । মসিগী মতাংদা 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' নীংশিংবা যাই । ইমা লৈমবেলগী গুণ মতেক অমা -

'ইমা লৈমবেল শিদবী
অকোং হাংদবী অবাই কাংদবী'

অসুম্না শীংথাই । মতম পূম্নমক্তা শক্তি জগৎ পোকপীনি তাকই । মথংসিদা অসুম্না

"লুমাং শম্নুন লৈবগা পম্বৌ কৌবা ইপানি
লুতুং শম্নুন লৈরগা পলেম কৌবী ইমা
লুতোন শম্নুন লৈবগা পলেম-পম্বৌ শুপ্লী ইমা"

অসুম্না অসুম হায়না গুরুনা খক থানদে তাকই । শিবগা পাববতীগা লোয়নবগুম গুরুনা ইমাগা লোয়নৈ হায়বসু তাকই ।

লৈমবেলগী গুণশিং অসিনা অঙনবা মতমদগী মৈত্রবাক্তা নুপীবু থোইদোক হেন্দোক্লা লুনা নীংলকপা অমসুং শক্তি পূম্নমক শিন্নবগী মওং উৎলি দেবী ভাগবতকী "নাহেং পুরুউ নাংহ স্ত্র" হায়বা অদুদগী হেন্না ঐখোয়গী সাহিত্যগা ইন্নাই শিন তানা "লুমাং শম্লুন ইমা কৌই ...শুম্লী ইমা" হায়না মযেক লাবা হেলহল্লি । অসিগুম্বা লৈমবেল গুণ শীংথাবা লাইশিংগী মনুংদা লৈমবেন নাওযোম শীংথানিংঙাই ওইবা লাইবিকনি । মতাং অসিদা লৈমবেল নাওয়োমগী শম্লগ্না খরদং পঞ্জরি :

লৈমবেল পায়োম- তন্ত্রগী মওংদা ইবা জগৎ পোকপী ইমাগী মিথৈবোলনি । লাইবিক অসিদা ইমা লৈমবেলগী শক্তি কয়া উৎলি । জগৎপু মাগী নাওয়োক মনুংদা থম্না ঙম্নী ওইবী ইমানি তাকই । গুরুগা থানদে । জগৎ পোক্লফম পূম্নমক্কী পোক্লফম্নি হৌফমনি হাযবগী মতাংদা লাইবিক অসিদা পল্লি ।

"লাইবেন্না লৈমবেল শিদবী লৈখাবোল তবেৎখাদা তুনা লৈবী নচুবু স্না ফুথোংবগুম্ববী মালেম লৈবোল তবেৎ খাদা নোংশাবী নঙবু মিখুৎ তবা মানা খুকম্না নিজবক্কে । লৈবাক্কী সেকনিংদগী হৌনা হায়বক্কে , মমিং মিংখৈ খিবিক্তি লাইবিক অয়াম্বদা সুনা মবৈযে পবেংশিংনা ইববদি খ্বাইনা খংদেএ লৈবাক্কী সেক্লিংদা য়ানক কনা লৈয়ে" অসুম্না লৈমবেলগী মতিক মগুণ "লৈমবেল নাওয়োমদা" শৈথাই । লাইবিক অসি পাখংবগী মমাঙদা ইবা লাইবিক্লি হাযবা ঐখোয়না লাইবিক অসিদা ইবিবা মওং ৱাহে-ৱাতা কয়াসিদগী অমদি মৈতৈ সাহিত্যগী অঙনবা মতমদা অতোপ্পা লৈবাক্কী ইন্নাই-ইনিল লাক্লিঙৈ মতমদা ইবনি হায়বা লাইবিক অসিনা শেংনা তাকই ।

মথংদা লাইবিক অসিগী মনুংদা থৌনিবোল ওইবা ৱাহৈ কয়া লৈমবেলগী মতিক মগুণ কয়া তাকই । থৌনিবোলগী মতাংদা "লৈমবেল নাওয়োম" লমাই অনীগী ওইদা ঙাকপি খান্দা নৈবী লৈমবেলনে ।

লৈমবেল শিদবী ঙাচিং মবু মাবম লানখৎখিয়ে মমিংদি হংলে তিনসু কৌই - লমাই (৪) কানিক লৈনাংনু নপফা কৌই । অসুম্না ইবগা পীবিবা থৌনিবোল অসিগী

মওং তাক্লি । অশাওববু উনগুম চিকপনে । য়াফম ফত্তববদা শোল্লু হনজিনবনে যাফম চেৎপনে নুঙ্গোইবীদা হৈকক অমা থাবগা মদুদা লৈবাক খবা লৌবগা নমশা ওইনা থিল্লু ।

লৈশেমঙেগীনে শেম্বী শাবিহৈবনে, অসুম্না লাইবিকী মতিক মগুণ কযাসু অমসুং মনুংগী অথূপ্পা শক্তম কযাসু ঐখোযনা তন্ত্রিক মওংদা ঐখোযগী "লৈমবেল নাওয়োম" নচিংবা পুযা কযাদা উবা ফংই লাইবিক অসিমক্তি হৌবদগী লোইবা ফাওবা তন্ত্রিক ওইনা ঈশ্বরদা হাযজ-চৎচবগী অমদি পা-পীগী জিবনি শক্তি হেনগৎহনবগী থৌওং কযা ঐখোযনা লৈবিবা সংসাব অসি পী-পা অনীগী লাংওনফম্লি হাযবা তাকই ।

"লৈমবেল নাওযোম" লৈমবেলগী মতীক মগুণ শকপা শোনবা লোযননা জগৎ কৃস্তি প্রলয মাগী শক্তিগী থৌবাংগী মখাদা লৈবনি হাযনা শীংথাবা শম্না হাযববদা কালিদা পুবান্দা শিবনা শক্তি ওইনা লৈবগা কালিকানা শক্তিমান এওইনা ওইনা জগৎ কৃস্তি প্রলয তৌবগুম ঐখোযগী লৈমবেল নাওযোমদা জগৎকী মঙ্গল ওইবা শক্তম কয়া মাংনা তাক্লবা শক্তম কয়া তন্ত্রনা লোযননা তাকই ।

অপাম-নুংশি কযাগী মফমদা তৎন থাদবা থৌনিবোল কয়ামসু লৈমবেল নাওযোমদা ইদুনা লৈ , খুদম ওইনা "অযুক চিঙ্খে হুল্লকপা মতমদা লৈঙোইনা চফু শাবগা খোইকুগী থাওমৈ থাললে। মাই চিঙ্খেবোমদা ওল্লো লাই অসি শোল্লো । মৈবুলগুম্বা তন্দনগুম্বা ঙান্না উবনে মমিং অনীমক অসিবু খুযাগী উফুল লৌদুনা ঈশিংগা তোত্তুনা শোল্লো । খোঙথাং খূদীং যাম্না চাইও, নমশাগুম্না নমও চৎখ্রবসু মফমদা থুনা হল্লকযে যূমলক্তগী হেন্দোকখিবা ঙমদে, হঞ্জিন-হঞ্জিন মবৈবনে লাই চেনখিবদি মফমদা খোঙ্গুন্দা শোল্লো থুনা হল্লকপনে কৌশিনবা ঙম্বী লৈমবেলনে খঙউ অসিনচিংবা লৈমবেলগী গুণ কযা শিংথাই । লৈমবেলগা গুরুগা তৎন-থানদবগী মওংসু লাইবিকসিদা উৎলি পীবি । লোয়ননা লৈমবেল অসি নুমিত্তগী নোঙদুম ওইনা লাইবেন পাখংববু নাওপুবগী ব্রা কয়াসু পীবি লৈমবেল শিদবীনা নুমিত্তগী কাপথোবক্কে লাইবেল পাখংববু নোংদুম ওইনা লাইবেন পাখংববু নোংদুম ওইনা অদুবু পীয়াবে মমিংদি লিক কৌই । লোয়ননা লৈমবেল শিদবীনা নুমিংকী মচিদা য়ালন্নে য়াইবিপোক কৌই ।

## মনিপুরী জাতিনা চাওখৎলকপগী থাক মথং মথং খোঙদারকপগী মওং অদু মৈদা মীৎয়েং খরদং

মৈ অসি পোইবৈ মৈতৈ লৈবাক্তা কবক্না হৌরক্পগে অমসুং মৈদা পান্দুনা মণিপুবীনা চাওখৎলকপগী থাক অদু মথং মথং মচা খায়না নৈনবনা ৱাহং অসিগী চপ চাবা পাউখুম ওইগনি।
মৈতৈ লৈবাক্তা ইহান হান্না মৈ পুথোকপগী ৱাফম অসি পুয়া শূবা অরিবা লাইরিক ফাক্কৎপা অখঙ অহৈশিংনা থিবদা য়েলহৌঙৈ খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ চহি চা কয়াগী মমাঙদগী লৈবাক অসিদা লৈবাক অসিদা মৈ শীজিন্নবকপগী খুদম ফংই হায়রি। অওইব্রমকসু য়েলহৌঙৈ হায়বদি লৈবাক অসিদা মী লৈবা হৌবকপদগী হৌনা মৈ সু ইকুই কুইদনা অদুমক শিজীন্নবক্রে হায়বা য়াই।
মৈতৈনা খ্বাইদগী হান্না মৈ অসি উতোংচাক চাবা শাগৈদগী হৌনা মৈ শীজিন্নবা হৌবে। ঐখোয ইহান হানবদা ৱা অনৌবা মতাং অমা কক্লগা মদুদা ঈশিং খব হাপ্লগা চেঙ শুদুনা মৈদা য়াইবগা চাক চাবা হৌবে। অদুদগী অমুক সনামহি নীংবা কাঙবু অমা অমুক মৈতৈ লৈবাক্তা লাক্লম্মী মখোয় অদুনা খব অমুক হৈবা হেল্লে হায়বা য়াই। পোং থোক্লবা হোংনবগী মহুৎ নেচবদগী ফংবা পোং চাননবা হোংনবা কাঙবু চংলৌ পূংদগী চাক চায অসুম্না মথংদা শায়ামদগী ঙাযামদগী শা- ঙা চায় । যুলৌ পূংদগী য়ু থকই। অসুম্না মথং মথং লাকই মৈতৈগী চাওখৎলকপগী থাক।
**খুন্দা অহানবা :** পোইবৈ মৈতৈ লম অসিদগী অহানবা খুন্দাবম্না মীশিং অদু মৈ শীজিন্নবা হৈবমদে মখোয়গী মথংদা লাকপা কাঙবুশিংদি মৈ শীজিন্নবা হৈবে। মখোয় অদুদি শোবাবেল নীংবা কাঙবুনি মখোয় অদুদি মথক্তা হায়জত্রিবা উতোংচাক চাবা কাঙবু অসিনা মীবোল অনী ফাওবা চায়। মথংদা কৌব্রু নীংবা কাঙবু লাকখি মখোয়সু উতোংচাক চায়। অদুগা মখোয় অদুদি চফূ শাবা হৈক্কে

হায়বগী প্রমাননি অদুদগী অতিয়া গুক শিদবা নীংবা কাঙবু লাকপদগী চফূগী পাত্রদা চাক থোংদুনা চাবে চফূ শাবদা মৈ শিজিন্নবে মবম অদুনা নখোয়গী জাৎ অসি খব চাওখৎলে মৈগী কান্নবা খঙলে।

পোইবৈতোন খুম্ফোবকপদদি চফূ শাবা হেবে চফূ মৈ ইকপা শীজিন্নবে শেকমাই চফূ, লৈত্রাম (চফূ) খকং,অন্দ্রো খকং হায়না নৈনবে লৈমা লৈহাউতাবীনা কৌব্রুগী পুখ্রীদা ঈকজবা মতমদা মৈখু উবদা হংবদা কবিগী মৈখুনো হায়না হংবদা শেকমাইগী চফূ মৈ ঈকপগী মৈনি হায়না খুমই মবম অদুনা পোইবৈতোন খুম্ফোকত্রিঙৈগী মমাংদগী মনিপুবদা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈ নীংথিজনা শিজিন্নবা হেবে হৌবে।

পোইবৈতোন লাকপদগীদি মৈতে লৈবাক অসি য়াম্না চাওখৎলে হাযবা য়াই। মবমদি অশি- অনা থোকপদা মৈ থাদোক্তুনা নত্রগা কোম্হোংদা মৈ থাদুনা মৈ ওকপা অসিনচিংবা যাম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শীজিন্নবা হৌবে। য়ামনা চাওখৎলে। অদুঙৈ মচিং দা মীওইবনা য়ুমলিং খুল্লিং য়ুম্বাল-কৈবাল নাইদ্রিঙৈদা লৈকুত্তা লৈবাইদা লৈদুনা শা-ঙাগুম ফি-শেৎতনা কোয়চৎ চৎতুনা লৈবম্মী। মতমগী মতুং ইন্না অসুম অসুম মওং মতৌ ওন্দুনা মথং মথং চাওখৎপগী সভ্যতাগী লম্বীদা খুমাঙ চাওশিল্লকপগা লোয়ননা সংসাবগী মফম মফমশিংগী তোঙান-তোঙানবা পোৎশিং অসি অমগা-অমগা তিন্নদুনা অনৌ-অনৌবা পোৎথোক পুথোকখি। মতৌ অসুম্না পোৎকা-পোৎকা তক্লন্দুনা য়ৈনদুনা নুংগা-নুংগা থেংজিন্নকবদগী খঙহৌদনা মৈ হৌবকখি অসুম্না মীওইবা সমাজ অসি মথং-মথং চাওখৎপগী খোঙথাঙদা মখল মখলগী মৈগী চাংয়েং তৌদুনা মৈ শীজিন্নবা হৌবকখি। অদুগা মদুদগী মথং-মথং খব খবা অসুম চাওখৎলকপগী খোঙথাঙ ওইবকই।

> পোৎকা পোৎকা
> য়ৈনবদগী মৈ থোকই
> চাওখৎপগী খোঙথাং

অতোপ্পা মৈ হৌখিবগী বাফম অমনা মীওইবা জাতিনা সভ্যতাগী খোঙথাঙদা অসুম অসুম থাংজিল্লক্তুনা লৈত্রবা মতমগী ঈবৈনুংদা অসুম-অসুম তাউবক্তুনা বাখল লৌশিং হেনগৎপদগী মৈগী দবকাব লৈরকখি মসিনা মবম ওইদুনা নাকন নাকন পায়দুনা হঙ্গৎ হন্দা হঙ্গৎ হন্দা চিংই মসিবু মৈবা চিংবা

মৈবা চিংদুনা

মৈতৈনা চাওখৎপগী থাক

কৌই। অসুম তৌবদগী শাবক্তুনা মৈ হৌবকখি। অসিগুম্বা মচৎ অসিদগী মৈ হৌখি হায়দুনা অবিবা মৈতৈলোন্দা মৈশুৎ মৈবা হায়নসু মিখ্রেনে। অসিগুম্বা মওংনা মৈ হৌবগী থৌবাং অসি ঙসি ফাওবা লৈবাক অসিদা কবি কবিগুম্বদা উমং লাই হুবাওবা, লমতাইবা মতমদা মৈবা চিংদুনা মৈ অশেংবা লৌদুনা চাক থোংবনচিংবা শীজিন্নে। অসুম্না মৈতৈনা মথৎ মথৎ চাওখৎলকপগী ৱাবী লৈ।

মৈতৈগী অবিবা মতম হায়বদি য়েন্থৌঙৈদা থৌ কৌবা নুং মখল য়ৈদুনা মৈ হৌহনখি অসুম্না পীক্লবা মৈক্তৈগী মৈজাও য়াইওইনে অসি মৈত্রবাক্তা হৌখি, ৱাবম অসিদগী মৈবু থৌদু নুংথং মৈ মিখ্রেনে অদুগা মৈতৈনা মৈবু থাঙ্গা শুৎকনসু লৌনখি অসুম্না মথৎ-মথৎ চাওখৎলকগী থাক য়ৌবকখি। অসুম্না লৈবাক অসিদা মওং-মতৌ কয়াদগী হৌব্রবা মৈ অসিবু খিজিন্নবদা কান্নবগী মগুন খঙনখি। মৈদগী অতেকপা অহিংবা অশংবা পোৎ কয়া মুলহৃ দুনা চাবা য়াই খঙনবকপদগী মৈতৈশিংনা লাইগী মশক ওইববা মৈ অসিবু পান্নে কয়ানা মাগী মাগী শঙ্গায়নুংদা য়োক্তুনা থম্নখি মৈতৈনা মসিবু চেগাই কাগুপ্তা য়োক্তুনা থম্লে অমসুং লৌ মহৈ-মবোং লোক্লখিবগী লেক্কৌবা চক

মৈ থোকপগী পথাপ

মখোক্তা থাদুনা মৈবু য়োক্তুনা থম্নে লোয়ননা উগী অবাবা শীং অহিং চুপ্পা য়োক্তুনা মৈবু থম্নে। অসিগুম্বা কয়া অসি খঙলকপদগী মৈবু লাইগুম ঈবাৎনবম্মী অদুগা নুমিৎপুসু লাইগুম্না ঈবাৎনবম্মী অদুদগী মৈতৈশিংনা মখোয় মখোয়গী য়ুমদা য়োক্তুনা থম্বা মৈবু ঈবাৎপা মতমদা ফুঙ্গা খুদীংদা ফুঙ্গা মৈ কৌই। মতৌ অসুম্না মৈতৈগী ফুঙ্গা খুদীংদা ফুঙ্গা মৈ য়োক্তবা লৈতে। মাবু য়োকপা য়ুম অদুগী ময়ায় থংবা কাদা ময়ায়দা মৈয়োকফম শেমই। মদুদি মৈয়োকফমদা নোংচুপতা নুংদুম অমা য়ুংই । মদুগী ত্রিকোন্দা চিংখৈদা অমা অমসুং মৈবমদা অমা য়ুংই মদুগী নুংদুম অহুম অসিবু ফুঙ্গা নুংদুম অহুম হায়বগা মৈতৈনা খঙনৈ।

হৌজিক্তি চাওখৎপগী থাক অসুম অসুম লাকপনা নুংদুম অহুমদুগী মহুৎ শিন্দুনা

মদুগী য়োংনা শাবা মখোঙ অহুম পানববু য়োংশুবী হায়রা অমা পুথোক্লরে। ফুঙ্গা নুংদুম অহুম অদুবু চিঙ্খে থংবদুনা মঙাং গুক, মৈবম থংবদুনা লুঝাং গুক, অমসুং নোংচুপ থংবদুনা খুমন গুকগী মফমনি অদুনা ফুঙ্গা নুংদুম অহুম অদুবু গুক অহুমগী মফমনি হায়না মৈতৈশিংনা সন্মান তৌনৈ। অসুম্না মৈতৈশিংনা ফুঙ্গা নুংদুম অহুম অসিবু মহুৎশিন্দুনা ঈবাংলি।

ফুঙ্গা মৈহৈফমগী নোংপোকলোমদগী শীং ইন্দুনা মৈ থাই মৈ ইনফমগী মমাংদা নোংচুপ থংবা খুমন গুকগী নুংদুম মপাদা ফুঙ্গা মৈদা কংনবা পোংলম পুন্না থাবগা মৈবু ঈবাংলি মৈতৈনা মফম অদুবু ফুঙ্গা লাইক কৌই। ফুঙ্গা লাইক হায়বদি অকপা মফম হায়বনি, হায়বিবা মফম অসিবু মৈতৈনা ঈবাংলি, মতৌ অসুম্না মৈতৈনা মৈ অসিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি নোংম-নোংমগী খঙবা হেনগংলকই। অসুম্না মৈতৈ সমাজনা চাওখংলকই। মৈ অসি মখল-মখলগী তোঙান-তোঙানবা পান্থে কয়ানা যোক্লুনা শীজিন্নে। মৈ হৌবকপদগী মৈতৈনা থম্বক্লবা মৈ অসি মখল-মখল কয়ামুক্তা শীজিন্নদুনা কান্নবা ফংলক্লি। মসিবু মৈতৈনা কম্বীদা থোইজু লৈখাম থাদুনা লম চংলুববা মীনা মতম কুইনগী তুংদা মুমদা হঞ্জিল্লকপদা মৈখু খুহন্দুনা ওক্লে অমসুং লাই তিন্না পুকববা মীবুসু মতৌ অসুম্না অমুক ওকথোক্লে।

মৈতৈনা মৈবু উবো ব্বাবোক শীবোক থাদুনা নোম্বদা মৈ চঙবনা মৈ শীজিন্নে। তাই পোং নম মুনচিংবা পোম্বী ফুরুপ পুম্নমকপু য়োকপদা অমসুং অহিংদা কৈবোয লৈকাই চখোক-চংশিন তৌবদা মৈবুন চম্নবদা মৈতৈনা মৈ শীজিন্নে।

লমগী লাই উমংগী লাইতুনচিংবা লাইশিংনা মখল মখলদা মৈ শীজিন্নে মৈতৈ মাইবনা মৈখু তবেংনি লাইকম হুম্বদা শিজিন্নে । লৈবাক অসিগী চিংমী কযানা পাম হায়বদসু মৈ শীজিন্নদুনা খুদোং থীবা কযাদগী কনবা ঙম্নবা হোংনৈ মতৌ অসুক্না মৈতৈ জাতিনা মৈবু মখল-মখলদা শীজিন্নদুনা চাওখংপগী থাক কয়া য়োৌবকই। মৈনা য়োং শৌদোকহন্দুনা মখল-মখলগী বৈজ্ঞানীক ওইববা খুদাই থাদুনা শীজিন্নে-মৈগী মতেংতনা ওসি মীওইবা জাতিনা হিংবা ঙম্লিবনি অসুম্না মৈতৈ জাতিনা মথং-মথং চাওখংলকই।

## হিজম গুনোগী "ৱা তান্নমনদা" মীৎয়েং খবদং

ঐখোযনা পানবিবা শক্লাইববা অইবা গুনোগী ৱা- তান্নমলদা অচুম্বা মীৎযেং অমত্তং থমজবনি। ৱাবিমচা অসিগী মমিং "ৱা তান্ন- মন" কৌই। মসিগী মমিং থোন্নবগী মবমদা ৱাহং অমখক হংবীবকইবসি থোইদোক্লা থাগৎনিঙাইওই। মবমদি কবি মবমগীদমক্তা হায়বিবা ৱাহং অসি হংলিবনো হাযবসি অহানবমক্তদা ঐখোয়না খঙনীংবা অমা পোকই, তশেংনমক পোকফমসু থোকই মবমদি মতীক চাবা হংফম থোকপা খঙদ্রবা যাদ্রবনি। মসিগী ৱাহং অসি হংফম থোকপা হংবা যাববা থোইদোকপা মসিগী দবকাবওইববা মবিক চুম্বা ৱাহং অমনি হায়জনিংই, অদুগা নৈনফমসু থোকই । ৱাহং অসিসু নৈননবগী খুদোং চাবা খবদং পীম্নীবা অসিমক থোইদোক্লা ঐখোযগী লাইবক ফবনি হাযনা লৌজদবা ঙমদে, মবমদি ঐখোয়না সাহিত্য অমবু মুন্না খঙগে হাযবা তাববদি মাগী হৌবকফম অদু খঙবা হায়বসি চঙদ্রবা য়াদ্রবা তঙাইফদনা, অদুগা হিজম গুনোগী "ফিজং মবুমদা" হাযবা ৱাবিমচা কয়া পূনশিনবা লাইবিক অসিগী মনুংদা যাওবা "ৱা- তান্নমল" হায়বা ৱাবি মচা অসি যাম্না ফজববা মনুংগী ভাব ঈচেল অদুদি অপাবা মীশিংতনা মযেক লানা তশেং-তশেংনা মচা খায়না মবীক চুম্না অসুম-অসুম পাকবগা নৈননকবগা ফজবা হেঙ্গৎলক্কনি, ৱাবি অসিগী মনুংদা যাওবিবা উকিল সাহেবকী লমচৎ ৱা তান্নবগীদমক্তা লাকইবা অহল অদুগী চন্নবা ৱাখল পুম্নমক ময়েক শেংনা উবা ফংই। মাগী ৱাহৈগী ফজবা থাগৎনিংঙাই ওই। মাগী "ৱা- তান্নমল" হায়বা (পাবা)ৱাবি মচা অসিনা মৈতৈ সমাজ অসিদা মবীক চুম্বা তক-তকবা ঈচেল অমবু পুথোক্লবা হোৎনবা হায়বসি লেখকী ফজববা উদেশ্য অমনি । হায়বিবা তশেংনা উবা ফংই।

ব্লাবিমচা অসিগী মপূং ওইবদি উকিল সাহেবকী লমচৎ অদুবু হৌজিক্কী সমাজদা লেখক্লা পুথোকপা পাম্বা উৎনীংলীবা সমাজগী খোঙফমদা মণিপুরী সমাজগী হৌজিক্কী খোঙফমনি।

খোঙফম অনী পীবি, অহানবা খোঙফম্না শেন তান্নবগী খোঙফম অমা, অদুগা অনীশুবা খোঙফম্না কবিশু লৈতবা মী অমনসু মাগী নীংবা কায়বা মবমনা অকিবা লৈতবা শক্তমগী খোঙফম অমা, অহানবগী অসিনা শেলতবু ফংগনি হায়বদি, ঐগী ফবগা লোইবে হায়বা অমা, অদুগা অমনা নীংবা থুংদবা অদুনা মবম ওইদুনা মী হাৎপগী অকিবা খুদোংথীববু থৌশাবক্তবা ,অহানবগী নুংঙাইবগী ঈচেলনি, অদুগা অকোনবসিনা নক্ল লাপপি অব্রাবগী পোলোইনি। ব্রা তান্নমলদা য়াওবিবা ব্রাবী অসিগী মপূং ওইবিবা উকিল সাহেবকী লমচৎ মাগী ব্রাঙাং খন্থক্লবদা নোক্লিংবা কযানি, উকিল অমগী চাউববা দাযিত্য পুম্নমক মাগী ব্রাখল খন্থদবা অদুনা মবম ওইদুনা মতুংদা থোবকইবা থৌদোক কযাবু থোইদোক্লা কিনিংঙাই ওই। ব্রাবিগী খোঙফমদা অহৌবদগী অবোইবা ফাওবা উকিল সাহেবকী লমচৎ অদুবু লেখক্লা পুথোকপা পাম্মী হাযবসি তাকই।

মিংথোল মতীক চায়, ফজৈ চঙখোল্লি অহল ওইববা নুপা অদুগী শক্তম যেকপা থোইদোক্লা মবীক চুম্মী। কোট অদুগী দৃশ্য থোকইবা থৌদোক্কা চানৈ হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী চৎনবী মবীক চুম্মী,ফজৈ, মহাক্কী "ব্রা- তান্নমন"হাযবা মিংথোল য়েৎনিংঙাই লৈতে। উকিল সাহেবকী অমুক্তং ব্রা তান্নকপগী মমল লুপা চনী মতাং অসিদা :-

ননাই ঐবু সাহেবকী মফমদা কবিগুম্বা অমত্তং হঙ্গৎচনীংদুনা লাকচবনি।
নঙগী মিংবু লৈখ্রববা ?
ঐবু হান্না নেকখ্রববা ?
নেকচখিদ্রি ।
ঐগী ফীদি য়াম্না চাউই ।
ফী হায়বদি সাহেব !
ঐঙোন্দা পীজগদবা শেলবু হায়বা ।
কয়া ওইববনো ?
চুম্নদগী ব্রা তান্নবা ওইববদি লুপা চনীদনসু য়ানি।

## মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

অসুম্না মখোয অনীগী ঙাঙনবা ব্রা তান্নবা অদুগী ফজবা চঙখোনবা মওং ফজে। অহল অদুগী ব্রাবি মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অসুম অসুম ঙাঙনবকপা উকিল সাহেব অদুগী ফী ফংলবদা মহাক্না হবাও হবাও ওকখিবা ফজে। উকিল অদুগী শেল মতাল, শেল মবৌ ফজে । অবোইবদা মখোয অনী ঙাঙনবা তুংদা অহল অদুদা "হৌজিক ফাওবা নুপা অদুগী মথব্রাই লৌদ্রিববা ?" অহল অদু খংপ্রেক খংলমই। মবম অসিনা ঙসি নুপা অহল অসিগা উকিল অসিগনা তান্নখিবা ব্রা অদুগী 'ব্রা- তান্নমন' হায়না থোনবা মিংথোল অসিনা য়াম্না ফজে মতীক চায যেৎনিংঙাই লৈতে মাগী মনুংগী ওইবা ঈচেলগা মিংথোলগা পাবা অতাবা মীগী মফমদা চমম্লবা পোক্লীংঙাই ওইদে।

অদুগা অমুক মহাক্কী ব্রা- তান্নমন হায়বসি তশেংনা মাগী মিংথোলগা চান্নবে ব্রাবি লোইশিনবা যাবে অদু নত্তদুনা ব্রাবি অসি মখা অসুম চথবিবা ঐীসনদি মাগী অহানবা ব্রা তান্নবা অসি নত্তবা অমগীদমক্তা মমল অমা লৈবমফম থোকই হায়বসি ব্রাবিগী মখোঙ মুন্না নৈনফম থোকই। লুপা চনী পীখিবা অসিনা ব্রা- তান্নমনগী ব্রাবী লোইবা যাবে অদুবু লেখক্না মখা চৎথবি মবম অদুনা মহাক্কী ব্রাবি অসিগী অব্রাৎপা অমা লেখক্না তাকই। মাগী মিংথোলগী পামজবা ইব্রাৎ ব্রাৎলি হাযবা মশানা তাকই।

মবমদি মহাক্কী "ব্রা- তান্নমন" হায়বসি উকিল অদুগা ব্রা তান্নবগী মমলগীদমক্তা ওইবন্নবদি মহাক্কী মতাং ফী ফংলবদা নুপা ...

মাগী ব্রা তান্নমন হাযবসি লুপা চনী ফংবা অদুগী মতাংদা লোইশিনবা যাবে মতাং অদুদা লোইশিল্লম্বা তাববসু থোইনা কায়দ্রে। অদুবু লেখক্না লোইশিল্লমদ্রদুনা মখা তাবিবা অসিনদি মহাক্কী ব্রা- তান্নমন অসি মতাং অসিগী "ব্রা- তান্নমন" হাযবা অসিগী মমৈগী দবকাব ওইবি অমসুং য়াওবম্বা যাই। লেখক্না ব্রাবি মচা অসিগী মনুংদা পুনিংলিবা অসিগী উকিল সাহেব অদুনা নুপা অদুগী ব্রাঙাং খব তাবগা য়াম্না ফিংনা খম্বুবা য়াওদনা হেক্তা ঙাঙথোকখিবা ব্রাঙাং অদুগী ফজদবা পাউতাক অমসু ঙসিগী সমাজদা মমি তাই।

লেখক্কী পামজবা অসি মাগী মিংথোল চান্নবা ওইবা য়াই। মবমদি মমৈগী মতাং অমা মহাক্না খম্বুবা য়াওদনা ঙাঙথোকখিবা অদুগী মমল ঙসি মাগী মচানুপা

অদুনা শিনা ফংখিবা অদুনসু মাগী মমল ওইবা যাই। উকিল সাহেবকী মফমদা ৱা তান্নকৄবগী তুংদা নুপা ফংবা অদু নত্তনা মমৈগী মাগী মচানুপা অমবু শিনা ফংবা অদুসু মহাক্কা ৱা তান্নকৄবগী মমল ওইবা যাই। মহাক্না খবদং খম্বগা ঙাঙথোকখিবা ওইববদি মাগী মচা নুপা অদু শিনা ফংলমদবা যাই।

মতাং অসিদা ঙসিগী সমাজদা য়াম্না মুন্না থবক খুদীং খম্বা ফৈ হায়বসিনা তাকই। হিজম গুনোগী "ৱা- তান্নমন" হাযবসি পীক্লবা ৱাবি মচা অমনিখ অদুম ওইনমক মহাক্কী ৱাবি মচা অসি যাম্না পীকপা ওইজববসু মসিগী মনুংদা যাওবিবা ভাব য়াম্না ফজে মহাক্কী ৱা- তান্নমন হাযবা ৱাবি মচা অসি সমাজদা অচৌবা মমি অমসু তক তকনা তাই।

ৱাবিগী লোইবমদাদা মমাংগী অহল অদুনা উকিল অদুগী ৱাফম মতুং ইন্না ইকাইবা, নীংবা থুংদবা কয়া পূল্লবা নুপা অদুদা মহাক্কী ৱাঙাংনা থৌনা অমা পীখিবা মদুনা মহাক্কী লমন খুম্বগী অচৌবা থৌবাং অমনি নোংমা থেঙলবা মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা অহিং অমদা উকিল সাহেবকী ৱাগী ৱফম মতুং ইন্না মাগী যুমদা কনানো অমা লাক্নুনা সাহেবকী থোঙদা হন্না হন্না থোঙ থীল্লমই নুপা অদু মমাংগী ৱা তান্নখিবা অহল অদুনি, উকিল সাহেবকী ৱাগী ৱাফম মতুং ইন্না হাযবিবা অহল অসিনা ঙসি অমুক মহাক্কী (উকিল) সাহেবকী ৱাফম "হৌজিক ফাওবা নুপা অদু মথৱাই লৌদ্রিববা ?" হায়বা ৱাঙাং অদুগী মতুংইন্না নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীগী কাদা লোইবং শীংখোঙ ওইবিবা নুপা নহা অদুবু মথৱাই লৌবা অদুগী মপূং ফাবা থবক পাঙথোখ্রে। থৌদোক অদু মহাক্কা ৱা তান্নবমদ্রবদি থোক্লমদবা য়াই।

হায়নখিবা মতুং ইন্না ....

"ঐ ইশানা থবক অদু পাঙথোকউবে অদুগা ইশাদি থানাদা চৎলগনি হাযবীযু" "অসিগুম্বা কেসকীদি সাহেবনা শেল লৌবোই তাকপীখিবনি" ...। ঐগী কেসকীদমক্তা শেম-শাবীযু হায়বীযু অসিনচিংবা ৱাফম কয়াবু হায়রম্বা মথংগী নুমিৎতা উকিল সাহেবকী যুমদা পাউ পূম্নমক তন্নম্বা খঙহৌদনা অঙকপা থৌদোক অমা ...

কবি তৌবে য়াইমা ?

ঐখোয়গী সাহেব ।
কবি তৌবে ?
ঙসি অহিং লৈত্রে।
হা ... ঐগী ইচানুপা .. ।

অসিগুম্বা পাউশিং অসি তাববদা উকিল সাহেব চৌকিদা অদুম তুশিনব্রে। হন্দক্কী লেখক্না পুথোক্লিবা ব্রা - তান্নমন অসি হন্দক্কী উকিল সাহেবকী মচানুপা অদুবু ব্রা তান্নকব্বদগী শিনা ফংবা অদুনা মহাক্কী নহান মমাংগী ব্রা- তান্নকব্বা অদুগী মমল ওইনা ঐখোযনা লৌবদসু থোইনা কাইদে, অশোয়বা মাগী মিংথোল ওইদে। অদুগা অমূক উকিল সাহেবকী মচানূপাবু শিনা ফংবা অসিনসু "ব্রা- তান্নমন" ওইবা য়াই হাযনা খনবনা থোইনা মবীক চূম্বা অমা ওইবা য়াই । মহাক্কী "ব্রা তান্নমন" অসি মবম অনিমক ওইবা য়াই।মবম অসিনা লেখক্না অনীমক্তা মিংথোল পামলম্বা য়াই, অদুবু অকোনবগী মচা নুপা শিনা ফংবা অদুনা মতীক থোকপা লেখক্কী ব্রা- তান্নমল ওইবা য়াই। তশেংবসু মাগী মিংথোল অসি অবোইবা অসি ওইবা য়াই। লেখক্কী "ব্রা- তান্নমন" ব্রাবীগী মপূংদা য়েংলুববসু থোইদোক্না ফজে মিংথোল মতীক চায়। য়েৎনফম লৈতে।

লেখক্কী খুদোল ঙসিগী মণিপুবী সমাজবু মশাগী শেলতবু তান্নবগীদমক্তা খন্থদবা শেলতবু লুনা নীংবা শেল ফংগনি হায়ববদি অফবা ফত্তবা য়েংদে হায়বা তক তকবা শক্তম অমা উবা ফংই। অদুগা মসিবু লেখক্না শেংদোকপা পামই। অসিগুম্বা ব্রাবি মচা অসিনা সমাজবু শেংদোকপদা তঙাই ফদনা চঙদ্রবা য়াদ্রবা মমল নাইদ্রবা মহাক্কী দাননি।

অবোইবা মীৎয়েংদা লেখক্কী "ব্রা- তান্নমন" হায়বসি মায়কৈ কয়াদগী য়াম্না কৃপ্না মূন্না যেৎনবা য়াবা মতাং কযাবু থিদুনা য়েংবা তাববসু মহাক্কী মিংথোল অশোয়বা য়াওদে মাগী মিংথোল ব্রাবিগা মিংথোলগা য়াম্না চানৈ। অদুগা অমুকসু মাগী ব্রাহৈগী পূক্কৈদগী থোবকপা খোঙ্থোক ঙসিগী সমাজনা ময়েক শেংনা চূনববা খুদম অনী অদুবু মাগী মিংথোলদি য়েৎনফম লৈত্রবা অচৌবা লেখক্কী মণিপুবী সাহিত্যগী দাননি।

## নীলবীর শাস্ত্রীগী কথোকখ্রবা থম্মোয়দা মীৎয়েং অমা

“বসন্তী চবোং” হায়বা নীলবীব শাস্ত্রীগী তোঙান-তোঙানবা ৱাবী মচা কয়ানা পূনশিনবা ৱাবিমচাগী লাইবিক অসিগী থোইদোকপা শক্তম অমা অহানবদা নৈনবা অসিসু ৱাহং অসিগী মত মতুং ইন্না দবকাব ওইবা যাই হায়না নীংই। শ্রীনীলবীব শাস্ত্রীগী “বসন্তী চবোং’ হায়বা অসি মাগী লাইবিক মমিং অসিনসু অদুম মতাকচবে মবমদি মসি বসন্তী হায়বী লৈ অমতবু নত্তে মাগী মিংথোলদা চবোং হায়বা অসিনসু মখল কয়ানি হায়বা মশানা তাকচবি।

বসন্তী চবোংদা য়াওবিবা “কথোকখ্রবা থম্মোয”হায়বা পাবাদা যাওবিবা কেতুকীগী লমচৎ ব্যবহাব অফ-ফত্ত নৈনবা হায়বা ৱাহং অসি থোইদোক্লা নৈনফম থোকপা ৱাবীগী মপূং ওইনা পূবীবী অমনি । কেতুকী অমদি নবকুমাব অনীতনি অদুগা ৱাবী মচা অসিগী মনুংদা য়াওবিবা লেখক্কী অপাম্বা লমচৎপু পুথোকপা পাম্বসু কেতুকী অমদি নবকুমাব অনীগী লমচৎ অদুতনি। অদুগা লেখক্কী খ্বাইদগী পামজবা লমচৎ কেতুকীনি হায়না লৌবা য়াই।

“নবকুমাব শেল য়াম্না পায়বা থীকাদাব অমনি হায়বসি লেখক্লা ময়েক শেংনা তাকই। অদুগা থীকা অমদা নবকুমাব শেল য়াম্না মাঙখ্রে লৈহৌবা খবদং অদুসু জুৱাবদা লোইনা থাদোকখ্রে ঙসিদি লায়ববা হায়বদু ওইবে।” মীগী মশেলনা খ্বাঙ কোাবে অদুবু মহৌশাদগী হৈনবকপা অচাওনম কাবা অদুদি তোক্ত্রি, হায়বনচিংবা মবীক চূম্বা লেখক্লা তাকই। হায়বিবা নবকুমাব হায়বসিগা কেতুকী হায়বী মৌ হল্লকপী অনী অসি য়াম্না নক্লবা মবীনি । নবকুমাবগী আশা কেতুকীনী, কেতুকী ক্না য়োনবী অফাওবী হৈশিংবী হৌজিক্কী মতমগী খমথেংবী মতৌ কবম্না নীপা হায়বা জাৎ অসিদগী শেল লৌহৌগদবনো হায়না মতম পূম্নমক্তা খন্দুনতা লৈবী নুপীনী । কেতুকীগী ৱাঙাং-শাঙাং মীৎয়েং-নায়েং মশানা মৌ

হম্লকপী নুপী অমা ওইজরবসু নুপা নহা কয়াগী থম্মোইগী অবাম খৌবাংবা কোকহনবা ঙম্বী মতমগী য়াওন শুনা চৎপী নুপীনী। শেলতবু পীগনি অমদি ফংগনি হায়ববদি মাগী মশাদা অকিবা অখঙবা হঙ্গোইবা লৈতবী নুপীনি নোংমগী ওইনা খনবী শেলতবু তানশিল্লগা লোয়বে মীওইবগী ইজৎ য়েংদ্রবী মবম অদুনা কেতুকীগী লমচৎকী মনুংদা অহানবা মাগী শিনফম মৌ হম্লকপী নুপী অমনা মতৌ কবম্লা শেল তানগদগে হায়না মীকুপ কয়া কাংদনা খনবী কেতুকীনি।

কেতুকীগী হৈশিংবা মবৌশিংনা মহাক্লা মমা হনুবী অমদি অঙাং কয়াবু মনা মনিন নাইদনা অচঙবা খবচ পূম্নমক পুবা ঙম্বীনি অদুগী মথক্তা মশাগী ওইনা লীক,খুজি, লৈ, অমসুং খুদোপ লৈতেংগী ঙাক্তা সনাগী শীজিন্নবা ঙম্বীনি অদুগা মযূম জিঙ্গনা কৃপ্পা শেঞ্জাও পায়বী মীবক তিনবী নুপী অমা ওইনা লৈজবিবী কেতুকীনী কনাগী মপাননা অচৌ অচৌবা শেল য়াম্লা পায়বা থিকাদাবশিংদগী ফংলকপা মৈশানা মহাক্কী হৈশিংনা শেল তানবা হায়বসিনি। শেল য়াম্লা পায়বা মাবু লুনা তৌবা শেল খবদং মঙোন্দা পীবা ঙম্বা মাগী খোঙলোয়নি। শেল পাযবম্বা নিপানা শেল পায়বক্ত্রবা মাগী খোঙলোয় ওইদে।

মাগী হৈনখ্রবা লমচৎ অচৌ-অচৌবা থিকাদাব কয়ানা মাগী মবমচৎ খঙনা খঙনা মাগী মফমদগী খক নাম্থোক্তুনা চৎখিবা ঙম্লোই। মাগী মীৎয়েং নায়েংনা নহা ওইবা কযাবু নত্তনা অহল ফাওবা নাম্থোক্তুনা চৎখিবা খক ঙম্লোই। মাগী হৈশিংবা ব্রাঙাং অশাওবনা মীৎ ঈ কাববা নুপা অমদা কবিগুম্বা অমতা থৌশাদনা অসুম্লা হায়বা ঙম্বা নুপীনি।

কেতুকী ইশিশিনা নোক্লগা হায়বকই, মীৎয়েং নায়েংগা লোয়ননা নুংঙাইবেদকো ...তামোখোয়না নংদুনবু শামুনা ময়াঙ কংলগা ইবোইমুক্তা চাউই হাযবদুনি।

শেলনা ঙাওদুনা চৎলবা নবকুমাবগী ফিভম মুন্না খঙলবা কেতুকীনা "য়েংঙোই তামো হযেংদি লুপা ৩০ পীদবা যাদে" হাযবা ঙম্বীনি। শেল পূগে হায়না লাকপা নুপাদা মহাক্লা শেল খবদং পীযু হায়বা ঙম্বা নুপীনি। অহল ওইবক্লবা মৌ হম্লকপী নুপী দুকান ফম্বী কায়েম্বী কেতুকীগী ফিভমনা 'তমো' হায়না কৌবা হৈশিংবীনি।

কেতুকী মাগী মখুত্তা মী কয়া তুমখ্রবনি পূম্নমক অসি খঙন-খঙনা ঙসি নবকুমাব কেতুকীগী মফমদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রি মাবু লৈকাইদা নত্তনা মীতোপ কয়ানসু অফাওবী কেতুকী হায়নবিবনি। মাগী হৈশিংবা ব্রাঙাং কয়ানা মহাক মশানা

মাগী লমচৎপু সমালোচানা তৌনা শেল লৌবা গুম্বীনী । মাগী ৱাঙাং:-
"নুংঙাইবীবেদা পাই অমা ফাওবা য়াওদে তামোনা শাবীবা য়ুমনি ঐ য়াই। শিবিবা লীকসু শাবিবনি। অৱাবদি মসি পূম্বা ঐগী গুাক্তি মসিদা তামোগী অধিকাব কবিসু লৈতে"। অচুম্বা কয়ানি মাগী ৱাঙাং অদুবু কনানা মাগী মফমদগী পৈশা অমগী মমল লৌবা গুমদে। অমুকসু হায়বকই মাগী ফগদবা লৈববদি "ঐদি ওক্তবীনি, ইশক্লা তাঙ্জবা ইবলনি" অবোইবা কেতুকীগী ৱাফমনি "ওক্তবীগী থম্মোযবু মতিক চাউবা কনানা কয়া কুইনা খুদুম চন্না থম্বা গুম্বগে। পৈশা লৈবিবা মখে ঐ তামোগীনি মতম অদু ফাওবা ঐ মীখা পোল্লি" তামোগী পৈশা লৈতবা নুমীত্তা ঐসু ইনীং তম্মী ঐখোয়দি নুংশিবা মশক খগুদে, কনাগীসু থম্মোযগী মখা পোনদে। ঐখোযনা নুংশিবদি পৈশাদনি পৈশা" মীওইবা সমাজগী ৱাঙাং অসিনা মবোইবে ।

কেতুকী ওক্তবীনি মশানা হায়জৈ , মশানা তশেং-তশেং যাজৈ অমবোমদা মহাক পূকচেল শেংনা পৈশাতবু ফংলবদি হাযদুনা শেল তাঞ্জবা অফাওবী নুপীনি । কেতুকী মাগী মশাগী লমচৎ মশানা শেংদোকচৈ ওক্তবী নুপী অমগী খম থেংবী নুপী কেতুকীনি অদুবু মহাক্লা ওক্ত্রীবা অসি মশানা পৈশা তান্নবগীদমক্তনি হাযজৈ মহাক্কী মশাদা পৈশা লৈবী পৈশা পাযবী নুপী অমা ওইববদি ওক্তবী ওইবোইদ্রা।

হংবা য়াবা ৱাহংনি । অদুবু মহাক্লা ওক্তবী ওইবিবসে পৈশাগীদমক্তা ওইজববসু মহাক পৈশা পায়বী নুপী অমা ওইববসু অসুমক ওক্তবী ওইবা শোয়দ্রবনি মবমদি হৈনত্ত্ববা লমচৎ "চুহি চাবা খুদুং ইল্লি" হাযবদুনি। অসি য়ৌনা ফত্তবা কেতুকীগী লমচৎশিং অসিগী মনুংদা ৱাবি মচা অসিগী অবোইবা শকক্তা মাগী লমচৎকী ফজবা খবদংসু লেখক্লা উৎলমই। কেতুকীগী ৱাঙাং- শঙাংবু য়াম্না লুনা তৌবগী শক্তম অমা অবোইবা শকক্তা খবদংসু লেখক্লা উবা ফংই। ওক্তবী নুপী অয়াম্বা অঙাংবু লুনা তৌনদে, মচাবু নীংবা য়াম্না ৱাৎলি। অদুগা হ্ দক্কী কেতুকীগী লমচৎকী মনুংদা শীংথানবা য়াবা হায়ববু মাগী মপুকথোক্কী মচা নত্তবা অঙাং মনোবমা অমসুং গোপাল অনীবু য়াম্না লুনা তৌই।

মচীন কম্বী কেতুকীগী ৱাঙাং হৈবী মৌ হল্লকপী অদুম ওইনমক লেখক্কী ৱাবি মচা অসি অবোইবা শকক্কী মনুংদা যাওবিবা কেতুকীগী ৱাঙাং মমা অমা ওইবগী

ফজবা লমচৎ ৱাঙাং মতীক চায়। মমা অমনা মচা অমগী মফমদা তৌফম থোকপা অদুগুম্বা মবুক্তগী তাবা মচা নত্তবা অদুবু হবাও-হবাও তবাম-তবাম তৌই। অঙাং অনীনা কেতুকী মদোমচাগী ফিজি পাযদুনা য়াল্লবা মতমদা কেতুকীগী ৱাঙাং-

"ঙাইখো ঙাইখো খৎননু ..
ইন্দোমচা লৈবিদবু নখোযগী কবি ৱাৎকনি হায়বগে
অদুম্না খৎনববদি কবিমতা লৈববোই।"

অঙাং ওইবগী হৌনবা নিঙাই তৌবক্লবদা কেতুকী মেঙলবা ৱাঙাং কয়ানা অঙাং অনীবু থেমজিনবা ফজ-ফজববা ৱাঙাং কযানি। থোইদোক্লা ওক্তবী নুপী অমনি হাযনা লৌজববসু মহাক্কী মবুক্তগী তাবা অঙাং যাওদ্রবা কেতুকীনী অদুবু মচা পোক্তবী কেতুকী ঙসিদি মাগী মশাদা মচাবু নুংশিবা ঈচেল অমা উবা ফংই। শ্রীনীলবীব শাস্ত্রীগী ৱাবিমচা "কথোকপ্রবা থম্মোয" হাযবসিগী মনুংগী ওইবা ঈচেল অসি অহানবা শক্তমদা নবকুমাবগী মবীক চূল্লবা মযেক লাববা খুদম অমা অদুগা মথংদা ওক্তবী কেতুকীগী লমচৎ নাইদবগী ফজববা শক্তম অমা লেখক্লা যেকথোকই। মসিগীদমক্তা লেখকপু থাগৎনিংঙাই ওই। মাগী ৱাবি অসিদগী ঐখোয়না ফিদমফম ওইবা মচাক কযা উবা ফংই নবকুমাব কেতুকী, মনোবমা, গোপাল অদুগী মথক্তা অহল ওইববী কেতুকী মমাগী ধর্ম্মগী ৱাফম। মহাক্কী ৱাবি মচা পীকপ্রবা অসিদা মীওইবগী লমচৎ যূম্বাল্লোন ফজনা উবা ফংই।

অহানবা ওক্তবী কেতুকীগী থম্মোযদা চেল্লম্বা ফজববা মচা নুংশিবগী প্রেম অদুগা মাগী মমাঙগী লমচৎ ব্যবহাব লেখক্কী মবীক চূম্মী কেতুকী লমচৎ নাইদ্রববী ওক্তবী অমনি হায়বা মশানা যাজববসু মাগী অবোইবা শরুক খবদংনা মাগী ফজবা লমচৎ ওইনা লেখক্লা উহনবা ঙম্লবা পুবকই। মসিসু কেতুকীগী চাউথোকচফম ওইববা খুদম অমনি অদুগা লেখক্কী পামজবসু মমৈগী খবদং অসি ওইবা যাই ওক্তবী অমগী থম্মোযদা চেল্লম্বা ফজববা অঙাংবু লুনা নীংবা মমাবু লুনা খনবা হায়বসিসু লেখক্কী খুদোলনি।

## হিজন হিরাও শৈরেংগী মরমদা ৱাফম খবদং

হিজন হিরাও হায়বা শৈরেং অসি মৈতৈরোন অবিবদা ইবা শৈরেং অমনি। শৈরেং অসিগী মনুংগী ওইবা ঈচেল অমসুং মকওইবা ৱাফমদি হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা কৌবা ইঙেল চীংদগী উ যালহল্লগা নুংবাল ৱাংমিৎখু খুৎহৈবা লুৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা অনীবু ৱাকযৈ তান্নহি শাহল্লগা, হি অসি পুথোক্পগী ৱাবি ওইনা ইবা শৈরেং ওইনা তৌই। হি শাথিবা অসি হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা লুৱাংদা পাল্লিখৈদানি । হোঙনেম লুৱাং পুন্সিবা হায়বসি নুংবান পোম্বী লুৱাওবনা কৌববোন নমোইনু পান্নদুনা পোকপনি। শৈরেং অসিদা হৌগৎলকপদা ঐখোযনা উবা ফংই মদুদি লাই হবাওবা হায়বসি কবিগীদমক হবাওবিবনো লাই হবাওবা অসিদা মাইবা মাইবীশিংনা লাইগীদমক অযুক্তা নুমিৎ খুদীংগী কবি তৌবা নুমিদাংদনা কবি তৌবা অদুগা লাই হবাওবিবা খুন অদুগী মীওইশিংনা কবি তৌবগে অমসুং মসিদা কবি ঈশৈ শকপগে অদুগা মসিদা শকইবা লাইশোন ঈশৈ লৈতাই-নোংদাই ঈশৈ কবিনো হায়বনচিংবা মবিক চুম্না ইববা হিজন হিরাও শৈরেংনি হায়বসি শৈরেংগী মতাং খবদগী খঙবা ঙমই মদুদি :-

খেশুমোব নঙগী নদাইবেম
নখুন খুনপুক অচঙবা
খুন্থক্তি মবাঙ হৌবা
খুনখাদি মনিন নাইবনা
লাইবেল মৈদিঙুগী মদাইবেম
পোইবৈ শৈশকপনা ৱাংঙম তেংথাবনা

চিংঙু চিংখোংমায়কে 'চেকনা

..............................

.............................. অসিনচিংবা।

*অসিগুমদ্না লাই হুবাওবা অসিদা চিংঙু খোইয়ুম মীতননাউনা খাচিল্ল, তংজেং অনী* খাবাংননা ৱাকয়ৈ হিদান্নবো হায়বকপদা লাইনিংথৌগী হি অদু খুনগী ঈনখৎলকপা পাখং ময়াম্না হিশঙদগী পুথেবক্লে। লাইবেম্মানা তোংনবা হি অদুগা খুন অদুগী ঈনখৎলকপী লৈশাবীশিংনা হিশংদগী পুথোবক্লে অসিগুম্না লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনীগী ৱাকয়ৈ হি অসিবু কন্নানা শাখিবগে হাযবদুগী ৱাবি লৈবি। নোংমা নোং যাম্না কন্না চুখিদুনা ঈশিংনা খোংবান-লুকপান থন্না পাখৎলক্লুনা ঈশিং চাউববদা, হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুনশিবনা নোংমা নুমিদাং ৱাইবম অসুম কোযথোবক্লুনা লম যেংবদা ঈশিং চাউবম্না থেংনখি । মসিদা কৌজেঙ অমনা শীংনাং অমা যাদা চীক্লুনা ঈশিং অদু লানথোকপা উখি। অদুদগী নোংমা অমদসু উচি অমনা মযানা উচেৎ অমা চীক্লুনা মমৈ অদুনা নৌ ওইবদুনা ঈশিং অদুবু লাল্লকপা উখি। হাযবিবশিং অসি উকুবগা নিংথৌগী পৃক্লিংদা খনখি। অচৌবা উ থিকুবগা মদুবু উকূ হন্না ৱাকযৈ হি ওইববদি লাইজা ঈবানবা ঙন্নগনি অসুম্না খল্লদুনা নুংবান ৱাংমিৎখু খূৎহৈবা লুৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা অনীবু কৌদুনা নযু ঐগী ৱাকযৈ হিবু ওইনবা কৌবা ইঙেন চীংদগী তল্লা অঙনববু থিকচো হাযনা তাকপীখি। নিংথৌ যাথং ফংহলবদা নুংবান ৱাংমিৎখু খূৎহৈবা অমসুং লুৱাং ৱাংমানাউ শিনহৈবা অনীনা কৌবা ইঙেন চীংদা অচৌবা উ থিকুনবা মী কাঙবু অমগা চৎলি । মফম অদু যৌবগা তল্লা অচৌবদু হোযথিবকপদা কৌবা চীংগী চীংশাং নাপোম হুইথবকপা ঈবোক অশুপ্পা অমদা থিবিবা উ অদু ফংখি। উ অদু যান্নবগীদমক্তা উযাল্লোয়নচিংবা লুৱাং অমাইবনা তৌবমই। উ অদুগী মমল পীবা ওইনা যেকম , হৈ-বা, সনা-লুপানচিংবা থাদোক্লুনা যেলাইনচিংবা থাদুনা হোৎনবমই। নুমিৎ অদু অমা খবা থেংথ্রদুনা লাক্লিবা মী মযাম অদু মফম অদুদা অহিং অমা লেকপা তাখিবমই মথঙগী নুমিৎতা উ অদু যানবা তাবে। অসুম্না য়াবেক্লিঙৈ অহিংগী মতম অসিদা উ অদুগী মমা শক্লবী ঈবোক লৈমনা মচাবু থাদা কোল্লগা তেংথা-নাওইনা কপচবকই ইমানা

নঙবু উ অচৌবা ওইগনু ফৈকা ঙৈভৌ ওইয়ু, উপন লেংতা ওইয়ু, শবি কুহি ওইয়ু মিসি থাংযান ওইয়ু হায়ববু নঙনা যাদবদগী হয়েং ইনুং ঙাল্লবদি নঙবু যাম্ দুনা পুগ্রনিদো নঙনা চৎগ্রবদা ইমানা কনাবু যেংদুনা লৈগনি হাযদুনা মমা অদুনা তেংথা- নাওইদুনা মচাবু কোন্দুনা ওম্হোইনা কপখ্রে।
মমা চৎখ্রবা মতুংদা উ অসিবু পোকচবা মপা ঈবোক নিংথৌ নিংথীবা চীংশাং নিংথৌ অবেম্বনা মচাগী দমক নুংঙাইতবা অদুদা তেংথাবমই অমসুং মচাবু য়েংলগা বব পীবিবে। ইপাগী তল্লা অবেম্বা নঙদি শিবা হাযবদু শোযদ্রবনি অদুনা নঙনা শিখ্রগা তাইবং মীগী নোংযাহি ওইনবা উপাক ওইগনু অতৈ অতৈ ফাওবা ওইগনু নবাইবক ফবা তান্না হি ওইনা নুংশিৎ নুংশাংনা পাল্লুকো হাযনা মচাবু বব পীবিবে।
লাইবেল ইনুং ঙাল্লবদা যাবেক্লিবা মযাম অদু মীকপ থোক্লদুনা উ অদু যানলে । উ অদুবু মশা মবেং হিদোক্তুনা পুবক্লে । উ অদুবু চিংবা মতমদা চৎলু হাযবা যাদ্রবদা লুৱাং মাইবনা অজা-পুজা তৌববা কান্দা উ ইবেন চৎলু হাযবা যাবদুনা নুংবান মযমনাক্তা ৱাইথুংলবে । নুংবান ৱাংমিৎখু খুৎহৈবনা উ অদুবু হক্তুনা ৱাকযৈ হি শাবা লোইবে। ৱাকযৈ হি অদুদা যেকখোৎপা লোইবে অমসুং হি অদুবু খে তৈবে । লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা মীৎযেং তাবা লোইবে। মতাং অসি নিংথৌ অসিনা হি অসিবু কনানা হান্না তোংগদগে হাযনা খল্লকপদা নিংথৌনা নীংশীংলক্লে অদুঙৈ মযাম্বা পুদাংকোই খুৎকোযবা ওনখিবা চিবেল তোমপোকপু পানবা শংগাই অদুগী মচি অদুবু নীংশীংলক্তুনা হায়বে। ইশাবী মানা নুমিৎপু হান্না খঙই থবিবু হান্না উই। অদুগা হি অদুদা ইশাবী চিবেল অদুনা ৱাক যৈদবু হান্না তোংহল্লো হাযনা তাকপীবক্লবদা . হৌনবী অজা-পুজা তৌবদুনা লুৱাংহি তুবেন্দা হি অসি অহানবা চাং যেংখি। অসুম্না হি অসি পুথোকখি।
অসিগুম্বা হি অসিবু লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অনীনা ৱাকযৈ অনী খজিকনা তোংজেং অনী খবাংননা ৱাকয়ৈ হিদান্নগে হাযবক্লবদা খুনগী পাখং লৈশাবী চঙদুনা হিবু তুবেল লাইজ ঈপাকথক্তা চিংথোকই। হি চিংথোকপদা অসুম্না হিবাওই

হি হি হি

হা হিও হিও
হি নওবু হোন্দেদা
খোয়ম লাইনিংথৌবু হোনবনে
হিও শমজেৎ কবেংঙা
হা হিও হিও
য়োযবু লাইবেম্মবু হোনবনি
হিও শমজেৎ কবেংঙা
অসুম্না হিবু চিংথোকপদা হিবাউদুনা

চিংথোকই। অসুম্না শৈথেক শৈশক তৌদুনা ফজনা ইববা হিজন হিবাও শৈবেংনি।

## সাহিত্যগী ইতিহাস হায়বগা কবি খগুবা খগুফম থোকপা ব্রাফম খবদং

মণিপুব জাতি উপজাতি কযানা পূন্না তাবা লমদম অমনি । উপজাতিশিংগী মশা-মশাগী তোঙান-তোঙানবা মবোল দাইলেক (Dıalact) লৈজে । অদুবু উপজাতি অমনা অতোপ্পা উপজাতি অমগী লোন খঙনদে । উপজাতিশিংগী মবক্তা অমগা অমগা ব্রাবী ব্রাতাই শানবা মতমদদি মৈতৈলোন ঙাঙনৈ । মবম অদুনা শম্না হাযববদা মণিপুবগী বাষ্ট্রভাষাদি তশেংনমক মৈতৈলোন(মণিপুবী লোন) অসিনি । মবম অদুনা ঐখোযনা মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস হাযবগা (মৈতৈলোন) মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসপু পূম্নমক্না খঙনৈ ।
**মণিপুবী** - মণিপুবী হাযবা ব্রাহে মণিপুবদগী লাকপনি । মণিপুব হাযবা ব্রাহৈশিদা আসম, বঙ্গ , মবঠীনচিংবা লোনশিংদা ইন প্রত্যয তৌবগা অসামী বঙ্গালী মবঠী অসুম ওইবগুম মণিপুবদা ইন প্রত্যয় তৌদুনা মণিপুবী লোন পোকই । ব্রাহৈশিমক্না মণিপুবদা লৈবা 'মী' অমসুং মণিপুবী লোন (মৈতৈলোন) অনীমক ঙস্মী । অদুবু মসিগী মণিপুবী অসিদি ঐখোযগী লোন মণিপুবী লোনবু মীযাম্না মযেক শেংনা খঙনৈ ।
**সাহিত্য :** লোন অমনা অতোপ্পা লোন অমদা মশক ইহোং হোংদনা চঙলকপা ব্রাহৈবু ত্যসম কৌই । সাহিত্য সংস্কৃত ব্রাহৈনি মণিপুবীদসু সাহিত্য হাযবা মওং ইকায কাযদনা ঙসি ফাওবা শিজীন্নবি । (ঙসিদি মতমগী য়াওন লাকপদগী সাহিত্যবু ঐখোযগী লোন্দা "লোযন-শিল্লোন" হাযনা খঙনবকপসু যাওই) অদুনা সাহিত্য হায়বা ব্রাহৈসি তৎসম শব্দনি মসিমক সংস্কৃত লোন্দগী লাকপনি । অসুম্না খঙনৈ । মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস হায়বগা কবিবু খঙনগদবা, মণিপুবী জাতি উপজাতি কযামকম্না পূন্না তাবা লমদম অমনি । উপজাতিশিং অসিগী মশা-মশাগী তোপ-তোপ্পা লোন (Dıalact) লৈজে । অদুবু উপজাতিশিং অসি অমনা অমগী লোন খঙনদে । মবম অদুনা উপজাতি অমগা অতোপ্পা

# মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

*উপজাতি অমগা ওাওন-শক্লবা মতমদা মপূংদা ওাওন-লোন্দি মণিপুরীলোন (মৈতৈলোন) না ওাওনবা ওাক্তনি । মবম অদুনা মণিপুরীগী বাষ্ট্রভাষানি ।* মতাং অসিদা ঐখোয়না মণিপুরী হায়বগা মৈতৈ লোনবু পুন্নমক্লা মযেক শেংনা খঙনৈ । অদুনা মণিপুরী সাহিত্য হায়বগা মৈতৈলোনগী সাহিত্যবু খঙনৈ । অসুম্না মণিপুরী লোন মথং মনাও নাইনা মতম অমদগী মতম অমা য়ৌববা ফাওবদা লোনগী মনুংদা ওল্লকপা, অহোংবা লৈবকপা, লোন অসিগী থাক অসিনচিংবগী মবমদা য়াম্না কূপ্না নৈনবদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী মনুং চল্লি ।

**ইতিহাস :** ইতিহাস হায়বগা ঐখোয়না থৌদোক্কা মতমগা কোন্ননা ইবা রাফম কয়াবু মপূং ওইনা খঙনৈ । অদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস হাযবগা ঐখোযনা লোন অসিগী সাহিত্যনা কবম্না মতমদগী নিংথৌ কনাগী সনা হাক্তক্তগী কবম্না শক্তমদা লাকপা অদুগা কনাগী অহোংবা লাকপা অদুগা কবম্না নিংথৌগী মতমদগীনো অহোংবা নাইখিবা অসিনচিংবা যাম্না কূপ্না মচা খাযনা নৈনববু মপূং ওইনা খঙনৈ । মবম অদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস হাযবগা ঐখোযনা মণিপুরী লোন কবম্না নিংথৌগী সনা হাক্তক্তা কবি অহোংবা লৈখিবা অসিনচিংবা মচা খাইনা পন্দুনা তাক্কক কয়া খায়দোক্তুনা নৈনবা মণিপুরী (লোনগী) ইতিহাসপু মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস হায়না খঙনৈ ।

মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী মনুংদা অখওবা অমসুং খওফম থোকপা পুন্নমক অসি মতাং তাক্কক নাইনা পুথোক্লগা মমাঙদা লৈবম্না ওইবম্না ফিভম অদুগী থাক্তা কবিগী কমদৌনা ফিভম অসি ওইবকপনো অদুগা অনৌবা থাক কবম কবম্না নিংথৌবোল অমদি মীবোন্দা মণিপুরী লোনগী সাহিত্য থোকপা , চাওখত্তুনা ওসিগী হৌজিক্কী ওইবিবা লৌনবকলিবা মওং অসি ফাওবা হৌবক্লিবনো হায়বসি ময়েক শেংনা উৎতুনা তাক্লিবা নৈনবিবা লাইবিক অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসনি । অসুম্না "মণিপুরী সাহিত্যনা আদিকালদা নিযম মওং অমা নাইনা লাকপনি শক ১২৯০ অদুরাইদগী শক ১৬৩০ অদুরাই ফাওবনি"

লামাই ৮১ অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (খ্রাইনা ইকাইখুম্নববা কালাচান্দঁ শাস্ত্রী ) মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী মনুংদা অখওবা অমসুং খওফম থোকপা । লোন অমবু লোনকোক ওনবদা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎশক খব লৈ । মী অমবু মীকোক চনবদা মীদুগী মগুন খব চঙবগুম লোন অমবু লোনকোক চনবদা লৈগদবা পোৎচঙদি - ১.ময়েক ২. লাইবিক যুগ খুদিংমক্ত হিংবা য়াবা

৩ রায়েল্লোন ৪ নায়ক , নায়িকাগী Privacy বু মপূং ফানা ফোঙদোকপা য়াবা লোন, মণিপুরী লোনগী হায়বিবা পোৎশকশিং অসি নীংথিজনা লৈবে । নোংদা লাইবেল পাখংবগী মমাঙদা মঙাং গুকনা ময়েক পুথোকখ্রে । চৈথাবোল কুম্বাবদগী হৌবদুনা মখল-মখলগী লাইবিক মবাঙ কায়না লৈবে । লোইয়ুম্বা শিনলোনগুম্বা রায়েল্লোন কয়াসু লৈবে খঙলে অমদি নায়ক নায়িকাগী মবমদা ইবা ফজ-ফজববা লোনগী লাইবিক কয়াসু লৈবে ।

পৃথিবীগী অতোপ্পা জাতিশিংগী লোনগী সাহিত্য ইতিহাসশিংগী মতৌগুম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী লোনগী ইতিহাসসু তাঙ্কক অহুম থোক্লা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা খঙ-হৈববশিংনা খায়দোকই । অদুবু মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা তাঙ্কক খায়দোকপসি অইবা মীগা-মীগগী মত খব খব খেন্নবা উই । কালাচান্দঁ শাস্ত্রীনা মাগী "অশম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস" হায়বা লাইবিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগী মতমবু অহুম থোক্লা খায়দোকই ।

১. আদিকাল,(পৌরানিক যুগ) ২ মধ্যকাল অমসুং ৩. বর্ত্তমাল যুগ হায়না খায়দোকই । মদুগী মনুংদা শক - ১২৭০ নিংথৌ পুনশিবগী হাক্তকতগী শক ১৬৩০ নিংথৌ পামহৈবগী সনা হাক্তক ফাওবা অদিকাল (পৌরানিক যুগ) হায়না থম্মী । অদুগা মধ্যকাল (মধ্য যুগ রীতিকাল) শক ১৬৩০ - ১৮১০ ফাওবা থম্মী মসিগী মতুংদগী হৌজিক ফাওবনা বর্ত্তমান কাল হায়না থম্মী মপূং ওইনা বর্ত্তমান যুগনা ময়েক লানা চঙলকপসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তগীনি । অতোপ্পা মীৎয়েং অমরোমদা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র পণ্ডিতনা অমুক মহাক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস হায়রসিদা মতম অহুম পী মদুদি ১৮ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা লৈখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী তঙ্ককপু প্রাচিল কালগী মনুংদা থম্মী । ১৮ শুবা শতাব্দী হৌবদগী নিংথৌ কুলচন্দ্রগী মতম ফাওবনা মধ্যযুগকি মনুংদা থম্মী । ১৮৯১ গী মতুংদগীনা হৌজিক ফাওবদা বর্ত্তমান যুগ ওইনা থম্মী । মসিগী মখা তাবদা প্রোফেসার অশাংবম মীনকেতন্না মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী তাঙ্কক অসুম্না অমুক খায়দোকই ।

**মদুদি :** য়েলহৌঙৈদগীনা খাগেম্বগী মতম ফাওববু প্র্যাচিল কাল, খাগেম্বগী হাক্তক্তগী নিংথৌ চুড়াচান্দঁ মহারাজ ফাওববুনা মধ্যকাল, অমসুং নিংথৌ চুড়াচান্দঁগী মতমদগী হৌজিক ফাওবনা বর্ত্তমাণ যুগ অসুম্না মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা তাঙ্কক অহুম থোক্লা খায়দোক্রে । মথক্কী রাফমশিং অসিনা মণিপুরী

সাহিত্যগী ইতিহাস অসি মতম খায়দোকপদা পণ্ডিতশিংগী তোঙান তোঙানবা মত খেন্নে হায়বা ময়েক শেংনা খঙলে । অদুবু ঐখোযনা পণ্ডিতশিংগী মতমশিং অসিদা হেক মখোয়গী মত কয়াম্না খেন্নবনো হায়বা য়েংফম থোকই নৈনফম থোকই । মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেলদা কদাই ফাওবা চুশিনবগে হায়বা নৈনবদা খুদোং চাবগে হায়ববসু লেপফম অমদি থোকই । অশেংনমক মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস হায়বসি তাক্কক অহুমদি পুম্নমক্লা যানবে । যেলহৌঙৈগী মণিপুবী সাহিত্য মণিপুবগী ওইনা তশেং-তশেংবা লোনগী সাহিত্য ওইনা লৈজবম্মী । অতোপ্পা লোনগী মশক শনম-ইনম তাবা উদে । মৈতৈগীত মৈতৈ হায়বদু ওইনা লৈজবম্মী মতৌ অসুম্না লৈজবকপসি য়েলহৌঙৈদগী ক্যাম্বগী মতম ফাওবনি । খাগেম্বগী মতমদগীনা মীতোপকী লোন চঙলক্লে । লোয়ন-লোয়ননা সংস্কৃত , বঙ্গলানচিংবগী লোনগী ঈচেল ঈব্রাইবক্লে । শ্রীমতভগবতনচিংবা বীদেশী লোন্না অকনবা শাফূ কনশিল্লকপনা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইনিং লাইশোন ময়েক শেংনা মাঙশিল্লকপা উবে ।

মতমগী মতুং ইন্না বিষ্ণু লাংপনচিংবা লাইনীং চঙলক্লে । বীদেশী লোনগী অকনবা শাফু কনশিল্লকপা মৈতৈলোন কাউশিল্লকপা, মৈতৈলোনবু শোক্ল -শম্নবা য়াবক্তবা Clornic ওইবা পোংকুম খন্নখ্রে । অসুম্না লাকপনা চুড়াচান্দঁ মহাবাজগী মতম ফাওবদি মৈতৈলোন পুমকাউ কাউকবে হায়বা ফাওবা য়াবে । মহাবাজ চুড়াচান্দঁগী মতমদগী মণিপুবীশিংদা মৈতৈলোনগী অনৌবা ঈহৌ অমা অমুক লাক্লে । মৈতৈলোন য়োকখৎনবগীদমক মীশক মীওই কাঙলূপ কাঙলূপনা তোঙান-তোঙানবা সংস্থান কয়া লিংখৎনবা হৌবে । মসিগী মখা তাবদা মৈতৈলোন্দা গৌবলীলানচিংবা শান্নবা হৌবে ।

মথক্তা পনখ্রিবা মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিনা উৎপদি পণ্ডিতশিংনা পীনবিবা মণিপুবী সাহিত্যগী মতম অসিদা প্রোফেসাব মীনকেতনগী মতনা মণিপুবী সাহিত্য নৈনবদা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চাবা পীবা ঙম্লে । মবম অদুনা ঐখোযনা মণিপুবী সাহিত্যবু ১. প্রচীনকাল, যেলহৌঙৈদগী খাগেম্বগী মতম ফাওবা ২. মধ্যকাল খাগেম্বদগী চুড়াচান্দঁ ফাওবা অমসুং ৩. বর্ত্তমান কাল চুড়াচান্দঁ মহাবাজগী মতমদসু মৈতৈলোনগী লাইবিক থোক্লি হায়নৈ লানবা নত্তে অদুবু মদুসু যুগান্তদা থম্বা য়াই । মবম অদুনা কাল অহুম অসিগী মতম মতমগী সাহিত্যগী মশক - জাতি-জাতিগী সাহিত্যগী মশক ঙসি ফাওবা

ঐখোয়না খণ্ডনবদা কবিতানা হৌই। অসুম্না মণিপুৰী সাহিত্যগী হৌবকপা মতমদসু কবিতানা হৌবকপগী খুদম ফংই । কবিতানা হৌবা অসিনি ঐখোয়গী মওং অমা ওইনা খোকই । অদুনা মণিপুৰী সাহিত্য "তাই তাই" হাযবা অসিগুম্বা তাল নাইবা কবিতাগী মওং অসি প্রাচীন যুগতা উবা ফংই । অদুগা মণিপুৰী সাহিত্যগী প্রাচীন যুগতদি শৈবেংগী মওং অসি ঈশৈ ওইনা শক্লা শোনবগী মওংদা তাল নাইনা লৈবম্মী । হৌজিক "ঔগ্রী" হায়বা খণ্ডনবিবা নোংপোক নিংথৌগী পাম্ভোইবী ফম্বাল কাবদা শকখিবা অসিমক ঈশৈ ওইনখি ।

অসুম্না ফৌ শুববসু পাম্বু যাল্লবসু তাল নাইবা শৈবেংশিংনা ঈশৈ ওইনা শক্রবম্মী । প্রাচীন যুগকি মনুংদা লৈবম্বা শৈবেংশিংসিদি মনুংগী অমদি মপানকী অর্থ অনী থোক্লা চংপা তবাই তবাইনা হেক খন্দোকপা য়াদবা কবিতাগী মশীং য়াম্না লৈবম্বী

"খক্ষণ্ড মপান খৌশাবা
সেনতাই লাকই ফবং"

ঙসিগী মীয়াম্না শক্ল শোন্নবিবা পুম্নমক্ল ইখণ্ড খণ্ডনবিবা কাউগুম্নবোইদবা ফজবা নুংগী ওইবা ঈশৈ কযা ঐখোয়গী সাহিত্যগী পূক্কৈনুংদা লৈবি ।

মমাং লৈকাই থম্বাল শাংলে ।

খোইমুনা ইল্লে খোইবাবা .. অসিনচিংবা প্রাচীন যুগতগী লৈবল্লবা মণিপুৰী সাহিত্যগী ধর্ম্ম কনবনা মপৃংনি । নোংপোক নিংথৌগা পাম্ভোইবীগা ফম্বাল কাবদা ঔগ্রী চোংলিবা অসিমক তান্ত্রিক right অমা চঙই । ঔগ্রী চোংবদা মখোয়না মখোয়না য়েক্লবা মবায় চাইথবা হায়না অনীংবা অমা যাওবি অদুনা মখোযনা নীংলিবা অমদি ঈশ্বরগী মশক অমসু য়াওবি । মণিপুৰী সাহিত্যগী মপৃংদি তন্ত্র সাহিত্যনি । লৈমবেল লাংঙোল শক্লিবা লৈমবেল মিংখৈবোল

লুমাং শমজি পুল্লে
পম্ভৌ কৌই ।
লুতুং শমজি পুল্লে
পলেম কৌই ।
লেম্ফু শমজি পুল্লে
পলেম পম্ভৌ শুপ্পী

অসিগুম্বা ৱাখলনা মণিপুৰী সাহিত্যগী প্রাচীন যুগতা তন্ত্র ধর্ম্মগী মপৃং ওইবম্মী হায়বসি ফজনা তাকই ।

## শৈরেংনা হান্না পোকফম ওইবনি জগৎকী সাহিত্য পূম্নমক শৈরেংনা মাঙওইনবা ঙাক্তনি।

মান্নবা জগৎকী মীওইবা খুদীংমক হেক পোক্লকপদগী ছন্দগী নুংঙাইবা বসকী অথুবা পামই। পীক্লিবা অঙাং ফাওবদা ছন্দগী নুংশিবা মখোল তাবদা তাল নাইনা মখূৎ থেকপা জগোয় শাবনচিংবা তৌই। অবা-নুংঙাই অনীদা মবোল নাইবা খোনফমদা হায়বদি তাল নাইবা মওংদা (শৈবেংদা) শৈথাই। মীদসু নত্তনা জীব পূম্নমক্না ঈশৈগী অমদি শৈবেংগী সুবদা ঈথক-ঈপোম মানবা ঙাক্তনি। খুদম ওইনা মহাকবি জযদেবগী কাব্যদা কাব্যগী নীংথীবা বস ছন্দনা শ্রীশ্রীজগনাথ দেবনা লৈফম খঙদদুনা খামেন হেকফমদা চংলুবা অমদি শ্রী জগনাথদেবগী খ্বাংচেৎ নমখাং শেগায়বনচিংবা কয়া তাবা ফংই। মীওইবা জাতিদা নত্তনা জগৎকী মপু ঈশ্বব ফাওবা সুবগী নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউই হায়বসি উবা ফংই। অদুনা জগৎকী কৃত্তিদা সাহিত্য হায়বা পোৎশক অসিগী হৌবকফমগী মতমদা ছন্দ সাহিত্য হায়বনি শৈবেং সাহিত্যনা হৌই হায়বসিদা থোইদোক্না চিংননিঙাই লৈতে।

ভাবত্তা ফাওববা আদি কবি হায়নখিবা বাল্মীকি মহামুনিগী 'বামায়ন' শৈবেংদা ইখিবনি নবকুশ মচিন মনাওনা ছন্দ পান্দুনা বামগী সভাদা ঈশৈ ওইনা শক্নুনা তাহনখিবা কাব্যনি। বাল্মীকি ভাবত ভুমিগী আদি কবিনি। লোয়ননা আর্য্যশিংগী মাইন 'ত' হায়ন খঙনবিবা খ্বাইদগী লিববা মমিংসু চৎলবা বেদশিং অসি অবেংবা শৈবেংদা তালশুনা য়াওনা ইবনি। বেদগী মনুংদা সামবেদ হায়বা বেদগী হেক মথংদা ইবা বেদ অসিবু অসুম্না হায় বেদশিং সাক বেদোইন্নি। বেদগী মনুংদা সামবেদ হায়বসিনা থবায়নি মকনি । সামবেদবু সঙ্গীৎ বেদ কৌই। মসিনা জগৎকী ঈশ্বব ফাওবা ছন্দগী নুংঙাইবা সুবদা তাউই হায়বা উৎলি। মসিনা

## মণিপুরী সাহিত্যগী মঙলান

জগৎকী সাহিত্যশিং অসিগী অহানবা হৌবকফমদি শৈবেং সাহিত্যনা ওই হায়বদা মপূং ফাহনবগুম তৌই। নোংচুপকী মহাকবি সেক্সপিয়াবনা স্বর্গগী থোঙদি ঈশৈগী সুবতনা হাংই হাযনা হায়। অসুম্না জগৎ শুম্মৎনবা ঈশৈনা জগৎকী অহানবা সাহিত্যগী থোঙহৌ ওইবমগনি হায়বদা থোইনা অকায়বা লৈবোই।

জগৎকী সাহিত্য পূম্নমক প্রাচীন কালগী মতমদা সাহিত্যশিং অসি অযাম্বা শৈবেং সাহিত্যদা ইবা ঐখোযনা থেংনৈ। ইংলিসকী অঙনবা মতমদা ইবা ব্রাবিশিং লাইবিকশিং অযাম্বা কবিতাগী শক্তম্নি। ইলিযাদ অমসুং ওদেসিনচিংবা অঙনবা মতমগী লাইবিকশিংদগী সেক্সপিযাবগী মতম ফাওবদা ইবা কাব্যশিং অযাম্বা কবিতাগী মওংদা ইবম্বা যাম্না থেংনৈ। সেক্সপিযাবগী প্লে পূম্নমক শৈবেংগী শক্তমদা ইবম্বনি।

নোংপোক্লোমদগী খ্বাইদগী শকখঙনববা ধর্ম্মগী লাইবিক বাইবল গ্রীক লোন্দা কবিতাগী ছন্দদা ইবম্বনি। লোয়ননা ঈশ্বরগী হাযবদি হিন্দুগী মহাপুরুষশিং অমসুং ধর্ম্মগী লাইবিক কয়ানা য়াম্না নিংথীনা শুগাইনা তাক্লি। খৃষ্টান ধর্ম্মগী অথোইবা লাইবিক বাইবল অহৌবা জেনেসিশ নি।

অহানবা পাবাদা Old Testament Bible Genesis Chapter 1 ঈশ্বরদি খোঞ্জেলগী মশক্লি। মওং মতৌ লৈতে হাযনা লৈ,শেন্নকপগী মতাংদা হায। লোযননা New Testament Bible of John অহানবা পাবাদা In the beginning was the Word and the word was with God and the Word was God হায়দুনা ছন্দ ঈশ্বরগা অমত্তনি হায়বা মত পী। ঈশ্বরদি ছন্দনা ওইবনা ঈশ্বরনা শেম্বা খুদীংমক ছন্দবু নুংশি। মবম অসিনা মীওইবনা নুংঙাইবা সুব তাবা পাম্লিবনি। মীওইবনা হেক পোকপদগী নুংঙাইবা সুর তাবা পামই। হৃম হাযবা ছন্দ অমদা অঙাংসু তৃমই। খবা চাউবকপদা তাদিং-তাদিং হায়না কবিগুম্বা নুংঙাইবা ঈহৌ অমদা অঙাংনা খুৎ তিংথোক্লুনা জগোয শাই। অঙাংদা খোঙজি শিবিবা মতমদা অঙাংনা খোঙজিগী নুংঙাইবা সুবদা মখোঙ থীন্দুনা শান্নে। অসুম্না ছন্দ নাইবা খোনফম হায়বসি জীব পূম্নমক্কী হৌবকফম অমসুং পাম্নফম্নি। হৌজিক্কী খঙ-হৈববা এডুকেসনিষ্টশিংনা শৈবেংবু অঙাংশিংবু থুনা

হৈহন্নবগীদমক্তনি হায়বসি য়াম্না চুম্না বাখলগী মায়কৈদগী কবিগুম্বা জাতি অমগী অহানবা খোঙহৌদা শৈবেং সাহিত্যনা জাতিদুগী সাহিত্যগী খোঙহৌ ওইবা হাযবসি শোয়দবনি। অদুগা লোয়ননা পৃথিবীগী চাওখৎলবা জাতিশিংগী সাহিত্যগী অহানবা খোঙহৌদা শৈবেং সাহিত্যনা ওইবা মবম্না ঐখোযগী মনিপুবী সাহিত্য লমদমদসু মসিমক ওইফম খোকই।

প্রাচিন যুগকী শৈবেং সাহিত্য ঐখেশযগী মনিপুব লোনগী প্রচীন যুগকী সাহিত্যগী লাচনবা অমসুং লাচন্দবা অনীমক্তা মবোল নাইবা খোনফমদা ছন্দ নাইবা ব্রাহৈদা অঙাংবু থেম্বা ফৌবু শুবে লৌবু লোকএ লাই তিনগী ঈবাৎ পুজা শিজীন্নবম্মী খুদম ওইনা মমাংঙৈগী অঙাং থেম্বা মতমদা থাবু য়েংদুনা অসুম্না শৈশকই -

থা থা থাবুংতোন
নচা মোবাম্বী পোবিগে

......................

অসিনচিংবা ব্রাহৈনা শিজীন্নবমই । থাবলচোংবা মতমদসু ছন্দগী নুংঙাইবা সুবদা শৈশক্লবমই। খুদম ওইনা অসুম্না

শাবিগী খুত্তা শানৌনা পায়
শানৌগী খুত্তা শাবিনা পাই অসিনচিংবা

অদুগা চীংগী ইচিন ইনাওশিংনা পাম য়ানবা মতমদা মখোয়গী অব্রাবা কোক্লবগীদমক্তা নুংঙাইবা ছন্দদা অসুম্না লাউদুনা ঈশৈ শকই। খুঙ্গংগী চনুবাশিংনা কবি কবিগুম্বা মতমদা অব্রা পোখানবা হায়দুনা ঈশৈ কয়া শকই।

লৌবি চৎপী ফিঙাং ইনবী
তাদগী মতু ইনম্মা
ইনম্মনা ইন চিংঙি
তাদনা ঙাইহৌবে

অসিনচিংবা লোয়ননা তেংথাবনচিংবদসু অসুম্না শৈশকই।

হা ইমা ইমাও
ঐসু লাক্কে ইমাও

নোং চুই লাক্কনু
য়েম্পাক তুপ্তুনা মবাক্কে
....   .. . ..... ..... .
...... . ............... অসিনচিংবা

গীতি কাব্যা কযান মৈত্রাক্কী প্রাচিন যুগকী সাহিত্যগী ঈপাক অসিদা পীকথন্না লৈ। ফৌসু ঈশৈনা অসুম্না শৈশকই
ষণ নঙ কবিগী লৌ চায়
ষণজেননহানা শেনবীদে
ষণজেননহা নঙ কবিগী শেনবীদে
নোং চুই
. ................. .
অসুম্না অমুকসু মমানা ইকজবদা শকপা ঈশৈ
তিং তিং চাউবো
থবীনা কাবিঙৈ কাহৌবো
নুমিৎনা ঝাংলিঙৈ ঝাংহৌবো

অসিগুম্না শৈবেং সাহিত্যগী মচাক কয়া ঐখোয়না থেংনৈ।
সনামহিগী মিংখৈবোল থাবা মতাংদা
" লৈবুং তবোৎ খোংলিবা শিবা
লৈবুং খাদা চাক্তাবা
লমতাগী থাঙজ অহানবদা বোকএ

থাঙজ কৌবা লাইনিংথৌ " অসিনচিংবা কয়াগা লোয়ননা গুরুনা পাখঙবদা পানখোং পীথোকখ্রবদা সনামহিনা শাউদুনা হাৎকে তান্নবা মতাংদা লাইবেম্মশিংনা খান্না ঈশৈ।
ক্রেক ক্রেক মো মো
য়াঙ্গন শম্না শ্যাও শ্যাও

কৈগা য়েনগা তোকপগা কাওবগা অসিনচিংবা শৈবোল কয়া মনিপুবী সাহিত্য ইতিহাসতা খোংদাবকই। মতম অসিদা ঝাবেং সাহিত্যদি পোকত্রি হায়বা য়াই।

কবিগুম্বা লোন অমগী সাহিত্যদা অহানবা খোঙহৌদা শৈবেং সাহিত্যনা খুৎমাবা মথংদা বাবেং সাহিত্যনা লাকপা হায়বসি কবি কবিগুম্বা সাহিত্যদা য়াওখিদ্রি মবমশিং অসিদগী মনিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌশিসু শৈবেংনা মাঙওইনদুনা লাকই হায়বসি অচুম্বা অমনি।

## খম্বা থোইবী শৈবেংদা মপানগী জয়না খম্বগীনি
## মনুংগী জয়না নোংবানগীনি

মথক্তা পীবিবা ৱাঙাং অসি তশেংনা য়েৎনবা যাওদনা মবিক চুম্বা ফজববা ৱাহং অমনি। ৱাহং অসি খম্বা থোইবী অনিগী পুন্সিগী মরু ওইবা কয়া নৈনদুনা য়েংবদা মতিক চায়।

অহানবম্মক্তদা ঐখোয়না খম্বা থোইবী অনীগী পুন্সিগী অহৌবা উন্নবা অহানবা মতাং ষণ শেনবা হাযবা মতাং অদু য়াম্না কুপ্না নৈনবাদে দবকাব ওইবে অদুবু নিংথৌগী যুমদা খম্বনা শিলঙবা লাকপা মতমদা থোইবী খম্ববু অহানবা নুংশিবগী শরুক উবা ফংই। থোইবীনা মপাগী যাথং হেক ফংবদা

"ইপা ইবুংঙো লমজাদা কৎকদবা চবৈসি
ঐগী ননাই চবৈনা তৌজবগে পম্বৌবু"

অসুম্না থোইবীনা খম্ববু অহানবা উবা মতমদা মপাগী যাথংবু ঙাইদুনা লৈবক্সী অদুগা মপা উহনদনা খম্বনা ময়ূম চৎলমদাইদা কৈদগী মাইবেল লৌথোক্তুনা লোন্না পী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা খম্ববু থোইবীনা নুংশিবা হৌখি অদুবু খম্বসু খবদং খন্দবদি নত্তে। অসুম্না অহৌবা মতাংদগী হৌনা থোইবীনা খম্বব১ নুংশিবসি মপান থোবকই। অদুবু মখোয় অনীগী নুংশিবা অসি খম্বনা মচেমবু কিনা চৎপা মবমনা খম্নুগী মফমদা লোৎনবা কয়া হোৎনৈ তশেংবসু খম্নুগী ৱ াখল অচুম্বনি মবমদি লমজা ওইবিবা শাগে, অদুগা থোইবীদি নিংথৌগী মচানি শকতা কবি ৱাৎলি শাগে ইনাক খুনবা মচানি মাগী হায়ববু অৱাৎপা কবি লৈবনো অদুনা খম্নুনা মৌপ্পাবু লুনা থম্বনি অদুনা খম্বনসু খম্নুবু য়াম্না লুনা (নীংবনি) কিনা চৎপনি। তশেংনমক খম্বনা থোইবীবু নুংশিববসু মচেম ইবেম্মা খম্নুবু কিবদগী মাগী নুংশিবগী ধাম অসি অসুম অসুম ফোঙদোকখিদে।

অদুবু লোইথাবা থোইবীবু কবোদা কনাগী মশুং লাংগীনো খম্বা মাগীদমক্তা থোইবীবু কবোদা চৎখি মতাং অদু য়ৌববা ফাওবা খম্বা নুপা থোক্লা থোইবী মাগীদমকতা মপান থোকপা ওমদে মচেম ইবেম্মা খম্নুগী য়াথং ফংলবা মতমদা খম্বনা থোইবীবু কুম্বি তেবাখা ফাওবা থিনদোকই। অদুগী মতাং অদুবু খ্বাইদগী চাউবা মীয়াম্না খণ্ডনববা মতাংনি।

অদুনা খম্বনা থোইবীবু নুংশিদবদি নত্তে অদুবু মচেগী য়াথং ফংদনা খক থবক পাওথোকপা ওমদে। অদুদগী থোইবীনা কবোদগী লোই কাবকপা মতমগী মতাং অদুদা নোংবাননা থোইবীবু তান্নবকপা কুম্বি তেবাখাদগী

"নোংবান অমুক হন্দুনা লাংগোই খোঙ্গুল ইন্দুনা
তান্নবক্লে থোইবীবু ইবেম্মদি মতমদো
লমদম ইবোইবা য়ৌবে লাঙ্গোই মানা চেল্লকপা।"

অসুম্না নোংবাননা থোইবীবু কুম্বি তেবাখাদগী তান্নবকই অদুগা অশোমদা থোইবীনা খম্বগী হোজঙদগী থোইবীনা লাঙ্গোই খাম্বীয়ু হায়না লাউবকই।

"ননেমচা কবো তাবীবু সেম্বী ওঙবী কাবক্লে
পঙ্খৌ সনা য়াথংনা লিবীওইবে ইবুংঙো
নোংবানগী হুতৈববা তেন থাবক্লেনে পাম্মুবা
.. .. ... ... .... ............. ..... .. ..
লাংগোই অসি ফাবীবো মাঙ্গা তাবীদ্রববা"

অসুম্না থোইবীনা খম্ববু কৌবকপা মতমদা খম্বা তানা তানা মচেমগী য়াথং য়াওদনা থোইবীবু শঙ্গোল মমাং থক্তগী অদু ফাওবদা :- খম্বা তঙক তঙক যেংদুনা লৈবম্মী।

"খম্বা ! ইচে ! কৈদৌবি ? ওমদবগা নথম্তা
ইচেম য়াওগে ইবুংঙো হায়বম্মগা খম্নুদো
হোজঙ লোমদা চেম্খোকম্রে। ইচে ওাইখো "হায়দুনা"

অসিগুম্বা মতাং লুর-লুববা অসিদা ফাওবা খম্বা মচেমগী য়াথং য়াওদনা মাতোমতা থবক অমা পাওথোকপা ওমদে অসিগুম্বা মতাংদা মচেমগী য়াথং

ফংলবা মতমদা থোইবীবু শগোলদগী থাংথবী খম্বগী জয় ধর্ম্মগী জয় হায়বদুনি। অসিগুম্বা কয়া অসীনা খম্বানা মপানথোংগী জয ওইবে।

অদুগা খ্বাইদগী মনুংদদি নোংবানগী জয কয়া লৈ হায়বা মৈতৈগী অশৈবসিংনা শৈশক্লম্মী নোংবান্না থোইবী মতম চূপ্পা তান্নে। থোইবী মশক মতৌ ফজবী নুপীনি নিংথৌ অমদি যুবরাজগী অমত্তা পোকপী মনি অসিগা অসিগা মোইবাং নিংথৌগী মচানুপী থোইবীনি অশোমদা থোইবীগীদমক্তা চোংথোক্লকইবা নোংবান মাগী মশাদা অব্রাংপা কবিনো অমত্তা য়াওদে। মতিক চাবী নুপী থোইবীবু লৌবা যাবা নোবানতনি হাযবা যাই।

নোংবান থোইবী অমনা অমদা কবি ব্রাৎপনো কবি হেনবনো হাযবা কনা অমত্তা পীবা ঙমলোই। মতিক চাবা নোংবান্নি নোংবানগী মগুণ কবিদা ব্রাৎপগে গুণ শুনা লৈ। ইনাকখুনবা নোংবান থৌনাফবা নোংবান শাগৈ জাৎতা হাযবে নোংবান কুচু ঙৌবা নোংবান অদুগা (খম্বা কুচু মুই) অঙৌবনা ফজবা কবিগা প্রমান তৌগনি অমুবগী ফজবা বাশি লৈবতনি অদুবু নোংবান অঙৌবা নুপানি। নিংথমথা, কালেন অনীগী খেননবনি নোংবান কালেনগী নুংশাগুম মাযকৈ খুদীং ইশেং শেংবা নুপানি খম্বা নিংথমথাগী অযাম্বা মতমদা লৈচিন নোংফাই থাংবগুম থোইদোক্লা অমুবা কুচুনি। নোংবান অঙোম নিংথৌগী মচানি নোংবান খুবাইলৈমা মহাবাণী অহনগী মচানি। অদুগীসু মথক্তা মচিন মনাও অনী শুদবনি মোইবাংদা ইনাকখুনবা অঙোম নিংথৌ অনীশুবা মোইবাং নিংথৌগী মানি হাযনা মৈতৈগী অশৈবশিংনা শক শোন্নবি অকন অথৌদা নোংবান মাগী মপা লৈবমদে। ফমদা হাযবে লৈবোই হনজবনি শেলুংনি নিংথৌগী পানা পাম্লোম শক ফজবা নিংথৌগী মচা খুবাইলৈমগী মচানুপী অহনগী থৌনা ফবদা ফমথোন অহুমনি ফম অমা ওইবতা চাউবে হাযনবিবনি অদুবু নোংবান ফমথোন অহুমনি।

মমৈগী মাগী পোত্থা, চাযনবা খম্বনা কৈগী কৈবাউ লাকপা নোংবান থোইবী পাম্বনা হেনমনখিদুনা শিবা নাবা কাউদুনা কৈ ফানি হায়বসি মতাং অদুদা মহাক্কী নুপী অহননা নোংবানদা কয়া মঙ নুংঙাইতে হাযদুনা খাম্মী অদু ফাওবা থোইবীতবু ফংলবদি হাযদুনা শিবা নাবা অকিবা য়াওদনা চিংনবা লৈত্রবা

নোংবান্নি মহাক্কী হনদক্কী দশা অসি "দশ" দশা হায়বদুনি মতম খুদিংদা নোংবান থোইবীতবু উদুনা লৈ থোইবীগী রাখলদা লূপতুনা চাবা থকপা তুম্বা থোইবীগী রাখলনি খুদীংমক নোংবান থোইবীতবু ফংলবদি হায়দুনা থবায় থাবগী খন্দে। মবমদি ইবোই মচিদা থোইদিং হাপ্লা হায়বদুনি অদুবু লাইবক থীবদি নোংবান কৈগী মযাদা তাবে নোংবান শিবগী পুংফমদা লৈবে অদুবু মাগী পোনগুম্বা হকচাংদগী মাগী থবায় অদু মপান থোকপা ওমদ্রে মবমদি নোংবান থোইবী হাযবী অসি তাইবঙ মালং লৈহৌবিবনিকো খনবদগী অদুদগী নোংবান খম্বদা হাযবকই। ইতাও নঙনা থোইবীবু লৌহৌববসু মপানগী সমাজদা অদুবু মাগী থম্মোয অসিতং ঐঙোন্দা পীযু হায়না নিজবকই খম্বনা মতাওগী নীংবা থুংনবা নোংবানগী মফমদা পীখি - নোংবান্না হাযবকই ইতাও নঙগী নফমদা

ঐখোযনিগী কুম্মৈবু ওইবম্মেদো ইতাওবু
য়েক্লবগী কুম্মৈদি ওবম্মেদো মাপানাই
লৈহেকপা নুমিত্তগী হৌববনি
ঐনা লাল্লি লমজেনসু নঙনা মথোইদো
লাম্ব্রিবদি নঙনিদো মুক্লাসু নঙনা মথাই
কাও ফায় ঐনা য়েৎলি দুসু নঙনা মফায়দো

অসিগুম্বা রাহে কযা নোংবানগী অবোইবা মতমদা মথং মথং হায়বকই অদুবু অবোইবদা মহাক্কী থবায় অদুনা "থাদোই" হায়না হাওলবা অতিযাদা পাইখি অসুম্না ঐখোয়গী অশৈবশিংনা শৈশকই অদুগা হৌজিক পি থাদোই হায়বা উচেক অসি নোংবানগী থবাযনি হায়বনসু অশৈবশিংনা হাযনৈ পি থাদোই উচেক্লা বসন্তা খুদীংগী পাইবকপা অদুসু অশৈবশিংনা নোংবানগী থবাযনা মতম ফবা বসন্তা ঋতুদা পাইবকপনি হাযনা লৌনৈ। থোইবীবু ঙাঙোই কৌই অদুনদি লৈ অঙাঙবা অসিবু ঙাঙোই হাযনা খঙনবগুম থোইবীবু খঙনৈ বসন্তগী মতমদা অঙাঙবা লৈ শাৎপা অসিদা পি থাদোই উচেক্লা পাইবকপনি হাযবসি নোংবানগী থবায়না অঙাঙবা মচুগী লৈবু পামদুনা পাইবকইবনি অসুম্না হায়নসু অশৈবশিংনা শৈশকই।

অদুনদি খম্বগী থোইবীবু নুংশিবা অসি বিতন লভ নি হায়বদি থোইবী খম্বা

থুংনদুনা পানখি অদুনা নোংবানগী নুংশিবদি অনবির্তন লভ নি হায়বদি নোংবানগী থোইবীবু নুংশিবদি অমুক হন্না লাক্লবোইদবা নুংশিবনি ।

ঐখোয়না খন্না থোইবীগী ৱাবি তাবদা নোংবান অসিবু থোইবীনা নুংশি হায়বগী ৱাহৈ অমা ফাওবা তাবা ফংলোই মতাং অসিদা লোইকাবা মতাংদা থোইবীনা নোংবানগী মফমদা ইতে হাযবা মিঙ্গৌনা কৌখি -

> "সনা পুক্লীং ফাজিল্লে মোমোন মোমোন নোক্লকই
> হায়বা ইতে নোংবান হায ইবুংদৈ ইতে ওল্লে
> নোংবান মবুক্লীংদা মনাওইবুংঙো শিংইদা
> চাকসু থোৎলেদনা সিদি"

অসিগুম্বা ৱাখল কয়াবু নোংবানগী মফমদা থোইবীনা তাহনখি মতম অদুদা নোংবান্না হবাওজখিবা মতাং অসিগী ইতে হায়বা ৱাহৈশিঙনি নুংশি মীকৌগী ইতে নত্তে নুংশি তাৎ যান্নবা কৌবা ইতৈনি অদুগা অমুক লমজেলগী মতাংদা অদুসু থোইবীগী মযানি পূমন্নমক অসি থোইবীগী ট্রিৎমেন্টনি ।

অদুগা নোংবানগী থোইবী নুংশিবদি অঙকপা মনুংশিনি । থোইবীনা নোংবান ঐবু নুংশিবীবে নুংশিবীনা অদুম মনুংশিবা , থোইবীনা নুংশিবীদ্রে অদুম মনুংশিবা থোইবী নঙনা নোংবান ঐবু নুংশিবীদ্রবসু নোংবান ঐনা থোইবী নংতবু নুংশিদবদি খক ঙল্লোই। অসিনি মবম অদুনা নোংবানগী অত্মানা চৎলমদাই ফাওবা নোংবান থোইবী নুংশি মাগী জয অর্দশক জযনি মবম অসিনা নোংবানগী নুংশিবা নুংগী ওইবা জয়নি।

# মণিপুরী শুমাঙ লীলা

## শুমাঙ কদাইবু কৌবগে ?

মণিপুবী হাযবা জাতি অসিগী যূমগী মমাঙদা অহাংবা মফম খবদং ওইববসু থম্নবসি ঙল্লিঙৈদগী হৌনা চৎনবী অমা ওইনা থম্নবকই। মসিমক ঙসি ঐখোযনা খঙনবিবা শুমাঙ হায়বদুমক্লী। তশেংনমক যাম্না শম্না হায়বদা যূমগী মমাঙদা লৈবা মফম অদুবু শুমাঙ কৌনবকই।

মণিপুবী জাতি অসিগী ইঙ্খোল হায়না খঙনবিবা অসি চাউবা-পীকপা থিদনা ইঙ্খোল অমদা যূমফম মাপল লৈ মদুদি .-

১। ফীবাল যূমফম　　২। মৈখু যূমফম।

৩। নোংশা যূমফম　　৪। লমহুই যূমফম

৫। তম্ফা যূমফম (শল যূমফম)　　৬। লঙজা যূমফম (লোলা যূমফম)

৭। শামু যূমফম　　৮। ক্বাক যূমফম ।

৯। শঙগায যূমফম অসিনি।

অসুম্না ইঙ্খোল অমদা যূমশা মাপল অসি লৈ হায়বসি ঙসি ফাওবা চৎনবীনা পুন্দুনা থাজনবী অমগী মখাদা যূম শানৈ। কবিগুম্বা যূম অমা শাগে হাযনা খল্লবদি শঙ্গায় যূমফম অমসুং তম্ফা যূমফম অনীসিদা শোক্না যূম শাবসি খ্বাইদগী য়াইফবনি খন্দুনা ঙসি ফাওবা চৎনবক্লি । অসিগুম্বা যেলহৌঙৈদগী থাজনবী চৎনবী অমগী মখাদা যূম শাবা চৎনবি মবম অদুনা যূম অদুগী মমাঙ অদুদা অহাঙবা শকক খবদং থম্লদুনা ঙসি ফাওবা শুমাঙ হায়না কৌনৈ।

মীৎয়েং অমবোমদনা মীওইবা ঐখোয শিবা হাযবসি লৈবাক্তা খোঙনা চৎপগুম্বনি। নোংমদি পোকপু পোক্লবদি শিবা তাবনি। ঐখোয়না শিবগা ঐখোযগী শুমাঙ হাযনা খঙনবিবা মফমসিদা মতম খবদং ওইববসু থম্নে। মীওইবগী অশিবা হকচাং থম্নবা মফম অদুবু শুমাঙ হাযনসু কৌনৈ। মীওইবগী অশিবা হকচাংবু লোংনা থেন্দুনা থম্ননবা মফম অসিবু থেলোং হাযনা কৌই। অশেংবা মৈতৈগী শুমাঙ হাযবসি তুলশিপূং হাযবা ঙসি ঙসিম ঐখোয়গী মীয়াম্না খঙনবিবা অসিগী মমাঙ মৈবম ওইবপ্লা লৈবা মফম অদুবুনা খাঙেনফম হাযনা খঙনরি। অসিগুম্বা ঐখোযগী মাঙলমচৎ যেলহৌঙৈদগী চৎনবী অমা ওইনা মৈতৈনা শুমাঙ থেলোং অসি পল্লগা শুমাঙ হাযনা হৌজিক ফাওবা খঙনৈ।

মৈতৈ ঐখোযনা কবিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক শুমাঙ অসিদা পাঙথোকপা চৎবকখি। শম্না মৈতৈ ঐখোযনা দেব কর্ম্ম থৌদোক ৱাথোক পূম্নমক শুমাঙ অসিদা পাঙথোক্লে। মসিনা শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখরনা অসুম্না হাযবি। “নমু তাইবং মী থৱাযনা শুপ্না মাঙখি হাযদুনা লমলেন মাগী মমিংবু শুমাঙ হাযনা কৌনৈ। নমু তাইবঙ মীগী অসিবা শমু হকচাংনা লোংনা থেন্দুনা লৈ হায়বগী লমদম মাবু থেলোং কৌই। তুলশি পূংগী মমাঙ থংবা শরুকপু হাযবদি খাঙেনফমবু থেলোং কৌই মবম অদুনা ঙসি ফাওবা মৈতৈনা “শুমাঙ থেলোং” অসুম্না শিজীন্নে।”

**লীলা কবম্না কৌনবকখিবগে ?**

শুমাঙ লীলা হায়না ঙসিগী মীবোলশিংনা খঙনবক্লিবসি য়াম্না কৃপ্না থিজিন্দুনা নৈননিঙাই মচাক কযা লৈবি। শুমাঙ লীলা হায়বসি যাম্না অঙনবা মতমদা লৈবমদে। তশেংনমক মৈতৈগী শুমাঙ লীলা হাযনা খঙনবকলিবসি কনা কনাগুম্বনা যাত্রাৱালি হাযনা কৌনবম্মী। মিংথোন অসিনা কবম্না লাকখিবনো হাযবা ৱাহং অমসু থন্ননিঙাই ওই।

মসি কদোমদগী কমদৌনা হাযনবকখিবনো হাযবসি থিজিনবগী মথৌ তাই। যাম্না ওল্লিঙৈ মতমদা শুমাঙ লীলাসি যাত্রাৱালি হাযনা কৌনবম্মী। মণিপুবদা শুমাঙ লীলাসি যাত্রাৱালি কৌনবম্মী হায়বগী মযেকক শেংলবা ৱাফম ঙসিফাওবা লমদমসিগী মীযাম্না য়েৎননিঙাই লৈত্রবা চুম্লবা ৱাফমনি। ঙসিমক শুমাঙ

লীলা হায়না খওনবিবা লীলাগী কাওলূপ খুদীংমক জাত্রা হায়না কৌবস্মী। মসিগী ময়েক শেংলবা খুদম খৃষ্ট কুম ১৯ শুবদা ডি: ইষ্টন যাত্রা এসোসিএসন হায়বা লৈখিদ্রবা শুমাঙ লীলাগী লমদা পুন্সি কখোক্কুনা শ্রীতখেল্লবম নবকুমাবগী লীলা সংস্থান অসিনা ইহান হানবা মণিপুব মবমদমগী মখাদা বেজিষ্টাব তৌখি। মসিমক্তা যেংননিঙাই অমা লৈতনা চুল্লবনি । মসিগী মখাদা মণিপুবগী লীলা কাওলূপ খবদি মথং মথং বেজিষ্টাব তৌনবকইক। চাউবাক্রা লীলা কাওলূপশিংগী মনুংদা 1)Meitei Leima Jatra Assn , 2) North Imphal Jatra Mandal 3) City Jatra Mandal, Konjeng Leikai, 4) Imphal Jatra Assn 5) Manipur Co-Artists Assn 6) Youth Jatra Assn 7 City Jatra Mandal, Uripok অসিনচিংবা কয়া লীলাগী কাওলূপ কয়ানা যাত্রাৱালী হাযনা কৌনবস্মী। যাত্রাৱালী হাযনা কৌনবস্মী।

খৃষ্ট কুম ১৯৭৬ কী তাং ২৮।১।৭৬ ইং, বীব টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা নুমিৎ ১৬ নি চূপ্পা খনগৎলবা লীলা কাওলূপ তবাতকক্লা শকক য়াবদুনা "অহানবা ওল মণিপুব শুমাঙ লীলা ফাংনবা অমা মণিপুব যাত্রা এসোসিএসন্না পাঙথোকখি। হাযবিবা ৱাফমসি খৃষ্ট কুম ১৯৭৬ কী বীব টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা শুমাঙ লীলা অমদি দ্রামা ফাংনবা অসিনা শুমাঙ লীলা অনৌবা অওনবা শক্তম অমদি ওইবে। তশেংনমক অসিগুম্বা শুমাঙ লীলাগী ফাংনবা অসিদা সমাজসিদা শুমাঙ লীলা হাযবা "ফোঙ্ক" শুমাঙ লীলা হাযবা অমা তোঙান-তোঙান ঊৎখি। চহী অসিমক্কী জানুৱাবী তাং ২২ দগী ২৬ ফাওবা লীলা কাওলূপ ১৫ না শরুক যাবদুনা অনীশুবা ওল মনিপুব যাত্রা কম্পিটিসন বীব টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা ওল মনিপুব যাত্রা এসোসিএসন্না পাঙথোকখি। মদুদা মকোক মথং তাবশিং·-

**বেষ্ট প্লে :** ডি ইম্ফাল যং যাত্রা কম দ্রামা এসোসিএসনগী "নুংশি থৌবী"
২ শুবা - ডি ওইনাম তাং লৈহাদা যাত্রা এসোসিএসনগী "ফিজিগী মনি"।

অসুম্না চহী অসিগী শুমাঙ লীলাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা যাত্রাৱালী কৌবম্বদগী "শুমাঙ লীলা" হায়না ওনখি। মসিমকসু শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসকী অনৌবা তাঙ্কক অমনি। শুমাঙ লীলাদা বেষ্ট প্লে, বেষ্ট বাইটব, বেষ্ট ডিবেক্টব,

বেষ্ট সপোর্টিং হায়বনিচিংবা তোঙান-তোঙানবা মখলগী মনা-মথুম পীবীদুনা শুমাঙ লীলাগী অইবা কলাকাব কয়াবু পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা মনা-মথুম অমদি ইকাই-খুম্নবা য়াবা উপাধি পীবিদুনা অনৌবা থৌনা খবদি শুমাঙ লীলাগী সংসাবদা ঙাওজবিবা কলাকাবশিংগীদমক তোপ-তোপ্পা মশক অমা থম্বীদুনা অনৌবা ঈনোৎ অমা থম্বীখি। মসি থোইদোক্লা নীংশিংনিঙাই অমনি। মসি পুম্ন মক্কী মথক্তা শুমাঙ লীলাদা সমাজিক প্লে, ফোক্ষ প্লে, হায়না তক-তকবা মওংদা খাযদোক্লুনা শুমাঙ লীলা হাযবা কলা অসিগী হোংলকইবা ঈচেলবু মযেক শেংনা থম্বীদুনা মশক মচু থোকপা তাঞ্জা অমসু মণিপুবী সমাজদা থম্বীখিবসিমক শুমাঙ লীলাগী থোইদোক্লা শীংথানিঙাই ওইববা তাঙ্কক অমনি।

মণিপুবগী শুমাঙ লীলাগী ফজববা মচৎ অসিবু যাম্না থৱায য়াওনা লমদমসিগী লৈজবক্লবা কলাকাব অসিবু মাঙহন্দনা থম্বীনবা থোইদোক-হেন্দোকপা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা চেন-চোংখিবশিংগী মনুংদা যুগেশ্বব (মৈতৈ) বু কাউথোকপা খক য়াবোই। মতমদুগী শুমাঙ লীলা হাযবা কলাসিবু লমদমসিদা মবেক মহাও য়াওনা য়োকখৎনবা হোৎনবা খ্বাইদগী অচৌবা থৌদাং য়াদুনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিবু মীয়াম মমাঙদা শক্তাক্লবা চেফোঙ থা ৬।৬ কী ওইনা ফাওবা পুথোকখি। চেফোঙ অদুগী এডিটব টিএইচ ফলেন্দ্র মেম্ববশিংগী মনুংদা টি নবকুমাব, টিএইচ অচৌ, এস যুগেশ্বব, এস জয়কুমাব, কনভেনব সিএইচ ধনেশ্বব থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই। মসি ঙম্নমক্কী মথক্তা মতমদুদা য়াম্না নহা ওইনা শুমাঙ লীলাবু যোকখৎনবা হোৎনবদা থোইদোক্লা অচৌবা থৌদাং পুবিখিবা এস জয়কুমাবসু অমনি।

মণিপুবী শুমাঙ লীলাগী অহোংবা অওনবা তাঙ্কক অমা চঙশিল্লকই খৃষ্ট কুম ১৯৭৬ অসি শুমাঙ লীলাগী ইতিহাসতা কাউঙম্লবোইদবা অচৌবা অহোংবা শক্তম অমনি। চহী কযা লিশাং শীৎনা চত্থবকপা শুমাঙ লীলাগী সংসাবদা অনৌবা মাযওন অমনি। চহি অসিদা নুপী শুমাঙ লীলা কাঙলূপ অমসু থোবক্লুনা মণিপুবী শুমাঙ লীলাগী জগৎ অসিদা অচৌবা অওনবা অমসু থোবকই। ঙসি ঙসিমক মীয়াম্না পাম্না থোইদাজনা য়েংনবিবা ঈশৈ লীলা হায়না য়াম্না তোপ-তোপ্পা শুমাঙ লীলা মখল অসিসু খৃষ্ট কুম ১৯৭৬ কী তাঞ্জাসিদা

মণিপুরদা খঙহৌদনা থোরকই, মসি মনিণপুর শুমাঙ লীলাগী অনৌবা মশক অমনি। মপূং ওইনা মনিপুরগী শুমাঙ লীলাগী অচৌবা অহোংবা অনৌবা অওনবা মশক অমনি। মরম অদুনা খৃষ্ট কুম ১৯৭৬ অসি শুমাঙ লীলাগী অনৌবা অওনবা অমনি হায়না লৌবদা থোইনা কায়রোই। খরদং হায়বিবা অসি মমাংঙৈদগী চংনবকপা শুমাঙ লীলাগী মওং-মতৌ অযাম্বা শেমদোকপা মতমসিগী ইরাম-ইনিলদা শাদোং ওইবা শক্তম অমনি। মতমগী মতুং ইন্না মপান লমগী সিনেমা, রেডিও, টিভিনা তোঙান-তোঙানবা মওং-মতৌদগী তন্নকপা ওইরসু য়াই। শুমাঙ লীলা হায়বসি মপূং রাবী পবিং ফাওবা নাইবা নুমিৎতুগী শিনবসু চংনবম্মী। শুমাঙ লীলাগী মনুংদা য়াওবকপা শরুক অমরু ফাগিনা মপূং ওইবা ইপোম লীলা হায়না তোপ-তোপ্পা লীলা মখল অমসু চোংথোরকই । মসিমক খৃষ্ট কুম ১৯৬৭ গী অসিরাইদা পোক্লকখিবনি।

মণিপুরী শুমাঙ লীলা অসি মমাংঙৈগী নিংথৌগী সনা মমাং লৈমশিংগী কোনুং মনুংদা ফাগি হৈবা মরাশি ফবা মীশক খবদা লৈমশিং ঙাইহাক পোখানবা ফাগি তৌদুনা তাহনবদগী ফাগি লীলাসু ওইবকখিবনি। রাফম অসি লৈখিদ্রবা মীয়াম্না অহল-লমনশিংনা তাকপী-তম্বীবম্বনি। রাফমসি ঙসিগী হিংহৌবিবা মীয়াম্না খঙনববা য়ানববা মখলগী লীলানি।

তশেংনমক মণিপুরগী শুমাঙ লীলাসি মণিপুরদা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা শ্রীয়ুৎ মহারাজ চন্দ্রকির্ত্তি (১৮৫০-১৮৮৬) গী মতমগী শুমাঙ লীলাগী মশক অসি মপূং ফানা ময়েক শেংনা চাওখৎপা মীযাম্না খঙনৈ। মসিমক চৈথারোল কুম্বাবদা ময়েক শেংনা থেংনৈ। মসি মরম কয়াদা ঐখোযনা থিজিন-হুমজিনবদগী খঙবা ঙম্মী। শ্রীয়ুৎ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তগী মনিপুরদা হরাও কৃম্মে জগোই ঈশৈ কয়া হৌদোক্লম্মী। মসিগী মমাঙদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ(১৭৫৯-১৭৬১) নিংথৌসিংগী মতমদা গোবিন্দ নির্বান তৌদুনা রাস মন্দল রাস কংখি। মসিমকসু মণিপুরদা ইতিহাসকী অনৌবা মাযওন অমনি। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা হাযবা কলাসিদি শ্রীয়ুৎ চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তগীনি হায়রসি ময়েক শেংনা চৈথারোল কুম্বাবনা ফজনা ইবি। মণিপুর অসি হরাও কৃম্মে পামজবা লমদম অমনি হায়রসি মৈহৌরোলদগী ঙসিগী মীয়াম্না অমদি মতম মতমদুগী মীযাম্না

খঙনববা ৱাফমনি। ৱাফম অসি মতাং চানা মখাদা নৈনজবক্কে। মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লাক্ত্রিঙৈগী মতমগী মমাঙদা মশাগী হৱাও কৃম্মৈ লীলা ফলা কয়া লৈবন্নে। মসিনা তাকপদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকপদগী হৱাও কৃম্মৈ কয়া মশীং নাইদনা থোবকখি। মৈতৈগী থা ১২ গী মনুংদা হৱাও কৃম্মৈ লৈতবা থা যাওদে হাযবা যাই। মসিমক্না মনিপুরদা খুন্দামিন্নবিবা মৈতৈ জাতিশিং অসি ইতিহাসনা চাউনা খুদম ওইবি। অসিগুম্বা হৱাও কৃম্মৈ লীলা কযাদা থৱায় লুপচববা মণিপুরদা মখল মখাগী তোঙান-তোঙানবা মখলগী হৱাও কৃম্মৈ কয়া লৈবা হাযবসি মশানা তাজববা ৱাফম অমনি। মীৎযেং অশোমদা হেন্না পূক্লীং থিংজিন্দুনা নৈনবগী মথৌ তাই। মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি মপুং ওইনা ফাগি লীলাদগী হৌবকপনি হাযবসি ঙসিগী মীবোল অমদি মমাংঙৈগী মীবোলশিংনা তোঙান-তোঙানবা মশা-মশাগী মত কয়া পীবনা লৈবে। মীৎযেং অশোমদা হেন্না পূক্লীং থিংজিন্দুনা নৈনবগী মথৌ তাই।

ক) মণিপুরদা শুমাঙ লীলাগী মবমদা মশাগী অমদি ইবমদমসিগীদমক্তা খবদং ওইববসু থিজিন্দুনা থন্নীবম্বা শুমাঙ লীলাগী মবমদা লাইবিক ওইনা ফোঙলম্বা লৈখিদ্রবা নিঙোম্বম ইবোবী সিংহ মহাক্কী মণিপুরী শুমাঙ লীলা অমসুং ৱাবেং মখল মখা অফোঙবা এ. হেবামনি সিংহ অহানবা খুৎনম এপ্রিল ১৯৮৬।

খ) মণিপুরী দ্রমাগী লমদা থোইদোক্লা লমদমসিগী মীযাম্না শকখঙনববা দ্রামা ইবা এক্টব অমসুং ডিবেক্তব লৈখিদ্রবা অযেকপম শ্যামসুন্দব সিংহগী মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েতব অফোঙবা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ অহানবা খূৎনম ১৯৮০।

গ) মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী মবমদা কৃপ্না থিজিন-হুমজিল্লিগা মতম মতমগী মীয়াম্না মশা-মশাগী মত পীনববা শুমাঙ লীলাগী লমদা শুমাং লীলাবু যোকখত্তুনা মতম কযা থৌদাং য়াবিবন্নবা দ্রামা বাইটব, ডিবেক্তব নোঙ্গাম্রবা শ্রীঅবাম্বম সমবেন্দ্রনা মখল মখাগী চেফোঙ কয়াদা মযেক শেংনা ইদুনা থম্বিবম্মী।

1) Manipur Today (Republic day Special issue, January 26, 1963 and Huiyen Lanpao, Special issue 17th Anniverssary 3rd March

1993 লোয়নননা "শুমাঙ লীলাগী পাউজেল" অফোঙবা মণিপুব ষ্টেট শুমাঙ লীলা কাউন্সিল ১৯৯৩ নবেম্বব তাং ২৮।১১ ৯৩ ইং নোংমাইজিং, এডিটব ক্ষেত্রি বিবজিৎ।

ঘ) মতৌ অসুম্না চাইবক্লিবা চেফোঙ, মেগাজিন কয়াদা শুমাঙ লীলাগী মবমদা তোঙান-তোঙানবা মশা মশাগী মত ফোঙদোবকপা ঙসিগী মীবোলদা থেংনখ্রে। মত ঙম্নমক শুমাঙ লীলাগী হৌবকফম "ফাগি লীলাগী" শমথবকপনি হাযবসি মীযাম্না যানববা ব্রাফম অমনি।

মখোয খবগী মনুংদা লমদমসিদা খ্বাইনা শকখঙনববা প্রোফেসাব ডা: এন তেম্বী সিংহ, ডা বাজেন তোইজাম্বা, ডা আই এস কাংজম, জি.সি. তোংব্রা, ওজা শীতলজিৎনচিংবা লমদমসিগী শক্লাইববা শুমাঙ লীলাগী মবমদা পুংজা খবদং কাইথোকপিদুনা থিজিনবীবিবা কযাগী মশা মশাগী মত পূম্নমক থোইনা খেন্নবা লৈতনা যানববা ব্রাফমনি।

ঙ) মণিপুবী শুমাঙ লীলাগী লমদা কখোক্লবা এক্টব, ডিবেক্টব গুরু অমা ওইনা মীযাম্না শকখঙনববা -

(১) তখেল্লম্বম ব্রজবিধু সিংহ
(২) থোঙাম গৌবহবি সিংহ, যুবেম্বম,বিএ মপা লম্বোইবা লীলাগী ইবোতোম্বী শাবা শুমাঙ লীলা ওজা।
(৩) হৈস্নাম লালজি সিংহ,পাটশোই, বিএ মপা লম্বোইবা লীলাগী বিএ শাবা।
(৪) তোংব্রম যাত্রা সিংহ,পাৎশোই বিএ মপা লম্বোইবা লীলাগী মনেম ফত্তবী শাবা
(৫) মাক্লং কোকঙাং,বিএ মপা লম্বোইবা লীলাগী মনিতোম্বী শাবী।
(৬) তখেল্লম্বম নবকুমাব সিংহ,কোংবা ক্ষেত্রি লৈকাই, থোক লীলাগী মপূং ওইবা শুমাঙ লীলাগী ওজা।
(৭) মংসিদম বীনোড সিংহ,কোন্থা ইপাগী ইবুংঙো লীলাগী জগৎসিং ডাকু শাবা শুমাঙ লীলা কয়াগী ডিবেক্টব, এক্টব।
(৮) তখেল্লম্বম মনিকচান্দ সিংহ,কোংবা বীধাত পুরুষ থোক লীলা পাম্থোইবী শায়োনগী ফাগি পুবা ওজা।

(৯) হঞ্জবম নন্দকিশ্বর শর্ম্মা,ব্রাহ্মে নিংথেম পুখ্রি মপান শুমাঙ লীলাগী লমদা অশেংবা নুপী পুথোক্তুনা মীয়ামদা মখল-মখা কয়াগী লীলা উৎলম্বা।

(১০)লোইতাম তোমাল সিংহ,উবিপোক, শুমাঙ লীলাগী হরিচন্দ্র লীলাগী অঙনবা শকক্তা মশাগী চহী ১২।১৩ দগী ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা শুমাঙ লীলা মখল মখাগী এক্টব, ডিবেক্টব পুন্সিগী অবোইবা শকক ফাওবা শুমাঙ লীলাগীদমক্তা কখোক্লবা।

(১১)শ্রীলাঙ্গোলজম বাকনী,লমদমসিগী মীযাম্মা ফত্তবা শাবদা শকখঙনবা পান্থোবী লীলাগী খাবা শাবা

(১২)শ্রীতখেল্লম্বম চাউবা,কোঞ্জেং লৈকাই শুমাঙ লীলাদা ফাগি পুবা মোং হাদবা ফাগি ব্রাফম অমা ঙাঙথোকপদা মশানা নোক্তবা ঙম্বা তোপ-তোপ্পা ফাগী পুবা মীশক।

(১৩)শ্রীশগোলশেম তোম্বী,মযাং ইম্ফাল শুমাঙ লীলাগী জগৎতা লমদমসিগী মীযাম্মা শকখঙনববা মীয়াম্মা কাউনদ্রবা লাই থবোই, য়োংচাক মকুগী লীলা।

(১৪)শ্রীকৃষ্ণমনি উবিপোক্তা মশাগী চহী ৭।৮ দগী খূবাক ঈশৈ হৌবক্লগা শুমাঙ লীলাগী সংসাবদা কখোকপগা লোযননা নুপী শাবী অমা ওইনা মনিণপুবগী কাচিন-কোযা থুংনা শকখঙনববা য়াম্মা ঈং তপ্পা মোং হাদনা অফ-ফত্তবা বোল কয়াদা শুমাঙ লীলাগী অচৌবা শকক যাবীবম্বা।

(১৫)মৈস্ত্রাও,লাইমযুম ইবোতোম্বী শর্ম্ম, থোইদোক-হেন্দোক্লা মীযাম্মা আবিবখান লীলাগী বীবসিং শাবা ।

মপূং ওইনা লমদমসিগী শুমাঙ লীলাগী অচৌবা থৌদাং যাবিবম্বা মীয়াম্মা শকখঙনবা লীলাবোই কযাগী মত খদীংমক মপূংদা খেন্নবা লৈতনা মশা-মশাগী মত ফোঙদোকপদা চম্মা লৌশিং খরনা শুমাঙ লীলাগী মশক কয়াবু মশাগী তোঙান-তোঙানবা মত পীবকই। লমদমসিদা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিবু য়োকখৎপা পামজবা ওজা গুরু ৫০।৬০ গী মত হকথেংননা হন্না হন্না উনজদুনা

ৱাবী শান্নবদগী ফংলকপা ফল কয়াদগী খোমজিনবা ৱাফম ঙাক্তনি। মতৌ অসুম্না মীয়ামগী মত লৌজবগা শুমাঙ লীলা হায়বা মমাংঙৈদগী লৈজবক্লবা মৈতৈ ঐখোয়গী তোপ-তোপ্পা কলাসিবু হৌবক্লিবা চাওখৎলক্লিবা কয়া খবদং ময়েক শেংনা ফংজবকপা ফল অদু ঙসিগী মীয়ামদা তুংগী ওইনা খন্দুনা নৈনজবনি। মণিপুবগী ঙসি চৎনবক্লিবা শুমাঙ লীলাগী মশক- মওং কয়ানা চহী খবগী তুংদা ইশাগী ময়েক শেংনা লৈজবক্লবা শুমাঙ লীলাগী মশক অসি মাঙখিগদ্রা হায়বা ৱাফম অমা ঙসিগী ঐখোয়গী মাঙদা ময়েক শেংনা উবক্লে মসিমক মীয়াম্না কলাকাবশিংনা শুমাঙ লীলাগী মশক অসি কাযদনা লৈহৌনবা খম্থমিন্নবগী মতম ওইবে। ঙসিদি মমাংঙৈগী শুমাঙ লীলাগী মশক ঙম্নমক মাঙশিল্লক্তুনা ঐখোয়গী চহী কয়াগী মমাংদগী মওং-মবিল নীতি পবম ঙাক্লা খাঙজবক্লবা কলাসিবু মপাল লমগী ইৱাই ইনিলদা ঈথক-ঈবাংদা অখণ্ড অহৈ শাবা খবনা নাকোইননা ওইজবা খবগীদমক ইবল অশেংববু মাঙহন্নবগী মচাক কয়াসু লাক্তবা নত্তে।

মসিমক ঙসি মীবোলসিনা য়েৎনবা লৈতনা য়ানববা শুমাঙ লীলা মৈতৈ ঐখোয় গী মাঙদ্রবা ইবলনি । অসিগুম্নবা পৃথিবীদা তোপ-তোপ্পা মফম অমা কন্দুনা লৈজবগদবা কলাসি ফাগি লীলাদগী ওইবক্লিবনি হায়বসি ময়েক শেংনা ঐখোয়গী পুৱাবিদা লৈজবম্মী । মসিবু ঙসিগী তোঙান-তোঙানবা স্কুল খবদগী হৌবকপা অখণ্ড-অহৈ শাবা খবনা নাকোইননা পুখোক্তুনা অশেংবা ঐখোয়গী ইবলসিবু মিতৌ তমদুনা ওম্থোক্লবা হোৎনবক্লিবনি কনবগী মতৌ তাই ।

মতাং অসিদা য়াম্না মুন্না খন্ননবগী মতম ওইবি । শুমাঙ লীলা যাত্রাৱালী ডাইলোগ লীলা, ঈশৈ লীলা, ইপোম লীলা, কবম্না লাকখিবা কবম্না ওইবকখিবা হেন্না কৃপ্না থিজিনবগী মথৌ লৈ । মতমগী য়াওন্দা ঐখোয়গী লৈজবম্নবা ইবলবু মাঙহনবা হাযবসি ঐখোয়গী মাঙজবনি। মাঙখিবা লন ইবল অমুক থিগৎমিন্নবা মতম ওইবি ।

শুমাঙ লীলা কলা খুদীংমক্তগী য়াম্না লায়না লৌবা য়াদে । হায়বসি অমুক্তং হেন্না মনুং হুনজিন্না খম্থবা মতম চঙই । শুমাঙ লীলা হায়বসি তবাই-তবাই খন্দোক্তুনা ঙসি অখণ্ড-অহৈ শাবশিংনা পুখোকপা অসি খম্থবা মতম ওইবে ।

শুমাঙ লীলাগী তোপ-তোপ্পা মশক লৈজে । শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবী , শুমাঙ লীলাগী হিবো,শুমাঙ লীলাগী ফত্তবা শাবা ইচম চম্না মীশক অমনা হেক্তা শাবা য়াদে । শুমাঙ লীলাদি মায়কৈ মবিগী মীয়ামগী মীৎযেংনি । শুমাঙ লীলাদা তৌশিন্নবা শেমজিন-শাজিনবা খক য়াদে । কলা পূম্নমক্তগী শুমাঙ লীলানা খ্বাইদগী লুই হায়নিংই । মবমদি :

১. শুমাঙ লীলা হায়বসি মায়কৈ মবি মীয়ামগী মীৎয়েং মনুংদনি ।

২ শুমাঙ লীলাগী হিবো হিবোইন মশানা ঈশৈ শকপা হৈংগদবনি ।

৩. শুমাঙ লীলাগী ফত্তবা শাবা মশানা ঈশৈ শকপা হৈংগদবনি ।

৪. শুমাঙ লীলাগী নুপী শাবী মশা মশানা ঈশৈ শকপা ঙমগদবনি ।

৫. শুমাঙ লীলাগী কলাকাব খুদীংমক মশাগী ডাইলোগ ফাদ্রগা মেনখৎপীনবা কনা অমা লৈতে ।

৬. শুমাঙ লীলাদা তৌশিন্নবা য়াদে অশেং অশেংবা মশক উৎকনি ।

মবম খবসিনা লোইবা নত্তে । শুমাঙ লীলাদি অতৈ কলাদগী তোপ তোপ্পা মশাগী নীতি নীয়ম লৈজে । ড্রামা সিনেমানচিংবা কয়াগী মওং মতৌ তোপ তোপই। ঙসিগী শুমাঙ লীলা অসি মমাংঙৈগী লৈজবক্নবা শুমাঙ লীলা মওং থুগাইবকপগী অহোংবা কয়া মীয়াম্না উনবে । ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাগী ঙসিগী মউং অসি ভাবতকী মপাল লমদা অমদি মণিপুবগী মপাল লমদা উৎলুবদা মীনা নোক্নিংঙাই কয়া লৈতবা নত্তে । তশেংনমক ঐখোয়গী অহল লমনশিংনা থম্বীবম্বা লীলাগী মউং চাউনা কায়বে । মীগী মিতৌ তম্লদুনা মণিপুবগী বাংমদা উৎলুবদা সিনেমাগী মওং ওম্থোবকপা মসিমক চাউনা অকায়বা অমনি হায়নিংই । ঐগী ইমা মশক থিবীদু অদুমক লেঙদনা থম্লবতদা ঐগী চাউথোকচনিঙাই নৎত্রগা ঐগী ইমা মশক থিবীদু মতমগী ঈবাঙদা মতমগী ফিজেৎ,মতমগী মচাক হাপচিন্দুনা ওম্থোকপগী ইকাইনিঙাই কয়া লৈতবা নত্তে । শুমাঙ লীলা, ঐখোয়গী ইবলনি । ঐখোয়গী ইরলসিবু মাঙহনবা হায়বসি তুংগী মীবোলনা কবিনি হায়নহৌগনি । অদুবু ঙসিদি মপান্দা ড্রামাগী থিয়েটরগী লমদা তন্নবা মীশক খবনা শুমাঙ লীলাদা পানশিন্দুনা শুমাঙ লীলাগী তোপ-তোপ্পা মগুন অদু মাঙশিন্নক্নবা হোৎনবীদবা ফৈ ।

মণিপুবী শুমাঙ লীলা হায়না হৌজিক্কী-মীবোলনা খণ্ডনবিবা, উনবিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অসিগা মতম অমদা মমাংঙৈদা শান্নবন্বা শুমাঙগী মশক খেন্নবে হায়বসি অহল-লমন অখণ্ড-অহৈশিংনা মত কয়া কযাদগী খণ্ডবা ঙম্লে। তশেংনমক মণিপুবী শুমাঙ লীলাগী হৌবকফম অসি ফোক থিয়েটবগী মকওইবা মচাকশিংনি, ফোক থিয়েটবনা যোমশীন্দুনা ওইবকখিবনি হায়বসি ডা: শশীকুমাবগী "শুমাঙ লীলা অমদি মসিগী খোঙচৎ" হাযবা মহাক্কী অহানবা তাঙ্ককতা ময়েক শেংনা খুদম চাংদম্লদুনা পীবি। মণিপুবী শুমাঙ লীলা ফোল্ক থিয়েটবগী চপ চাবা মচাক মবি মওং কয়াদগী হৌবকখিবনি।

মসিগী মতাংদা ভাবতকী ফোক থিয়েটবগা ঐখোয়গী ফোক থিয়েটবগা থোইনা খেন্নবা লৈতে হাযনসু লৌবা য়াই। ভাবতকী অতৈ অতৈ ফোক থিয়েটবগী মচাক কযা লৈবগুম্না ঐখোয়গী ফোক থিযেটব হৌবকপগী মচাক কযাসু লৈতবা নত্তে। ফোক থিযেটব অমদা লৈবা যাবা মচাক শুনা লৈ হাযনা লৌবদসু থোইনা কাযদে। খুদম খবদং নীংশিংমিন্নববদা বেঙ্গলী "যাত্রা" অবাং ভাবতকী "থৌতক্কী" বাম লীলা, বাস লীলা নীংশিংবা য়াই।

অদুগা গুজাবাটকী "ভবাই" মহাবাষ্ট্রগী "তামাশা" তামিলনাদুগী "থেককোটু" কনাটকাগী "থকশাগনা" মবম অদুনা মণিপুবগী শুমাঙ লীলাসু ঙসি ফাওবদা য়াম্না কূপ্না হৌবকফম থিকবদা ফোক থিয়েটব হায়বসি মমাংঙৈগী য়াম্না চাওখত্রিঙৈগী মীওইশিংনা মতম মতমদুদা পাঙথোকপা লাইনিং লাইশোন, থৌনি পূজাগা য়াম্না মবী লৈনবা জগোই ঈশৈগা তৎন-থানদবা (Ritualistic dance and music) হৌবকপনি।

শুমাঙ লীলা হায়বসি ঙসিগী মীয়ামগী পুন্সিগা হেন্না নক্কবা মবী লৈনৈ। মবম অদুনা চহি কযাগী মমাঙদগী ঙসি ফাওবা মশা মবেং শন্দোক্তুনা হিংদুনা লৈবা ঙম্লিবনি। শুমাঙ লীলাগা ঙসিগী হোংলক্কইবা পুন্সিগা থোইনা লাপ্নবা লৈতে। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা হায়বসি খুদক খুদক্কী ঙসি ঙসিমক্কী মীয়ামগী পুন্সিদা থেংনবিবা অৱাবা নুংঙাইবা, অকিবা, সমাজসিদা মায়য়োক্লবিবা সমস্যা কয়াবু শুমাঙ লীলাদা থেংন-থেংনদুনা শাগোম্ননা লাকই। মবম অদুনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসি মশা খীংবা তগৎ-তগৎ তেক্লা ঙসিমক হিংবা ঙম্লিবনি। মপূং

ওইনা শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসি মতমদূদগী লাইবিক হৈবা হৈতবা নুপী অঙাং অহল নহা লাইববা ইনাকখুনবা খায়দনা জাৎ-বীজাৎ ধর্ম্মদা খেন্নবা থমদনা খুঙ্গং সহব, চীং-তম খায়দনা য়াম্না নিংখা তন্না মওংদা উৎপা পার্কোমিং আর্ট ফোর্ম অমনি । শুমাঙ লীলাদা য়াওবিবা মগুণ শাফূ অতৈ অতৈদা য়াওদে হায়বা য়াই । শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিগা অতৈ অতৈ আর্টশিংগা খক চাংদম্নবা যাবোই। শুমাঙ লীলাদি তোপ-তোপ্পা মচৎ অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লাক্লিবা ঈচেলদা অতাবা, অউবা অয়েংবা মীয়াম্না পূংজা খব মীকুপ খবদং ঙাইহাক নোকপা রাখল নুংঙাইনবা অউবা অয়েংবশিংদা রাখল খলহনবা পূম্নমক থৌদাং কয়া য়াবা ঙস্মী । মণিপুবী শুমাঙ লীলা হায়বসি য়াম্না ঙনবা মতমদগী লৈবক্লে হায়নবা কয়া য়াওবক্লবসু অদুগী চপ চাবা খূদম চাংদম সাইন্টিফিক ওইবা প্রমান লৈতবা মবম্না মপূং ওইবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী (১৮৫০-১৮৮৬) অসিদগী দুর্গা পুজা ঈবাৎপা রাবীগা কবী লৈননা হৌদোকফমনি । রাফম অসি ঙসিগী মীয়াম্না য়ান্নববা খঙনববা ঙাক্তনি । মরম অদুনা শুমাঙ লীলাগা মীওইবগা , মপূং ওইনা মণিপুবদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈমীন্নবিবা মীয়ামগা হেন্না মবী লৈনৈ । শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসি ঙসিগী মীয়ামগী পুন্সিগী থৌদোক রাথোক, অরা নুংঙাই পুম্নমক মতম মতমগী পোথানবা ওইনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা শানদুনা মীয়াম্না য়াম্না পাম্নানা লাক্লি ।

ঙসি ফাওবা শুমাঙ লীলা উৎলিবা, শুমাঙ লীলা ইবশিংনা পুথোবক্লিবা লীলাগী মওং নৈনবিবশিং অসি হৌজিক্কী ঙসিমক্কী সমাজসিদা থেংনবিবা অরাবা থৌদোক নুংঙাইবা কয়াদা য়ূম্ফম ওইবগা লীলা ওইনা মীয়াম্না শক্তম অমা ওইনা উহনবনি । হৌজিক্কী সমাজদা থোক্লিবা মীহাৎ-মীপূন-মীফাঙ্‌শেনজা-থুমজা,অবোল-অফোং, মনুং-মপান ওইবা মশক পূম্নমক শুমাঙ লীলাদা মযেক শেংনা মপুং ফানা উহনবা ঙম্না সমাজ শেংদোকপদা অনৌবা পাঙ্গল লৌশিং কয়া উহল্লী । ঙসি শেঞ্জাও পাযবশিংনা লাযববশিংবু মীওইনা খন্দদুনা মসিদা মায়য়োক্লবিবা অরাবা, খুদোংথীবা দশা হৌজিক্কী পুলিস কমান্দো, মন্ত্রী সিফাই কয়াগী মীওং মীনৈ , মী ফাগ্রগা মফম খঙদনা মাঙহনবা , মথোঙ হৃক্তবা কয়াগী চখবককইবা শেঞ্জা-থুমজা, নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎ নমজা-নমথেক্লবা

## মণিপুরী সাহিত্যগী মণ্ডলান

যেংহৈ-তাহৈদ্রবা তাবদা তুজুংবা পোকপা, ফাগি মাল্লবা অশেংবা মীযাম মমাঙদা থোক্লীবা থৌদোক ৱাথোক কযাবু অঙম্বা শক্তি পায়বা নোংমৈ পায়বশিংনা শান্নবীবা মথোং হুক্তবা ৱাবী কযাবু মীৎমাঙদা ময়েক শেংনা উবা ফংই । মসিগী মতাংদা ঙসিমক মণিপুবগী মীয়াম্না নুংথিল পোবোপ্তা ইম্ফাল মনুংদা থোকখিবা মীহাৎ কযা শুমাঙ লীলাদা ময়েক শেংনা উহনবা অসিনী । খুদম খবদং পঞ্জববদা, ডা·শশীকুমাবগী যোৎকী খুজি, তোবর্বান ৱাংমা, চনা লুখোযগী ঈগী নোং, বাজেন তোইজাম্বগী ফাদোক, দিনেশ তোংব্রমগী বিভোলুসন, এনজি মোহেনগী ঈখেংলক্ত মোমোন মীনোক, কিবন মৈতৈগী ঈ তৈববা পৃথিবী, বঞ্জিৎ নিংথৌজাগী গুসমোগী খুদোল, লিদিসিগী গুলাপ নচিংবা ঙসিগী নোংমৈ বোম তোপনা মীওইবা জাতিগী মবক্তা নুংশিনবা অপৃনবা শক্তমদা শীংনবকপা কযা, লানহৌবগী ঈবাঙদা অৱাবা চৈথেং নংলবা কযাগী মশীং খঙদনা অৱাবা নংলবা মতমসিগী মণিপুবগী চহি খবসিদা থেংনবিবা কযা লোযননা মণিপুবগী ৱাংমদা থোক্লিবা ভাবতকী , পৃথিবীগী মফমশিংদা থেংনবিবা, থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক,মীহাৎ-মীপুন তমথিববা মীওৎ মীনৈ ঙসি শুমাঙ লীলাদা ময়েক শেংনা উৎতুনা হৌজিকহিংলিবা মীপৃম খুদীংমক্কী মফমদা ভাব তাহল্লিব' শুমাঙ লীলাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমনি । ঙসিগী পৃথিবীগী মীযাম্না ময়েক শেংনা উহন্দুন অনৌবা পূক্লিং লৌশিং জ্ঞান কযা ফজনা পীবিবা শুমাঙ লীলাগী মগুননি । শুমাঙ লীলা হাযবসি ঙসিদি নুমিৎ খুদীংগী ফোঙনবিবা পাউচেশিংদগী হেন্না ফবা খৃৎলাই অমা ওইবে । শুমাঙ লীলা কলাকাবশিংনা ঙসিগী মীযামগা শক্ক-শক্ক উন্নদুনা মীৎমাঙদা শক্তম ওইনা থৌদোক-ৱাথোক হকথেংননা নুপী-অঙাং লাইবিক হৈবা-হৈতবা কযাবু অনৌবা পূক্লীংগী জ্ঞান ফজনা পীদুনা ভাব তাহনবদা থবক ওইনা মীযামগী মীৎমাঙদা শংশংনা উনবসি অনৌবা অচৌবা অহোংবা অমনি । নুমিৎ খুদীংগী ফোঙলিবা খববশিংদি লাইবিক হৈবা ইবা পাবা ঙম্বা মীওই খবখক্কী উপার্যনি । মসিগী মথক্তা শুমাঙ লীলানা পীবিবা খুদোংচাবশিংগা চাউনা খেন্নবদু মীযাম্না ময়েক শেংনা খঙনববা ৱাফম অমনি ।

## সীতাবু বামনা বন্দা থাদোকখিবগী মবম তাকপা শৈবেং অদু উত্তৰ বামচৰিতমদা মীংয়েং খবদং

সীতাবু বামনা থাদোক্লমদাইগী মতমদা যাওবা(নাটক অসিদা) শৈবেংশিং অসি ঐখোযনা মখাদা পিবিবশিং অসি ফংই। শৈবেংশিং অসিগা কোন্ননা যাওবিবা মনুংগী ভাবশিংসু মচা খাযনা নৈনবি -

১বা শৈবেং -

| | |
|---|---|
| "হৌনদবা থবক্লা | চন্দাল ওইবা ঐহাকপু |
| থাদোক্লোনে অপঙবি ' | চন্দন পান্নীনি খনবোই' |
| যেৎলুবগা মঙোন্দা | শিগদবা শোযদনা- |
| হূ পান্বী অদুদদি | যেৎলুবেদো নহাক্লা ॥৪৬॥ |

দুর্ম্মুখগী পাউদগী বামনা মথম্মোইনা যানিংলবসু মপুক্লীংদা খোইদাববসু তঙাই ফদনা থাদোকপা তাবম্মী। থাঙ্গৈশেংনমক্তি বামনা সীতাবু চিংনবমদে অগ্নিগী অকনবা পৰিক্ষাদা শেংলে হাযনা প্ৰমান তৌখ্রবী সীতানি। অসিগীসু মথক্তা মাগী গর্ভদা শেংলবা ৰঘুকুল সন্তানগী মমি তমখ্ৰবী সীতানি। অদুমকপু ৰঘু শাগৈগী ওইনা মপা মপু হাক্তক্তগী প্ৰজাগী পেন্নবা তৌবদা মীযামগী মনীং থুংনবা হোৎনবদা অমসুং মশাগী ব্ৰাশক হাযবদি সত্য ঙাক্লবগীদমক্তা নিংথৌ ওইবগী নুংঙাইবা ফাওবদা থাদোকপা হাযবসি চৎনবকই। মবম কযামকম অসিদগী বামনা মহাক্কী থৱায ওইবিবী সহধর্ম্মীনি সীতাবু নুংশিববসু নুংশিনা দেশবাসিশিংগী নীংবা থুংহন্নবগীদমক্তা প্ৰজাগী পেন্দবা খোল্লাওশিং নেমখিনবগীদমক্তা থাদোকপা হাযবসি তঙাই ফদবনি খন্দুনা লক্ষ্মনদা মতৈমবু

বন্দা থাদোকউনবগীদমক্তা দুর্ম্মুখগী মফমদা লোন্না পাওমেল্লকই। মথক্কী শৈবেং মতেক অসিনা তাক্লিবা অর্থদি সীতানা মতম কুইনা মনাওনুপা লক্ষ্মন অমসুং মপুবোইবা বামগা লোযননা চিত্রদর্শক তৌরুবদা চোকথবম্মী অদুগীসু মথক্তা গর্ভপতি ওইবা মশা ব্রাইসু শংজদ্রবিনি। চোকথববা হকচাংবু ঙাইহাক পোথানবগীদমক্তা বামগী পান্বোমথক্তা মোল্লাং ওইনা থাঙদুনা তনৌববী মখুৎনা বামগী ঙকশমদা কোঞ্জদুনা নীংঙাইবা লৈতনা তৃপ্নি। অদুবু দুর্ম্মুখগী পাউদগী সীতাবু থাদোকপা তাবনা অমুকহন্না মথানুংদা সীতাবু থম্মিংলবসু থমফম থোক্রুবনি খন্দুনা তপ্না-তপ্না সীতাগী কোক থাঙ্গৎতুনা পান্বোম চিংথোক্তুনা মথক্কী ব্রাহৈশিং অসি প্রমান তৌদুনা হাযবনি।

মতাং অসিদা বাম মশামক্তা মশামকপু চন্দাল ওইনা লৌগনি। মবম্মদি মহাক সীতাগী মপুবোইবা ওইবদা মতিক চাদ্রবনি মানা শেংলবা সীতাবু অদুগীসু মথক্তা রঘুকুল সন্তান মমি তমখ্রবীনি। অদুবু মীযাম্না ঙাঙনৈ হাযদুনা থাদোকপদি হৌনদবা যাম্নমক তেনমনবা থবক্কি। অসিগুম্বা হৌনদবা থবক অসিদগী মহাক চন্দাল ওইবে হাযনা লৌবী। অদুগা মবম খঙদনা মবাল লৈত্রবী সীতাদি মাবু লুনা তৌর্বিববা মপুবোইববু উগী মবক্তা চন্দনগুম লৌদুনা মাগী মকাদা সীতানা উবী শাদুনা যেৎচবি। থাঙ্গেশেংনমক্তি বাম অসি চন্দন পাম্বী ওইবোইদৌবে। মবম্মদি মহাক্ত' সীতাবু বন্দা হুন্দোকপীবা তাবি। মবম অদুনা মহাকপু মশানা কংদুনা মাঙলগদবা অর্মনি হাযনা প্রমান তৌবি। শম্না হাযববদা সীতাদি মবাল লৈতে। মবাল লৈবিবদি বামনি অদুনা মবাল লৈববা মাবু থাদোক্লো হাযবা উৎপা উপমা অলঙ্কাব তৌদুনা ইবা কাযনবমদাইগী মশক তাকপা ফজবা শৈবেংশিগী শৈওর্নি। মসিদা হূপাম্বীগা বামগা সীতাগা উবিগা চাংদম্নদুনা শিজীন্নবি।

২ ভুবা শৈবেং -

"বামদা জ্ঞান পীবিবন্নে — অব্রাবা খঙননবগী।
শিব যাবা মফমশিংদা — অব্রাবা পীবা লেঙদবা
থব্রাযশিংনা বজ্রগী — শঙ্কুনা তৌবগুম তৌবি।" ॥৪৭॥

সীতাবু থাদোকপা তাববনিনা হৌজিক বাম হায়নিংঙাই লৈতনা ৱাবে। মহাক্কী থৱাইশিং পোৎথাফম খণ্ডনা লৈবে।মচিন থৌববা বজ্রগী শঙ্কু হায়বা শল মানবা খুৎলাই অদুনা হন্না হন্না থিল্লবগুম থিল্লবে হাযবদু মথক্কী সীতা থাদোক্লমদাইদা হাযখিবা শৈবেং মতেক অসিনা মযেক শেংনা তাক্লি। মথৱাইদগী হেন্না নুংশিজবী সীতাবু বন্দা থাদোকপা তাবেকো খল্লুবদা বামগী মীৎতা সংসাব অসি অকংবা উপাল নত্তনা থল্লবা অমগুম উথ্রে। থাঙ্গৈশেংবমকসু কাযনবমদাই মতমদা ওইবা নাযক্কী দশাদি থোইদোক্লা অৱাবনা থল্লি।

অৱাবতনা থল্লবা বামসু - অৱাবা খণ্ডনবা জ্ঞানদি ঈশ্বৱনা মঙোন্দা পীবীবমই। খুদোং থীববা শিবা যাবা মফমতদা অৱাবা নংলক্লবা বামনি। অশেংবমকসু মাবু যুববাজ হাপ্লকপদগী হৌনা সীতা অমসুং মনাও লক্ষ্মনগা লোযননা চহি ১৪ বন্দা অদুগী মতুংদা লঙ্কা বাবনগী মখূত্তগী কন্ননবা অৱাবা কযা মৈগী কুন্দদা মীযাম্না চিংনববী সীতাগী চাংযেং পূম্নমক অসিগী মতুংদা হৌজিকসু অমুক অৱাবা ফংলি। অৱাবা কযামকম অসিদগী মহাক অসি ঈশ্বৱনা অৱাবা খাণ্ডননবা জ্ঞানতমক পীবিবল্লমাল্লে হাযনা খল্লি। মহাক্কী লেঙদবা থৱাইশিংদি বজ্রগী শঙ্কুনা তৌবগুম ৱাবে হাযনা কাযনবমদাই পূংজাদা বামনা ৱাহৈশিং অসি হাযবি।

৩ শুবা শৈবেং -

"তৌবীমলদি খণ্ডদবা ঐনা মমীং পনবদা
মহাত্মাশিং পূম্নমক পাপ পকথ্রবোই খল্লিদো ॥৪৮॥
থৌজাল লৈতবা ঐহাক্লা। ইথবাক্তা মোন খাঙদুনা
তৃষ্ণীবী যূম্বু লৈতেংবী মৃক্তুন হোনবা অশাংবা
নুংশাশ্বনা চোংলবা থা শুববা গর্ভনদি
মশা লুম্বী গৃহিনীবু থাদোক্লগা চিঞ্জাককুম্না
শা কৈনচিংবগী মফমদা হুনবগুম হুনবা তাববনি॥৪৯॥

জ্ঞান তাবক্লবা বামনা কায়নবমদাই মতমসিদা অদুগুঁ সীতা উদ্ধাব তৌগুঁদা মতেং পাংবীখিবা মাগী মমা মপা শক্লবশিং - মাতা অরুন্ধতি, বশিষ্ট, বিশ্বামীত্র, অগ্নিদেব, দেবী, পৃথিবী অমসুং মকপ মপাংশিং- সুগ্রিবা, হনুমান, বিভিসন, সখি ত্রিজেৎ, পুম্নমক নিংশীংলক্তুনা কৌবকখি। মখোয় পুম্নমক্না সীতা অমসুং বামগী লৈপুনগীদমক্তা অৱা-অনা কযা খাঙদুনা মতেং পাংবীখি। অসুক যাম্না ৱাবীবক্লবা মতুংদা বামনা সীতাবু বন্দা কবিশু লৈতবা মবম অমগী দমক্তা হুনদোক্কদৌবি। অদুর্নদি বামনা মখোইগী মফমদা যাম্না লাল্লে মহাপুরুষশিং অসিবু মমিং পনবফাওবা মতিক চাদ্রে অদুনা মখোযদা পাপ পক্লম্লগদবোই খল্লি।
গর্ভপতী ওইবনা মশা লম্নবী মবাল লৈত্রবী যুমগী লৈতেং ওইবিবী সীতানা ৱাব শ্ৱব থুকনা হেন্দুনা মাগী মথাদা তুম্নিবী সীতাবু থাদোক্তুনা শা কৈনা থল্লবা অসুকপা বন্দা থাদোকপা তাবি। ৱাফম অসিগী থল্লুবর্বাদি সীতাগী উদ্ধাবদা ৱাবিখিবা মহাপুরুষশিং অসি চোপহনবা তাবনি থল্লুবদা বামনা অনুতাপ তৌবি। হেনমল্লবা মবাল অদুগীদমক্তা সীতাগী মখোঙ থম্মাল অনীবু লৌদুনা বামনা মকোক্তা হাপুন' কর্পাখবনি।

৪ শুবা শৈবেং-

"হাদেবী ফিভম অসিদা কবম্না চৎকদৌবি ? ভগবতি।
পৃথিবী ! লমচৎ ফজবী নচা সীতাবু যেংবীযু!
জনক বংশ, রঘু বংশ অনীদা পোকপা খিবিক্লী
মঙ্গলগী মশক ওইবিবী লমচৎ ফজবী মহাকপু
অশেঙবা যজ্ঞ মফমদা নহাক্না পোকপিখীবনি॥৫১॥

মথক্কী শৈবেং অসিদা বামনা সীতাবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রবদা তৌবা মতৌদু মযেক শেংনা উৎখি। সীতাগী সতিত্ব, ফজবা লমচৎ, খুদীংমক্তা বামনা অমমমতা ওইনা শীংথাদুনা হাযবি। সীতাবু যোকপা জনক নিংথৌগী বংশ অমসুং বামনা লৈবিবা রঘুবংশ অনীমক্কী মীনা সীতাগী ফজবা লমচৎ যেংলুবগা মঙ্গলগী মশক্তুম লৌনবি। অসিগুম্বা মবমচৎ ফজববী সীতা অসি অফবা পুংজাদা পৃথিবী মাতানা পোকপীখিবনি অসিনচিংবা হাযদুনা বামগী নিংঙমদবা মতৌদু ফোঙদোক্লি।

## উত্তররামচরিতম নাটকতা লৈরিবা রসকী মশক খরদং

শ্রীভবভূতি গী কলমদগী শীন্থখিবা "উত্তর রামচরিতম" হায়রবা নাটক অসিগী মপৃং ওইবা রসতি করুন বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারনা প্রধাননি। অতৈ শাখারস খরবু মতাং মতাংদা থেংনদরবা নত্তে। নাটক্কী অঙ্কশিংগী মতাং মতাংদা ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা রসশিং অসি থেংনৈ।

**১ বা রস :-** অহানবা তাঙ্কক্তা রামনা সীতাবু বন্দা থাদোক্লমদাইদা ইরিবশিং অসি করুন রসকী চপ চাবা মশকনি -

রাম- "অঙাং ওইরিবৈদগী যোক্লকপী
প্রেম্না পূন্না লৈমিন্নবকপীবু
নমথাক তৌদূর্নদি অশিবগী
মফমদা শিন্নখিবা তাবেদো
শাযোকপনা তৌগুম যোকপা শাদা।৪৫ ।।

পাবদা তাবদা পাঠকশিংগী অমসুং শ্রুতাশিংগী থম্মোইদা থম্মোইশোকপা অমা তত্তনা ফাওহল্লি। রামগীদমক্তাঐখোয়সু মিনুংশি অমা পোক্লকই।

**২ বা রস:-** চিত্রদর্শক্কী মতাংদা রাম সীতা অমসুং লক্ষ্মন রাবীগা লোয়ননা চিত্র য়েংলকপদা রামনা গোদাবরী মপানগী দৃশ নিংশীংলকপদা হায়খিবা রাহৈশিংদা যাম্নমক চংখোল্লবা সম্ভোগ শৃঙ্গারগী মশক অমা যাওখি।

রাম.- "মতমদুদা ইরানীগী
চূবা চূবা থেংনবক্মী। ইপাম্মোম নপাম্মোম
নীনা চেজেৎ কোন্ননা লৈবক্মী ফীভমসিদা অহীং
যুথক লোইখি খঙহৌদে নোংঙানবা" সীতা অমসুং রাম

অনীনা পূন্না কেনা মৌনা অমত্তা ওইনা লেনমিন্নবমই হায়বসি তাবদা থম্মোইদা

সম্ভোগ শৃঙ্গাবগী ঈফূৎ অমা ফাওহল্লি।

**৩ বা রস :** অনীশুবা তাঙ্কক্তা বসন্তীগা আত্রেয়ীগা রাবী শাবকপদা বসন্তীগী রাঙাংদা দণ্ডকাবণ্য গোদাববী মপানগী বর্ননা তৌবকপদা বীভৎস বস খজিক্তং পোকপা শকক যাওবি।

বসন্তী - "উচেক কাঙবু খবনা মচীন্নদি হল্লগা
উগী উকনুংদগী তীন ফাদুনা চিংথোক্লি

রাফম অসি তাবদা খবা খজিক্তং জীব পানবা হাত্তুনা চাবগী হঙ্গোইবা অমা ফাওই। **৪ শুবা বস :** ৩ শুবা তাঙ্কক্তা মুবলাতমসা অনী রাবী শাবকপদা সীতাগী ফিভম তাক্লকপদা বীপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী প্রবাসকী মতমদা ওইগদবা নাযিকাগী দশাদু যাম্ন মক মবীক চুম্না অসুম্না ফোঙদোকই

তমসা - "তাইফেৎ তাইবা চপ্লবা চাযক্নংনদি নীংথিবা
শর্মাজি ইফা ফাববা মাযথোঙবুদি পুদুনা
অরাবগী শক্তমশুম বামগী কাযনা মৈচাক্লা
মশক নাইনা লাকপগুম লাক্লি পঞ্চবটীদা॥৪॥

রাফম অসিদা সীতাগী কুচু তাইফেৎ তাইবা যাঙ কংশিনবা শম যাবা পূম্নমক প্রবাসকী মতমদা নাযিকানা ওইগদবা মর্শাক্লি।

**৫ শুবা বস** :- ৩ শুবা তাঙ্কক্তা বাসন্তীগী রাঙাঙদা বসন্তীনা বামদা পঞ্চবটিগী মফমশিং তাক্লকপদা অদুঙৈগী সীতাবু বাবন্না পুদুনা চৎপদা জটাযুনা মতেং পাংগে হোৎনবদা মথরায মাঙখিবগী বর্ননবু নৌহৌনা নিংশীংলকপদা ভযানক বসকী মশক খব উৎথোকই।

"অশ্বতব লৈবে মাঙদা থাঙনা বাবন যেক্লবনা
জটাযু শকং কক্লগা অশাউ মৈশানা চাক্লীবী
সীতাবু পুবে হাযবগা মবক্তা নোংথাং কৃপ্লবা
নোংগী মতৌগুম্লদুনা মফমসিদগী পাইখৎখি॥৪৩॥

মসিদা জটাযুগী শকং ককপগী দৃশ্যদু নিংশীংবদা অকিবা মচেৎ খব থম্মোযদা ফাওহন্দবা নত্তে।

**৬ শুবা বস :-** ৪শুবা তাঙ্কক্তা অহল ওইববা জনকনা মচানুপী সীতাগী খল্লুবদা হাযবকপা ৱাঙাংশিংদা মখা তানিংঙাই লৈতনা নিংথীববা বাৎসল্য বস যাওবি।

"ইচা নুপী সীতানা — মাবু হুন্দোকপিবদা
মথৌ কনবা অচৌবা — থস্মোয় শোকপা অৱাবা
ফজ্বিবদো অদুনা — ঐঙোন্দসু অৱাবা
অমখক্তুম পীবক্লে — ঙসি ঐগী থস্মোযবু

মপা অমনা মচানুপীগীদমক্তা মথং মথং থস্মোয শোক্লা নুংশিবগী মহাও অমা মযেক শেংনা ফংই।

**৭শুবা বস** ৎ ৪শুবা তাঙ্কক্তা জনক কৌশল্যাগী ৱাবীগী মনংদা জনক্কী ৱাঙাংদা ৰৌদ্রবসাভাসকী খুদম যাওবি।

"ঐনা মতম খুদীংদা — মসি হিংসানি কনবা
বজ্রপবননি খল্লি — লীকং মতেং লৌদুনা
অভিশাপপু তৌদুনা — অশাওবা মৈনাক ঐগী
ধক ধক লাউবা চাকপগী — মতম যৌবে চপচাবা"

জনক্কী অশাওবা বামবু শাওনিংবদু অমুক শান্ত বস অমনা প্রতিবন্ধক ওই।

জনক - "ৰামচন্দ্রদা ঐহাক্লা — লীকং পাযবা শাপ পীবা
অসিমকসি তোল্লগা — ইচাগুম্বা ঐহাক্লা
নুংশিবা বামনি — প্রজাশিংগী মনুংদা
ৱাহ্মন অঙাং অহনসু — নুপী খোঙতেক মিত্তাংসু
যাওবি কযা অমসু — তোকফম থোক্লে খল্লক্লে।।২৪।।

**৮শুবা বস** ৎ ৪ শুবা তাঙ্কক্তা লবগী ৱাঙাংদা বীব বসকী খুদম যাম্না তোযনা যাওই।

লব - অপঙবশা!
"ফবে ফবে কনসনু — কিহন্দুনা কৈদৌনি।
ঐনা ঙাঙদুনা কান্নদে — নখোযগী ফীবাল মুনগনি"।।২৮।।

অসুম্না নাটক অসিগী মতাং মতাংদা বসশিং অসি মফম চানা যাওবি।

নাযক মখলনা বীবোদত্ত হাযবা নাযক মখল অদুনি অদুগা নাযিকা মখলনা লুহোংদ্রিঙৈগী মতম অদুনা পাবকীযা নাযিকানি অদুগা লুহোংখ্রবা মতুং অদুনা স্বাকীয়া নাযিকানি।

দেশ সেবাগীদমক্তা লৈবাক প্রজাগী নীংবা থুঙনবগীদমক্তা থাদোকপা তাবশ্মী। তশেংবা ভাবভুতি কবিনা উত্তববাম চবিতম নাটক অসিদা মহাক্না উৎনিংবা পাম্বদি কাযনবা ঙমদ্রবা অদুগুম্বা বামবু মহাক্কী উত্তবামচবিতমদা মহাক্না লৈবাক প্রজাবু কযাগী মতিক নুংশিবগে হাযবদু উৎননবগীদমক্তা ইবম্বনি।
তশেংনা ভবভুতি কবি শ্রীবামগী মফমদা লৈবিবা সীতাবু নুংশিবা অশি মহাক অঙ্ক অনীদা মযেক শেংনা উৎলে অদুগা মমৈথংদা লৈবাক উন্নবগীদমক্তা হাযবিবা উদ্দেশ্যকাইবনি হাযবিবা মতমদুদা নুপীগীদমক্তা লৈবাক প্রজা কযাগী মফমদা অযাবা কযা তানখিবা যাওদব নত্তে অদুবু শ্রীবাম মহাকসু চঠী কযা সীতাবু বাবননা হুদুনা পুখ্রবদগী অকনবা লান থেংনদুনা পুবক্লবী সীতানি অদুগা বাম সীতাবু পামদবা নুংশিদবদি নত্তে অদুবু উত্তববামচবিতম অসিদা ভবভুতি কবিনা অদুক্কী মতিক নুংশিববা সীতাবু থাদোক্লগা লৈবাক প্রজাগীদমক্তা খন্দুনা চান্নথোইববী সীতাবু থাদোক্লুনা লৈবাক প্রজাগী নীংবা থুঙনবা তৌখি হাযবসি উৎনবগীদমক্তা ভবভুতি কবিনা মহাক্কী অসিগুম্বা অসিনা উদ্দেশ্য ওইদুনা ইখিবা নাটকনি।

**অভিজ্ঞান শকুন্তলম নাটক্কী মতম মতমগী ওইনা বস মখল অমসুং নায়ক নায়িকাগী মবমদা খবদং।**

মহাকবি কলিদাসকী "অভিজ্ঞান শকুন্তলম" হায়না মিংথোনবা নাটক অসিগী মকওইবা বসতি শৃঙ্গারবনি। শৃঙ্গার অসিমক্তদা সমভোগ শৃঙ্গার অমসুং বীপ্রলম্ভ শৃঙ্গার অনীমক মযেক শেংনা যাওই। অসিদসু নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা বস কযামকমসু নাটক অসিগী তাঙ্ককশিংগী মচি-মচিদা চাইথাযদুনা লৈবস্ থেংনদবা নত্তে।। বর্সাশিং অদু মখাদা মচা থাইনা নৈনবি।

**১ বা বস:** অহুমশুবা তাঙ্কক্তা যাওবিবা শকুন্তলা অমসুং রাজা অনীগী অচীকপা কনা তাদ্রবা ব্রাবিশিংদা মাথা তানিংঙাই লৈতনা নিংথাজববা শৃঙ্গার বসকী মশক অদু উৎথোবকই। প্রেমিক-প্রেমিকা অনীগী নুংশি ঈথৌ লাংনববা থম্মোয অনীনা অমগা অমগা পুবর্ববাগগী মতাংদা ইকাই নুংশি উৎনবা অমসুং পেন্নাযদ্রবা থম্মোয অনীগী অবোইবা কামগী চৈথেং অদু রাজা শকুন্তলাগী ব্রাবিশিংদা খুবক হাঙদনা যাওই। রাজানা শকুন্তলাগী থম্বৌ খুজিবু মফম চানা শিজীন্নবীনবা নুংপাক অমগী নাকল্লোমদা চঙশিল্লকই।"রাজা -" (শকুন্তলাগী মখুৎ পাযবগা) খুৎ অসি পাযবদি ওন্থোক্ল। নুংঙাইদা ' মহাদেবগী- অশাওবা মৈনা চাক্তুনা কেনখ্রবা কাম উপানগী যেন্নীং অসি চোংহনখ্রে অমৃত নোংনা থীক্তুনা ।।৩০।।" "শকুন্তলা - (হবাও তুজুং উৎলগা) আর্য্য পুত্রা'পবপ পবপ্পা অসুম্না নাযক নাযিকা অনী অসিগী ব্রাবিদা সমভোগ শৃঙ্গারবগী মখা তানিংঙাই লৈতনা বস অদু ভাবুকশিংদা চুপহল্লি।

অমুকসু মফম অসিমক্তদা

বাজা "নীংথিবী কবিবু তেংবাংগদবগে- ?
মাযথোংগী নুংশিবা মনমসু ফংজবসিনি তেংবানবদি
থম্বাল লৈনম নম্বনা খোয়মুগী অপেনবা ওইবনি।
"শকুন্তলা (মোমোন নোক্তুনা) পেন্দ্রগা কবি তৌগনি।"
"বাজা - অসি ঙৌই। (চুম্বল তৌগে হোংনৈ)।"
শকুন্তলা - (মমাই খুমই)।"

কযাদা মপুং ফানা ইখৌলাংলবা প্রেমিক্কী থম্মোইনো কাম্না ঙাওববা বাজানা অমসুং প্রেম্না লোন খোক্তবী শকুন্তলাগী নুংশি লীলা অসিদা পাঠকশিং অমসুং ভাবুকশিংবু সম্ভোগা শৃঙ্গাব বস মহাও শেংনা পীথকই।

**২শুবা বস** - ৪ শুবা অঙ্কদা যাওবিবা শকুন্তলানা মতাশিং অমসুং মপা কন্ব মনিব্ থাদোক্তুনা বাজাগী মনাক্তা চৎলমদাইগী ব্রাহৈশিংদা যাম্না থম্মোয শোকপা পুক্রিং নুংশিবকপগী ঈফুৎ অমা ফওহল্লি। শকুন্তলানা ইরু-মাইথজবা লোইববা মতুংদা -

"মতা অনী - (যম্রগা) ঈতা ! চুম্না (তিংন) লেপ্পু মঙ্গল ওইনবা • শদা পোৎলম খব তৈবী নানবীগে।" "শকুন্তলা - সি মহাক ঐহাক শকখংনববা থবক্রিদি হাযববু লুনা তৌজগদবা অমনি, মবমদি ইতাশিংগী মখুৎনা ঐবু অসুম্না অমুক শেম্বী-শাবিবগদবা লৈত্রবনি। (অসি হাযবগা কপখি) "

অঙ্ক অসিমক্কী মতাং অসিমক্তদা-
কন্ব - (ব্রাখল তৌবগা)
"ঙসি ঈচানা চৎঅগনি খল্লুবদা পুক্রিং তথুকই
তাবকপা থিংদুনা মহোৎনৈ লাক্তুনা কৌবিদা মথৎলি
পোংকী মশক খঙলক্লে মাগী ব্রাখনমক্তন
ঐ মক্লবু অসি যৌববদি যুম্বালবশিংদি কবম তৌবা।।৮।।
অঙ্ক অসিক্তদা -

"প্রিযম্বদা - কাযনগদবগী ব্রাবদি নথন্দ নত্তে, তপোবন অসিবু নহাক্কী খাযন মৈশা লাংগনি ফীভম অসি অমুক্ত যেংউ- শজি অমোমনা মচিন্দগী শজিক খুদাপ ওথোক্লে।

ব্রাহোংনা জগোয শাখিদ্রে উবিনা মপি তাবগুল্লি
অবিবা মনা কেনবদা"

"শকুন্তলা - ইচে মাধবী নতাগা পাউমেন্নজকখিগে।" কযাদা নুংশিবা ককনা বসকী ঈফুৎনো কন্ব মুনিগী মচা নুংশিবগী মবক্তা থম্মোয শোকপা পুক্লিং নুংশিবকপা সহানুভুতি অমগা শাগোন্নদুনা বাৎসল্য অমসুং মকুন বসকী তশেং তশেংলবা মশকক অমা উহল্লকই। শকুন্তলাগীদমক্তা শজিনা শজিক চাখিদ্রে ব্রাহোংসু জগোয শাদ্রে উবিসু মপি শিন্থখ্রে। প্রকিতিগী পোৎক ফাওবদা শকুন্তলাবু পাওমেল্লক্লিবা মতৌ অসিদা কনাগী থম্মোইদা ককনা বসকী মহাও ফংলোইদগে?

**৩শুবা বস:** শকুন্তলাবু বাজানা শকখংদে ঙাকপীবক্লবদা শর্ঙ্গববগী ব্রাঙাংদা বৌদ্রদসভাসকী মশক অমা যাওবি। "শর্ঙ্গবব - তাও ব্রা হাযগে।

মহাবাজগী যাথংনি শোযদ্রবদি কবিগুম্বা
শাগৈগী মৈতান অসিবী নঙনা কবি তৌনগনি
লাঞ্জদবী অমনি থল্লবদি নশানা
নপুবোইবগী যুমসিদ মীনাই লমচৎসু মতীক চায।।৩০।।
লৈহৌবো, ঐখোযদি চৎলগে।

**৪শুবা বস:-** ৬শুবা অঙ্কদা বাজানা ঙাগী মনুংদগী শকুন্তলাদা তৌখিবা নিংশীং খুদোল খুদোপ ফংলকপগী মতাংদা নিংঙল্লক্রুবা বাজাগী থম্মোযনুংদগী বীপ্রযম্ভ শৃঙ্গাবগী মখা তানিংঙাই লৈতনা নিংথীজববা বসনা থল্লবা ব্রাহৈ কযা থোবকই।

"বাজা- অসুক লানবা থবকপু কনানা তৌবা হৌনবগে বন্ধু।
মঙোন্দা লূপখ্রবা থম্মোযনা
মশক উজবর্গা নুংঙাইবা
তশেংনা ফংজবম্বনি।
কবি তত্তনা নহাক্রা
নিংশীংহল্লক্রুনা হৌজিক্তি
অযেকপদা ফাওহল্লেদো।।২৪।।

(অসি হায়দুনা পি তৈথোকই)

অমুক্কা-

"বাজা - লোইনাইদবা অৱাবশিংসিবু কবম্না খাঙ্গনি বন্ধু !

তৃম্ব যাদবা মশক্তো মঙদা উগদববু উখিদ্রে।

অযেকপা শকফম অসিসু পিনা উহনখিদবে।।২৫।।

অসুম্না বীদাইগী মতমদা ফংবা প্রেমিক অমগী কাম দশাশিং অদু মযেক শেংনা যাওহন্দুনা বীপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী বস অদু ভাবুকশিংদা পেন্না পিথকই।

অসিদসু নত্তনা বিদুষক্কী ৱাহৈশিংদা নোক্লিংবা পোকহনবা হাস্য বসকী শৃদর্মশিংসু মবক মবক্তা থেংনদবা নত্তে।

"বিদূষক-

লুবিববু হৌজিক চাযকংদা অমা পোমথোক্লক্লিবসিনি অনী খাঙবদা ৱানা থোকই।

"

মথক্তা পীবিবা বসশিং অসিনি ঐবোযনা কালিদাসকী "অভিজ্ঞান শকুন্তলম"দা ফংবা।

# মনিপুরী সাহিত্যগী মতলান

## জননেতা ইবাবত
## পুন্সি অমসুং মাগী সাহিত্য

**জননেতাগী পুন্সি :** খৃঃ কুমঃ ১৮৯১ গী খোংজোম লান্দা মণিপুবগী নিংতম্বগী নুমিৎ এপ্রিল ২৫, ১৮৯১ দা লোইখ্রে। মনিপুবগী লৈঙাক সাসন পূম্নমক পুননবগীদমক মেজব মেক্সরেলবু মণিপুবগী পোলিটিকেল এজেন্ট অমা ওইনা হাপখ্রে। মতম অদুগী মহাবাজ কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গালনচিংবা কযাবু বৃটিসকী মথক্তা লাল হৌবগী মবাল শিজীনবীদুনা অৱাবা কযা তাখ্রে। মনিপুব হান্না নীংতমজবা জাতি অমনি। বৃতিস সাসনগী দন্দিগী মখাদা টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থাঙ্গালবু ফাঁসি তৌদুনা ফৈদাবূংদা হাংখি। বৃতিস সাসনগী দন্দি অসিদা মতমদুগী প্রজা সেক্সন খুদীংমক্লা পেন্দবগী চৈনাখোল অমদি মীযামদা যাওবম্মী। মণিপুব প্রজাশিংগী থম্মোযদা বৃতিসকী ৱাযেল থৌদাবু কনা অমত্তা পেনখিদে। অসিগুম্বা শুপ্নম সাসনগী লৈঙাক অসিদা মীযামগী নীংতম্বা মাঙখিবগী নুংনাংবা কযা প্রজা মীযাম্না মাযোক্লখি। অসিগুম্বা বৃতিস সাসন অসিগী নুংঙাইতবা নীংঙমদবা কযা মণিপুবগী মীযামগী থম্মোযদা ফুমদুনা লাকই। অসিগুম্ব। মীযামগী লুববা চিববা মতাং খৃঃ কুমঃ ১৮৯৬ সেপ্তেম্বব ৩০ দা পিশুম ওইনাম লৈকাই, ইম্ফালগী য়াম্না চম্বা ইমুং অমদা ইবাবত পোকই। অপোকপা অপোকপীদি হিজম ইবুংঙোহল অমসুং চোংথাম চনু থম্বালঙম্বী (থম্বালঙাংবী) নি। অপোকপা অহল নৌনা কাযনখ্রে। অপোকপী মমা ইবেম্মনা পুদুনা ইবাবত, সৌগাইজম ওংবী মনে ইবেম্মা ইবেতোনগী নাক্তা

*(মোইবাংখোম সৌগাইজম লৈকাই) লৈখি। নৌনা অপোকপী মমাসু কাযনখ্রে।* মনে ইবেম্মনা হোৎনবীদুনা মহৈ-মশিং তম্লকই। (মহাক্কী মবমদা মীওই খবগী মত অমনা) ইবাবত অসি হৈৌজিক্কী ফাষ্ট মণিপুব বাইফলসকী মনিং নম্বুল তুবেলগী মনাক্তা কৈশামথোংগী কবুইখুল অসিগী অৱাংদা লৈবম্বা হিজম লৈকাইদা পোকখি হাযবিসিনা অতোপ্পা মত অমনি। ইবাবতনা পোকপা খৃঃ কুমঃ ১৮৯৬ হাযবসিমক মণিপুববু বৃতিসনা খুদুম চন্দুনা লৈবা চহী ৫ গী মতুংদনি। ভাবত অসি বৃতিসনা খুদুম চন্দুনা পূম্নমক্কী মপু ওইখ্রে। অসুম্না মণিপুব বৃতিসকী মখা পোনখ্রবা মতুংসিদা লমদমসিগী মীযামগী থম্মোযদা পেন্দবা নুংনাংবগী ঈহৌ অমা অতৎ-অখম লৈতনা প্রজা সেক্সন খুদীংমক্তা ফাওনবকপা মতম্নি।

ইবাবতকী পুন্সি অৱাবা খুদোংথিবনা মপূংনি। মনেনা হোৎনবীদুনা মহৈ তম্বগী লম্বীদা চঙশিল্লকই। মহৈ-মশিং তম্বা মতমদসু অফবা মীশক অমা ওইনা হৌবকই। অসুম্না জোনস্তোন স্কুলদা ক্লাস সেভেন ফাওবা তম্লগা মখাদি খৃঃ কুমঃ ১৯১৩ দা ধাকাদা সৌগাইজম সমবেন্দ্রগী মতুং ইন্দুনা লাইবিক তম্বা চৎখি। মহাক ধাকাদা ক্লাস নাইন ফাওবা তম্লগা মহৈ তম্বগী তাঙ্কক লোইশিনখি। খঃ কৃমঃ ১৯১৫ দা ত্রিপুবাদা অমুক চৎখি। চহী খবা ত্রিপুবাদা লৈৰুই। মশাগী চহীনা ২০ মুক শুবকপা মতাং অসিমক পুন্সিগী অচৌবা তাঙ্কক অমা ওইবকখি। মতম অসি পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতম্নি। ভাবত নিংতম্বা ঈহৌগী অকনবা খোঙজঙ অমগী মতম্নি। অঙাং ওইবিঙৈদগী মীনা লাকচবা যাদবা অচুম্বগীদমক, অতোনবশিংগীদমক যোকখৎচবা মীশক অমনি। মদুগী খুদম মহাক্না জোনস্তোন স্কুলদা তম্লিঙৈগী ৱাবী কযা লৈখ্রে। মহাক্না ত্রিপুবাদগী হল্লক্লগা সৌগাইজমদা অমুক হঞ্জিন্না চঙখিদ্রে। ৱাংখৈদা লৈবা মতমদুগী মণিপুবগী ষ্টেট দববাবগী মেম্বব অমসু ওইবিবা মাইবম শমদেনগী যূমদা লৈখি। ইবাবত মতম চূপ্পা লেম্না থক লৈখিদে। অশংবা মতমদা মীযামগী মবক্তা তিন্ন-তোৎনদুনা মীযামগী অপান্বা অচুম্বা লম্বী থিবতনা মাগী শিম্বা ওইবম্মী। মতম চুপ্পা মবৈবাকপু নুংশিজবা, নিংতম্বা পান্বা মীশক অমগী শক্তম লৌবকই। লমদমসিগী মীযামগী মফমদা থেংনবিবা অৱাবা খুদোংথীবা পেন্দবা কযা যাম্না

কুপ্না থিজিন্দুনা অনৌবা নিংতম্বা পুন্সি অমা পুবক্লবা লেপ্তুনা হোৎনবকই। খৃঃ কুমঃ ১৯২০ অসিগ্রাইদা লমদমসিগী শান্ন-খোৎনবা, সাহিত্য ড্রামা, লমদমসিগী সমাজদা শোথনা লৈবিবা শেল-থুমগী মীৎযেংদা কন্না থিজিনবা হৌবকই। খৃঃ কুমঃ ১৯২২ দা মশামক্লা মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা অনৌবা ঈথিল অমা খণ্ডহৌদনা পীবকই। "মৈতৈ চনু" তশেংনমক লমদমসিগী "মৈতৈ চনু" শিংবু নিংশীংবগী চাউববা খুদোল অমনি। মহাক্না নোংচুপ লোমগী চাওখৎপগী মমি অদু ঐখোযগী লমদমসিদা পুশিল্লকপগী অহানবা শক্তম উৎপনি। অসুম্না মহাক্ন। সাহিত্যগী লমদা মণিপুরগী খ্বাইদগী অহানবা চেফোঙ পুথোকই। সাহিত্যবু লমদমসিদা যাকাইর্বনি। ইবাবত লম খুদীংদা থরায যাওজবা লাক্কদৌবিবা লমদমসিগী পাদম যাম্না শান্না উবা ঙম্বা মীশক অর্মনি। মহাক্তি মীওইপোক্লা অতাঙবনি।

খৃঃ কুমঃ ১৯২৫ এপ্রিল তাং ৩০ দা গোবীন্দজীগী মান্দবতা শান্নখিবা লাইবেনমযুম ইবুংঙোহলনা ইবা ঐতিহাসিক ড্রামা "নবসিংহ" দা মহাক্না কুমুদকী শক্তম লাংদুনা কৃমখি। অসুম্না ড্রামাগী লমদা খোঙদাই । মহাক্কী শক্তম অদুমক মবৈবাক মবমদম্বু নুংশিবা মীশক অমগী শক্তম্নি । থোইদোক হেন্দোক্লা অযেংবশিংনা ব্রাবীনবগী মক ওইবি । মথংদা "অবেপ্পা মকপ" শান্নবকই । অদুদসু চন্দ্রসিংহগী শক্তমদা কৃমখি । ড্রামাগী লমদসু থোইদোক হেন্দোক্লা মীযাম্না শকখঙবা মীশক অমা ওইনা নীংশিংর্নবি । মহাক্না কৃস্না লীলাশিংদা মবৈবাক নুংশিবা, মমা মচা কাযনবগী শক্তম কযাদা শক্তম লাংই । ড্রামাগী বোল কযাদসু লমদমসিগী মীযামগী থম্মোযদা কাউঙমদ্রবা মশক কযা মযেক শেংনা উৎলম্মী । ইবাবত লম কযাদা মণিপুরী মীযামগীদমক্তা শেমগৎ- শাগৎপা কযাগী লুচিংবা অমা ওইনা হনবা লৈতনা চঙশিল্লকই । মবম অদুনা লমদমসিগী লাইবক লেপ্পবগীদমক্তা নহাবোল কযাগী পুক্সিবু শেমগৎ সাগৎপা, মীওইবা জাতিগী অথোইবনি খন্দুনা শান্ন-খোৎনবগী লমদা নহাবোলবু শেমগৎ শাগৎনিংবগী ঈহৌদা চঙশিল্লকই । কাং শান্নবা, শগোল কাঙজৈ , মুক্না কাঙজৈ , শবিৎ- শবাৎ, হোকি , ফুটবোলনচিংবা কয়াদা চঙশিল্লকই । অসুম্না খৃ: কুম: ১৯২৭ মণিপুরদা ক্রিকেট টিম অমা লিংখৎখি । অমুক মখা

চথবকপদা খৃ. কুম· ১৯২৮ দা অহানবা হোকি অমসুং ফুটবোল তোর্নামেন্ট অমা অসাম রাইফলগী গ্রাউন্দা পাঙথোকই । অসুম্না শান্ন-খোংনবগী লমদা নহাবোল কয়াগী পুন্সিবু লমজিংবা মীশক ওইবকই । খৃ: কুম: ১৯৩০ এপ্রিল তাং ১৭ তা মীওই ৬ না শাবা কমিতি অমা শেমদুনা ড্রামাগী লমদা জাতি অসিগী ওইনা মণিপুব ড্রামাতিক ইউনিয়ন হায়না মমিং থোনবা ড্রামাগী সংস্থান লিংখৎলকই । ঙসি ঙসিমক মণিপুব ড্রামাতিক ইউনিযনগী ' লাঙ্গোল কাবল ' ওইবিবা অসি মহাক্কা পুথোক্লম্বনি হাযবি । মতৌ অসুম্না লেপ্পা নৈতনা ইবাবত হিবম খুদীংমক্তা লমদমসিগী বিভোলুসনবি অমনি হাযনা ঙসি ফাওবা মীয়াম্না মাবু ইকাই খুম্নবগী মফম পীবিবি ।

মতৌ অসুম্না হিবম কয়াদা মহাক্কা খোঙ থাংজিন্দুনা মণিপুবগী মনুংদা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তি মগুণ,মথৌনা মবিংজেল কযানা মাবু শকখংদবা নৈবক্তে । মহাক্কী মীথোই-মীহেনবা মতৌ অসিদা মতমসিগী নিংথৌকোন্দা নৈবা মীশক কযানা মাবু মবি-মতা ওইনিংলকখি । ইবাবততা মহাবাজ চুডাচান্দগী মযাম্নুং চন্দ্রহাসকী মচাইবেম্মা অহল খোমদোনসনাবু থাজদুনা লুহোংখি । মতম অসি চাউবাক্কা মশাগী চহী ২৭/২৮ লোম ওইবা মতম্নি । মতম অদুগী অঙম-অথৌগী মচা-মশু অমগী তৌফম থোকপা অওং-অউনগা লোযননা মমাক ইবুংঙো হাযবা মিংথোল ফংদুনা নৈবাক্কা ইবাবত শকখঙবগী মথক্তা হেন্না মপূং ফাবা মীশক অমগী শক্তম লৌবমই । মহাক্কী পুন্সিদা মতেক খবা ওজা ওইবম্মী । নিংথৌগী মচা ইবেম্মা খোমদোনসনাবু মাগী নুপী ওইনা ফংজবদগী সদব পঞ্চাযেত মেম্বরগী ফম অমা পীশিন্দুনা ওজা ওইবগী শিনফমদগী পোথাই । ইবাবতনা সদব পঞ্চাযেত মেম্বব ওইখিবসি খৃ কুম ১৯২৭ তনি । ফম অসিগী মতিক মগুণ যাম্না নীংথিনা চাওই । মতিক চাবা লৌ পবি ২৫, থাগী তলবকী মথক্তা পী । মতম অদুগী খুঙ্গংগী থবক পূম্নমক পঞ্চাযেতকী খৃত্তা নৈ । মখোযগী মথৌদি মপুং ওইনা হুবান চিম্বি, অশোক-অপন থোকহনবা ,মীগী মবল-মথুম, মীগী নুগী ঙাংনকবা, অসিনচিংবা কয়ানি ।

ইবাবত শেঞ্জা-থুমজা শুকয়া য়াদে । অচুম্বগীদমক্তা , লাইব- অনংগীদমক্তা লেপখিবা মীশক্রি । মহাক মশা মতমদুগী ফম্নাইবমক ওইজববসু মীবু মীনা

ওৎপা য়াখিদে । ওৎপীববশিংগীদমক্তা লেপখিবা মীশক্তি । মতমদুগী মীয়াম্না ইবাবতপু মমাক ইবুংঙো 'মেম্বব' হাযদুনা মী খ্বাইনা ইকাই খুম্নবিবনি । অসুম্না অচৌবা ফমগী মনুংদা লৈজববসু মীয়ামগীদমক্তা থৌনা ফনা লেপখিবা মীশক্তি, মীযামগীদমক্তা খন্দুনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা ফম সম্পতি থাদোকখি । ইবাবত তোল্ল- তাববশিং, শূবি-নোন্নিবা লৈবাক মীযামগীদমক্তা মপূং ফানা পুখৎনবা হোৎনবদা থওই-ব্রাওইবীদ্রবা মীচমগী পুন্সিবু হেন্না ব্রাংনা পুখৎনবা অনৌবা অওনবা পুন্সি অমা ওইবক্লবা হোৎনখিবা মীশক অমনি । খৃ· কুম: ১৯৩৯ 'নুপী লান' বু মণিপুবী ইতিহাসতা মযেক শেংনা থম্নবা মতম লৈবা খিবিক্তা মীযামগী থম্মোযদা থেংনদুনতা লৈহৌনবা কন্না হোৎনৈ । মতৌ অসুম্না ইবাবত জাতিগী অপুনবা লীপুন সাগৎনবা, লোন, চৎনবী কযা পুখৎনবা লোযননা অওৎ- অনৈ কযাবুসু থেংনবম্মী । মতম অদুগী ধর্ম্মগী মিংদা ওৎপা অমাং-অশেংগী মতাংদা কযা হনবা লৈতনা থেংনবকখি । অমাং অশেংগী মাংঙে হাযদুনা ইস্তোকপা শিববা মীওই অমবু মাংই শেংই হাযবগীদক্তা পোৎলোইবা যাদবগী চাউববা ব্রাথোক কযা থোবকপদা ইবাবত মশামক্লা পোৎলোইবা, মশামক্লা ঈশৈ শক্তুনা শোবাৎ শোনখিবা ব্রাবী কযা লৈখি । অমাং অশেংগী মতাং কযাদা ষ্টেট দাববাবদা কেস ফাওবা থাঙ্গত্তুনা শোক্লখি। মায পাকখি । লৌমী মীযামগী স্বার্থগীদমক্তা লৌমী লুপ শেমদুনা পুন্সিন্নবা হোৎনখি । খৃ কুম ১৯৩৫ দা নম্বোলদা লৌমীশিংগী অচৌবা মীতিং ফমদুনা 'মণিপুবী কৃষী সম্মেলনী' কৌবা লুপ অমা লিংখৎখি মশামক্লা প্রসিডেন্ট অমসুং মাইমোম মধুমঙ্গল, ওক্রম ইবোমচা, অনীনা মথং শিংনা জেনেবেল সেক্রেটবি অমসুং সেক্রেটবিনি । হাযবিবা লৌমী লুপ অসিনা নমথবীববা লৌমী মীযামগীদমক থেংনখি অমদি মখল মখা কযাগী দাবী পুখৎখি ।

(১) লৌমীদগী লৌ শৎপা যাবোই,
(২) উতোং হুম্ফুমবিনা শংবায সাগদর্বনি ,
(৩) সেব নিফুনা মোন শাগদবনি,
(৪) পিযোন আমিনগী চাকথাক ককথৎলু,
(৫) যাইবেক শস্ত্রি ককথৎলু,

(৬) দোলাইবেং , পোত্থাং বেকাব ককথৎলু,
(৭) চন্দোল শেনখাই লৌবোইদবনি ।

অসিনচিংবা দাবী কয়া তৌদুনা মতমদুগী লৌমী মীয়ামগীদমক্তা অনৌবা জ্ঞান লৌশিং কয়া পীবম্বা মীশক্লি ।
ইবাবতকী পুন্সিদি থেংনবতনা মাগী মপূং ওইবা মথৌ অমা ওইখি । মতৌ অসুম্না বাজনীতিগী লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লকই । অসিগুম্বা বাজনীতিগী লম্বীসিদা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়া মাযোক্লখি । ইবাবতনা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী মবিশুবা মীফম খৃ কুম. ১৯৩৮ গী ডিসেম্বব ২৯/৩০ চীংঙা মীফমদগী বাজনীতিগী খোল্লাউ পুথোক্লুনা ইহান হানবা ওইনা মীযামগী ওইবা বাজনীতিগী ঈহৌ শাগৎলকখি । মীফম অদুদা লমদমসিগী ধর্ম্মগী খেন্নবা থমদনবা 'হিন্দু' হাযবা ৱাহৈ লৌথোক্লুনা 'নিখিল মণিপুবী মহাসভা' ওনখি ।
খৃ কুম ১৯৩৮ গী নবেম্ববদা ৱাংখৈ লৈকাইদা ব্রাঞ্চ কমিটি শেমদুনা মীযাম্না থম্মোই তিন্ননা লিংজেল মান্ননা থেংনমিন্ননবা ৱাবেপ্লখি । মীযাম পূন্না হৌমীন্নদুনা আইন সভাগী ঈহৌ চঙশিল্লগদবনি হাযবা পুখৎলকই । হাযবিবা মীৎযেং অসিনা যৃম্ফম ওইবগা চীংঙা মীফম লাকখিবনি। চীংঙা মীফমদা মণিপুবদা পুর্ণদাযিত্বসিল সাসন লিংগদবনি সভালক ভোটনা মীখল তৌদুনা মীযামগী মীহুৎ খনগদবনি, অসিনচিংবা খুঙ্গংগী চাওখৎ থৌবাং কযাগী পোবম যাৎখি । পূম্নমক্কী মনুংদা খবদং পঞ্ববদা, লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী মপু ওইগদবনি, পাৎ- তুবেল নিলাম কক্কদবনি,চীং- তমগী সাসন পূনমিন্নগদবনি , বানী গাইদিনলিউ জেলদগী থাদোক্কদবনি । ইবাবতকী ৱাখল কযাদা ফজখ্রবা চীং- তমগী খেন্নবা থমদবা মচিন- মনাও ওইবগী ফজবা ৱাখল কযা মহাক্কী থম্মোযদা পীবম্বা পাউজেল কযানি । ইবাবত মশাগী ওইজবা কযা থাদোক্লুনা লমদমসিগী মীযামগীদমক্তা হেন্না কখোকপগা লোযননা পাঙ্গল থোক্লা থেংনবা হৌবকখি ।
মতম অদুগী মণিপুবী নুপীশিংগী থোইদোকপা থৌনা লিংজেল ইতিহাসকী অনৌবা তাঙ্কক অমনি । খৃ কুম ১৯৩৯ গী চাউববা নুপী লাল অসিনি । পৃথিবীগী ইতিহাসনা খক কাউবা যাববোইদবা মশক অমনি । মীযামগী ঈহৌনি । চম্না

খূত্তা খূৎলায যাওদনা লমদম অসিগী নুপী মীযাম্মা থেংনখিবা শান্তি ওইবা খোঙজঙ অমনি। অসিগুম্বা নুপী মীযামগী খোঙজঙ অসিদা খূৎলায় যাওজদবা, চাবা ফংলক্তবা চেঙ থাবা থিংঙু হায়বগীদমক নুপী মীযাম্বু খূৎলায় মতিক চানা পাযবা সিফাইশিংনা সঙ্গিন্না থিনখি, বুট্না নেখখি, লীচৈনা কন্নখি, নোংমৈ গুন্দানা শুখি। লমদমসিগী নুপী কযা অশোক-অপন নংখি। মতম অদুগী পুলিস ইন্সপেক্টব ধনচন্দ্রনা তোংব্রম শবি দেবীগী থবাক্তা খোঙপাক্তা কাওখি। নুপী কযা সঙ্গিন্না থিন্দুনা শোকখি। মণিপুবী নুপীশিংগী হকচাংদগী শীন্থবকপা ঈখেংতনা মফম অদু ঈগী ঈপাক ওইখি। ফনা যাম্না হোৎনদুনসু নুপী মীযামগী ঈহৌ থিংবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা মতমসিদা ইবাবত মণিপুবদা লৈতে। মহাক কাছাবদা মহাসভা অমগী থৌদাং অমগীদমক লৈখি। ইবাবত পাউ হেক ফংবগা হল্লকখি। নুপী মীযাম মহাসভাগী লুচিংবশিং উন্নদুনা
ব্রাফমদু কূপ্পা খন্নখি। মতমদুদা স্লোগান লাউবা যাদবদগী লম্বীদা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা নুপী লানগী লাঞ্জং চঙশিনখি। খৃ কুম ১৯৪০ জানুব্বাবী ৭ তা নুপীশিংবু তর্মথিনা লাক্রখিবগী লমন শিংগদর্বানি হাযনা লেপ্পখি। ইবাবতকী ব্রাফম অসি যাদবনা মশীং হেন্দুনা মাযথিখি।
খৃ কুম ১৯৪০ জানুব্বাবী ৯ গী অযুক্তা ইবাবত মযূমদগী ফাজির্নখি। মহাক ফাখ্রবদা লোযনবী খোমদোনসনানা জানুব্বাবী ১৬ তা ক্রাউন বিপ্রজেন্তেতিবতা ব্রাকৎচখি। পূম্নমক অবেম্বা তাখি। মহাক্কী অথক্তা মণিপুব ষ্টেট দববাবগী ক্রিমিনেল কেশ নম্বব ৪, ১৯৪০ গী অবোইবা বাইদু খৃ: কুম ১৯৪০ গী মার্চ্চ ২১ দা লাউথোকই। মহাকপু অচম্বা মিযাৎ পীবে। মতম খবা লৈবগা অমুক সিলেট জেলদা থাখি।
ইবাবত সিলেত জেলদা লৈবদগী কম্যুনিষ্ট ওইবকখি। খৃ.কুম ১৯৪০ অসি ইবাবতকী পুন্সিগী অনৌবা তাঙ্কক অমনি। জেল মনুংদা তোঙান-তোঙানবা বাজনীতিগী ব্রাফম কযা নৈনবম্মী। জেল মনুংদা ইমাগী পুজা শৈবেং ইখি। খৃ:কুম. ১৯৪৩ তা সিলেট জেলদগী থাদোবকখি। খ্বাইদগী থম্মোয়দা নুংঙাইতবদি মাগী পোক্লফম লমদম মণিপুবদা চঙবা যাহল্লমদে। আসাম কম্যুনিষ্ট পার্টিনা শীন্দুনা কাছাবদা লৈবম্মী। খৃ·কুম. ১৯৪৩ এপ্রিল ২ দগী ৪ ফাওবা

পঞ্জাবকী ভাকনাদা ফম্বা কিষান কনফবেন্সতা য়াওই । লোয়ননা বোম্বেদা ফমখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীফম যাওখি । অসুম্না ইবাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিদা যাওবকই । মহাক্না কাছাবদা লৈবিগৈদা লৌমী শিন্মী কয়াগীদমক্তা মখল মখা কয়া থেংনবকই । অসুম্না থেংনবদগী আসাম সবকাবনা মহাকপু ব্রাবেন্ট থমদুনা খৃ কুম· ১৯৪৪ সেপ্তেম্বব থাদা ফাদুনা সিলচব জেলদা থমখি । অমুক জেলদগী থোবক্লগা সুবমা ভেলি কিষান সভাগী প্রসিডেন্ট ওইদুনা লৌমীগীদমক্তা হনবা লৈতনা হোৎনৈ । ঈহৌ কযা শাগৎখি । খৃ·কুম. ১৯৪৫ এপ্রিল ৫ দগী ৯ ফাওবা ময়মনসিং জিলাগী নেত্রকোনাদা কিষান কন্‌ফবেন্স শরুক যাখি । ইবাবতকী বাজনীতিগী লাঞ্জংদি হনবা লৈতনা মাঙদা অসুম অসুম চঙশিল্লকপনি । লৌমী মীযামগী, নুপী খুন্নাইগী , ছাত্র নহাবোলগী পুম্নমক থেংনবগী লাঞ্জংনি ।

খৃ· কুম ১৯৪৭ কী জুলাই ১ দা ষ্টেট দববাব মুখত্তুনা "মণিপুব ষ্টেট কাউন্সিল" গাযদুনা দববাবগী মহুৎ শিল্লি। জুলাই ১৫ দগী মতমদুগী দববাবগী প্রসিদেন্ট ওইবম্না এফ এফ পিযাসন্না চিফ মিনিষ্টব ওই । মাগী মেম্ববশিংবু অমুক নিংথৌনা আগষ্ট ১৪ দগী পোথাহল্লগা মহাবাজকুমাব পৃযবর্ত্তবু অনৌবা চিফ মিনিষ্টব ওইনা অতৈ মন্ত্রী ৪ অমসু হাপ্পি ।

খৃ কুম ১৯৪৮ ফেব্রুবাবী ২৮ দগী মার্চ ৬ ফাওবা কলকটাদা ফমখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীফমদা যাওই । মীফম অদুনা খৃৎলায পাযবগী লালহৌগী লম্বী পুথোবকখি । অদুদা ইবাবতসু শৌগত্তুনা শরুক যাই । খৃ·কুম ১৯৪৮ গী জু ন ১১ দগী হৌবগা জুলাই ২৭ ফাওবা এসেমব্লিগী মীখল পাঙথোকই । মীখল অদুদা ইবাবত উৎলৌ কেন্দ্রদা প্রজাগী মীহুৎ অমা ওইনা কাবকই । মতম অদুদা ভাবত কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংনা মণিপুবদা কম্যুনিষ্ট লিংনবগী ব্রাফম লাকপদগী ১৯৪৮ আগষ্ট ২৩ দা ইহান হানবা ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎখি । মদুগী মপুং ওইবা মেম্বব ইবাবতসু অমনি । মতমদুদা তখেল্লম্বম বোকুলবু সেক্রেটবি খনখি । অতৈ নহাবোল কযাসু কম্যুনিষ্ট পার্টিদা য়াওবকই । নুপী কযাসু মথং মথং যাওশিল্লকই ।

খৃ.কুম ১৯৪৮ সেপ্তেম্বব ২১ দা এম দি ইউ হোলদা, মণিপুব কিষান সভাগী

## মণিপুরী সাহিত্যগী মঙলান

মীফম অমা ফম্লবা থৌবাংই । মীফম অদু য়াওবা লাকপা লম্লায় মায়কৈগী মীযামবু পুলিস অফিসাব খবনা থিংবদগী "পুংদোংবম ঘটনা" থোক্লুনা খুদোংথিবা নংখি । খুদোংথিবা অদুদা ও সি অমা শিখি । মসিনা মবম ওইদুনা ইবাবত অন্দবগ্রাউন্দ চঙখি ।

ইবাবত অন্দবগ্রাউন্দা লৈখ্রবদা মহাকপু ফানবগীদমক্তা লুপা লিশীং ১০ গী মনা পীগনি হায়না মতম অদুগী সবকাবনা লাউথোকই । মীযামগীদমক্তা খঞ্জবা, লাযববা লৌমী- শিন্মীশিং যাইফনবা হনবা লৈতনা লেপ্তুনা থেংনবকখিবদগী মীযামগী মবক্তা লৈদুনা মহাকপু ফানবগী লাংলা-লংজিল থূপ্লা থমখি । ফাবা ঙমখিদে । মহাক্কী হৈ-শিংবা মীযামগী অপূনবা শাগৎপগী মবম্লা চীংযা তমযা কযাদা লৈদুনা অৱাবা কযা খাঙদুনা লমদমসিগী দাযত্বশীল সাসন, সেল্ফ ডিটবমিনেসনগীদমক হনবা লৈতনা মীযামবু লুচিংখি । মহাক্লা অন্দবগ্রাউনদা লৈবিঙৈদসু হনবা লৈতনা মীযামগী থবক কযা তৌবর্ম্মী । খৃ কুম ১৯৫০ গী মে থাদা বর্ম্মাদা চক্লুনা লমদমসিগীদমক্তা অনৌবা থবক কযা পাযখৎখি । অসুম্লা খ্বাইদগী খুদোং থীববা মফম কযা চীংনুং মানুংদা লেল্লর্কাখ । বর্ম্মাগী মনীং থংবা অঙ্গো চীংখোঙদা মোলনুম মোনোই খুল অদুদা সেপ্তেম্বব ২৫ গী অযুক্তা থাদোক্লুনা নুমিদাংৱাইবমদা নোংপোক থংবা চীংখোঙগী তাংউবো সেদো খুন্দা থুংলখি । মতম শাংনা চাবা থকপা খুদোংথীবা কযা মাযোক্লবকপদগী ইবাবত মফম অদুদা মশা নাবকখি । নুমিৎ খবা নাবম্লগা ইবাবত খৃ কুম ১৯৫১ সেপ্তেম্বব ২৬ তা বর্ম্মাগী খুঙ্গং অদুমক্তদা পুন্সিগী অবোইবা যাহিপ তানখি ।

ইবাবত তোঙান-তোঙানবা হীবম কযাদা লমদমসিগী লমজিংবা বিভোলুসনবি অমা ওইনা লমজিং মৈবা চুখৎপীবম্বা মীশক অমা ওইববসু মপূং ওইনা মহাক্লা বাজনীতিগী লমদা অনৌবা অওনবা সমাজ অমা পুবকপা ঙম্লবা হোৎনখিবা মীশক অর্মনি । ইবাবত লম খূদীংদা বিভোলুসনাবিগী থোদাং যাখিবা মীশক্লি । ঙসিগী খুন্নাই অসিগী অৱা-চৈথেং মীওৎ-মীনৈ অসুম-অসুম কনশিল্লক্লিবমখৈ ঐখোযনা ইবাবতপু নোংমা নোংমগী কাউবা যাদনা লৈবা তাবকখি । মহাক্লুন্বা থৌনা লৈবা লমজিংবীনবা মীশক অমা ঙসিগী মীবোল অসিদা থিবা তাবনি ।

**জননেতাগী সাহিত্য :** জননেতা ইবাবতমখল মথা অয়াম্বা গুন লৈবা মীশক অমনি । *ঙসিগী লমদমসিগী মীয়াম্না খঙনবিবা রাজনীতিগী বাফম নাকোইননা* থম্লগা নেতা ইবাবত তশেংনমক মায়থোঙ যাম্মী । রাজনীতিগী বালাশিংনা মাবু রাজনীতিগী বালা অমা ওইনা পুসিন্নবা হোৎনৈ । তশেংনমক নেতাদি লাইবিক লাইশু সাহিত্যগী লমদসু থোইদোকপা বিভোলুসনবী অমনি । অঙাং ওইবিবৈদগী ইবা পাবা ঈশৈ শকপা, থিয়েটর যাওবা, শান্ন-খোৎনবা মীশক অমসু ওইবকখি । তশেংনমক নেতা ইববত সাহিত্যগী লমযানবা মীশক অমসু ওইবকখি । তশেংনমক নেতা ইবাবত সাহিত্যগী লমযানবা মীশক অমসুনি । মহাক্না ইবম্বা হৌজিক হৌজিক মীযামগী মীৎযেংদা মযেক শেংনা উনববা " শৈদম শৈবেং ", 'ইমাগী পুজা', থোইদোকপা মশক থোক্লবা সাহিত্যগী খুদোন্নি। লাইবিক ইবা তন্দবা থোইদোক্না সাহিত্যগী লমসিদা খৃৎমাঙ যাৎলম্বা বিভোলুসনবী অমনি । মহাক্না মখৃৎনা ইবগা ফোঙবা "মৈতৈ চনু" চেফোঙ ১৯২২ অমদি "যাকাইবোল" ঐখোযনা খক কাউবা যাবোই । মসিসু সাহিত্যগী মচাক অর্মান । নেতা ইবাবত উপন্যাস "মোহিনী", নীংশিংদবা খক যাবোই । পুন্সিগী বাইওগ্রাফি লোকমান্য তিলক অমসুং জয়মতী নীংশিংদবা যাবোই । মণিপুরীদা ইহান হানবা লমকোয রাবী "মন্দলেগী খোঙচৎ" হুন্দোক্তুনা থমলম্বা খক যাবোই ।

মসি পূম্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী "শৈদম শৈবেং(১৯৩০) স্কুল টেক্স বুক ওইনা তম্নখির্বনি । মহাক্কী শৈবেংশিংদা ঙসিগী সাহিত্যবু পামজবশিংনা কৈদৌনুংদা কাউথোকপা খক যাবোই । মহাক্কী শৈবেং "উনা" নীংশিংবা যাই । মহাক্কী উনা শৈবেংনা পীবিবা পাউজেল মীওইবা হাযবা জাতিসিবু মতম কুইনা হিংদুনা লৈতবা নোংমা মাগী-মাগী মতম লোইবগা পুন্সি লোমখিবগী ফজববা মশক শৈবেং অসিনা তাকই ।

হে উনা পুন্সি লোম্নমাম্লে
উফুলনা তাইবং খোঙ্গাওনবেদো ।
নফম লেংদ্রিবৈ নপাল ফবিবৈ
মালেম নুংশা মৈশা চাক্লিবৈ

শৈদাংলম্বা ঙাক্লি নহাক্কী
তৌবীমল লমন শিংলবে নেৎপনা।" উনা - লমায (৪)

মীওইবগী পুন্সিবু উনাদা পান্দুনা শৈথাবম্বা কবি ইবাবতনা মযেক শেংনা পীবম্বা পাউজেল অমনি। মীওইবগী পুন্সিবু উনাদা পানশিন্দুনা চাংদম্বনা মহাক্কী ৱাখল লৌশিং ঐখোযনা হুন্দোকপা খক যাবোই। থোইদোক হেন্দোক্লা য়াম্না অর্থ চেনবা শৈবেংনি। মসিগী মখাদা "থম্বাল" শৈবেংগী মনুংদা যাওবা -

হা থম্বাল পাম্মুইদা নঙগী নশক নীংথিবা
মাঙখিগদবা মতম লাক্লগা
ৱাকুগনু লৈনুংশি সংসাবগী হৌনবীনি
সংসাবসি ফংলগদবন নঙগী দশা। থম্বাল (৩)

মীওইবগী পুন্সিগা থম্বালগী পুন্সিগা চাং তম্নদুনা যেংবা শৈবেং অমনি। মসিগীদমক্তা কবি ইবাবতনা নুংনাংবা ফোঙদোক্লুনা ইবা নুংগী পুন্সিবু মকা ফোংনা ফোঙদোকপা মাগী শৈবেংনি। অসিগুম্বা মীওইবগী পুন্সি লুনা খনবা মফোঙদোক্লি। কবি ইবাবতগী শৈবেং অযাম্বা নীংশিংবা যাই মহাক্কী শৈবেং "কোকিল" হাযবা শৈবেং অসিদসু মতমগী বসন্তগী ইথক হৌবকপা কোকিলগী খোঞ্জেল তাবগা কবি ৱার্ডসৱাথকী নীংশিংহল্লী বসন্তগী মতমদা হৈপাল লৈপাল মপূং ফাবকপা লৈকোলগী ফজববা তাঞ্জাদা কোকিল নঙনা লাক্লুনা নহাক্কী খোঞ্জেন্দং তাহল্লবদি বসন্তগী ফজবা মপূং ফাববনি হাযবা ফোঙদোকই। কবিনা ফোঙদোকই নোঙাল্লমদাইগী শজিক, পুর্ণিমাগী থাবল, অযুক অঙনবা, বসন্তগী ফজববু ফজনা ফোঙদোকই। মহাক্কী শৈবেং অসি নৌবিবা অঙাংশিংদা তশ্বীবদা লুনা থোক্লবসু মহাক্কী কবিতাগী ফজবদি উবীবা লৈতে।

কবি ইবাবতগী "ইমাগী পুজা" ১৯৮৭ ডিসেম্বরদা ফোঙলকই। মহাক্কী 'ইমাগী পুজা' ফোঙলকপা মণিপুরী সাহিত্যগী মঙলান অমগুম থোকই হাযবা যাই। মহাক্কী ইমাগী পুজা ফোঙলকপদগী মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা অওনবা অহোংবা অমদি ওইবকখি। মতম অমদা লমদমসিগী মীযাম্না থোইদোক হেন্দোক্লা শীংথানবিবা কবি নীলকান্তগী "মণিপুর" কৌবা শৈবেং অসিনা মোর্দন কবি অমনি হাযনা মমিং চৎলম্বা নীলকান্তগী মশক নোংমা নোংমগী নেমথবকখি।

মোর্দন কবিগী মফম কবি ইবাবতনা শিজীন্নবগুম তৌবকপা নীলকান্তগী মফম মাঙশিল্লকই । মহাক্কী শৈবেং অসিমক শোক ১৯৪২ / ৪৩ দা সিলেট জেলদা লৈবিঙৈদা মহাক্কী শৈবেংশিংসি ইখিবনি । মহাক্কী শৈবেং ৪৯ লাইবিক অসিদা কবিগী তুং- মাঙ অনীদা থেংনবিবা থেংনবক্কদবা কয়াবু মবীক চূম্না ফোঙদোকপা শৈবেং কযানি ।

মথক্তা মহাক্কী মবৈবাক মবমদমবু নুংশিবা, লাযববা লৌমী শিন্মীশিংবু থস্মোয শেংনা শৌগৎনীংবা মপূং ফানা ফোঙদোকই । অকনবনা অঙম্বনা তোল্ল তাববশিংবু ওৎপী নৈবীবগী পেন্দবা নুংনাংবা মহাক্কী শৈবেংশিংদা থেংনবীগনি । মহাক্কী "ইমাগী পুজা" হাযবা শৈবেং লাইবিক অসি খবদং ঙন্না ফোঙলল্লবদি মোর্দন কবি অমা ওইনা মীযাম্না লৌনবমগনি । মহাক্কী শৈবেং লাইবিক অসিনা মণিপুবী সাহিত্যগী অচৌবা ফিদা অমসু ওইবমগনি । কবি ইবাবতকী খুৎই অনৌবা সমাজ অমা লিংখৎনিংবা অওনবা পাম্বা কবি অমনি । তশেংনমক ইবাবত বিভোলুসনগী কবি অমনি । হৌজিক্কী তুংগী মীবোলগীদমক্তা অওনবা পুবক্লবা সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎলম্বা কবি অমনি । কবি ইবাবতকী শৈবেংগী মফোঙদোক অনৌবা অমনি । মহাক্কী শৈবেং "নাৎসীগী ফিবাল" ফেসিষ্ট হাযবসি থোইদোক্লা মতমদুদা তানবমদবা ব্রাহৈনি ।

মহাক্লা শিলেট জেলদা লৈবিঙৈদা থেংনবকখিবা, জেলগী অব্রাবা কযাবু মপূং ফানা ফোঙদোকপা শৈবেংশিংনি । মসি পূম্নমক্কী মথক্তা মমা লৈবাক্কীদমক নীংতম্বা পাম্নগী ঈহৌ কযা থস্মোযদা ফুমদুনা লাকখিবা কবিনি । মতমদুদা লৈবম্বা মীচম প্রজাশিংনা ব্রাবিবা খাঙলিবা চৈফূ চৈথেং কযাবু থেংনবা পাম্বা পূম্নমক মাগী শৈবেং অসিদা মখল মখা কযাগী মশক উৎপা শৈবেংনি । মহাক্লা জেল মনুংদা লৈববদা খল্লকপা ব্রাখল 'ইমাগী পুজা'

চিক্লবা অহিংগী
থেঙলবা তাংলৌগী
ঈংলবা থাবন্দা
মিববা খোঙেন্না
'ইমা' কৌবিবা

কনানো ?　　　　　ইমাগী পুজা লমায(১)

মহাক্কী শৈবেং অসি কযাদা অর্থ লৈস্লবা শৈবেংশিংনো । মহাক্কী শৈবেংগী ৱাহৈশিংসি মীওইবা জাতিগী থম্মোযগী অত্মাগী খাঙমদবা মৈচাক্কী নিঙমদ্রবা খোঞ্জেলশিংনি । কবি ইবাবত মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনা লিংজেল, নুপীশিংগী মতিক- মগুন যাম্না মনুং হুঞ্জিন্না খঙই । নুপী ওইবীশিংগী থম্মোযদা লোত্তুনা লৈবিবা থৌনা অমসুং নুপী ওইবিশিংগী মিনুংশি কবিনা মপূং ফানা শাৎকাইহল্লি । মণিপুবগী নুপীশিংগী থৌনা লিংজেল পৃথিবীগী নুপীশিংগী মবক্তা তোমথিল ওইনা থম্লিংই । মহাক্কী শৈবেং 'ডিসেম্বব ১২' দা যাম্না মরু চঙনা থৌনা লৈনা ইতিহাসকী তাঙ্কক নীংশিংহল্লি ।

ঙসি অহিং লেল্লে,
নুমিৎ অমা চৎখ্রে ,
শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফাবিবদো
ডিসেম্বব ১২ অমা হৌখ্রে
ডিসেম্বব ১২ অমা লাক্লে
　　কাউবব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হাযবা ?
নীংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হাযবা ?

ডিসেম্বব ১২ লমায(৪৯)

মহাক্কী অসিগুম্বা শৈবেং অসিনা চহি খুদীংগী 'ডিসেম্বব ১২' মণিপুবগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী মরুওইবা নুমিৎ অমনি হাযনা নীংশিংহল্লি । মহাক্কী শৈবেং অসি যাম্না মগুণ লৈবা শাফ্ কনবা শৈবেংনি । মণিপুবী নুপীশিং থৌনা লৈনবা থেংনখিবা তাবি হাযবসি ঙসি ঙসিনা হেন্না মযেক শেংলকই । ইবাবতকী শৈবেং অসিনা তাক্লিবদি মৈতৈ নুপীশিং থৌনা ফনা থেংনখিবা তাবি হৌজিক্কী মতমদা নুপীশিংগী ঈহৌ মৈবা পাযবী নীংশিংহল্লি । কবি ইবাবতকী ৱাহৈ শম পুনশিল্লু দেবী হাযবসি নুপী থৌনাবু হেন্না মৈ ঈকপনি । মহাক্কী শৈবেংদা অদুক নিঙাইদনা তূমদুনা লৈবিবা মণিপুব মচাশিংবু অমুক যাকাযবকই , মীকপ

থোকহনবা পাম্লকই ।

'অতৃম্বগী লৈপাক্তা'

খঙদে অতৃম্বগী লৈপাক্তা
কবি মঙবু মঙলিগবা ।
কবিগুম্বা মঙলম্লবদি মঙ অমা
অদুসু কবম্না হাযখিবা
অঙাংশিংনবু পূন্না লাউবিগদ্রা ?
নুংশা-ও থোবক্লো
উকম লৈমা চঙখবো
নুংশানা অমুক কিদনবা থেৎলিগদ্রা ?
ফেসিষ্ট লাক্তে
কিফম লৈতে
নুংশাও থোবক্লো
অতৃম্বগী লৈপাক্তা

অতৃম্বগী লৈবাক্তা লমায(৬৪)

মীখা পোনবগী অৱাবা , নুংশা থোবক্কুনা অৱাবা কোকহল্লবি মঙাল ফংলবনি হাযবা ঊৎপা শৈবেংনি । কবিনা উকমবু অমম্বা, নুংশাবুনা অঙানবা হাযবা ওইনা সিম্বোল ওইবি । মহাক্কী শৈবেংশিং অসি নুংগী অর্থ মযেক শেংনা মীযামদা পাউজেল্লি । কবি ইবাবতকী মীৎযেংদা উবিবসি অমম্বা অঙানববুনি । তশেংনমক ফেসিষ্ট হাযবসি মাগী অমম্বগী শক্তম্নি । মতম অদুদা মহাক্লা ইবম্বা শৈবেংশিংসি অযাম্না নুংগী অর্থ মপূং ফানা ফোঙদোকই । মপূং ওইনা ফ্যাসিজম, দেমোক্রেসী, সোস্যালিজমনি । মহাক্কী 'নাৎসীগী ফিবাল', হাযবা শৈবেংসি ইমেজবী ফজনা শিজীন্নদুনা ইবনি ।

রাইফল , তোপ মখোল মবক্তা
মিকপ মীবাওখোন্না থল্লবা
অশিবনা হাঙদ্রবা মোংফমদা
তাবি নাৎসী জযধ্বনি

নাৎশিগী ফিবাল লমায়(৩৭)

অমুকসু কবিনা মতমদুগী ঈহৌ লানগী শক্তমদা মহাক্কী শৈবেং ' মণ্ড অমা' মসিদা কবিনা তমথিববা লালগী মীশি মীনাগী মবমদা মওং তানা ফোঙদোকপা শৈবেংনি,

বম তোপগী গুলিনা
মী মকুপ মকুপ পাই নুংশিত্তা
নুংশিংনা পুখৎপা ঈ মবিক্লা
চুবকই নোং ওইনা লৈপাক্তা

মণ্ড অমা লমায (৫০)

অসিনচিংবা মাগী শৈবেংশিংনা মীওইবা জাতিসি পুন্সিগী মশক কয়া ফোঙদোকই । মপূং ওইনা মাগী শৈবেংশিং অসি মতমদুগী লাব্রাব ক্লাসতা তম্নবা ফোঙলম্বা 'শৈদম শৈবেং' অমসুং 'ইমাগী পুজা' অনী অসি থোইদোক্লা নুং পানগী ফজবা শৈবেংশিংনি। মাগী 'ইমাগী পুজা' হায়বা লাইবিক অসিগী অবোইবা শৈবেং 'ঙাইবি' হায়বসিমক যাম্না খন্থবা যাবা শৈবেংনি । অনৌবা অওনবা সমাজ অমগীদমক ঙাইবি হায়বা ফোঙদোকপা যাই । খাঙববু কল্লবা ঙাইববু কল্লবদি নোংমদি শোযদনা ফংগনি অপূনবা মান্নবা অনৌবা সমাজ অমা হায়বগী চেৎনা থাজবসু থম্মী । মহাক্কী শৈবেং -

চেক্লা নোংগৌবীনা
কুমগী নোং ঙাইবগুম
ঙাইবি ঙাইঙমদনা খৌবাংনা

.. . .... . .

অনৌবা দুনিযাগী মাযকৈদা
অতিযা মম্লা কাবিবা
হাইগৎলিবা উফুল উবগা

. . ........ . . . ...

. ... . .......... .

খুদোংথিবা অমম্বা অহিংদা
ঙাইবি দিউটি পাযদুনা

ঙাইহিব লমায (৬৭)

কবি ইবাবতনা অনৌবা অওনবা মান্নবা সমাজ অমগীদমক ঙাইহিব। কবিদি মতম পূম্নমক্তা মীয়ামগী মবক্তা তোৎন-তিন্নজবা মীশক অমা ওইনা মীযামগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎচবা পামজবনি । মহাক্কী মান্নবা সমাজ অমগীদমক মঙ অমা মঙখিবা মীযাম্না মান্নববদা মীযাম পূম্নবদা ফংলোইদবা লৈতে হাযবসি কবিগী অচেৎপা থাজবনি । কবিনা জেলদা লেল্লকপা পুন্সি, মণিপুরী নুপীশিংগী মশক থোকপা শক্তম, লান হাযবসিনা পুবকপা ফত্তবা ফল, ইবমদম ইবৈপাক অপূনবা শাগৎচবগী শক্তম মণিপুরী জাতিগী নিংথৌ সাসনগী মবমদা ফোঙলম্বা শৈবেং লোযন-লোযননা নুংশি নুংওনগী মবমদা ইবম্বা শৈবেং , মসি পূম্নমক্কী মথক্তা লিংজেল মান্নদবগী অরাবা শক্তম , মাগী নুং- পানগী অপূনবা শক্তমদা মথল মখা কযাগী শৈবেংশিং ইবম্মী । মসি পূম্নমক মান্নবা খুন্নাই অপূনবা শক্তম, অনৌবা সমাজ অমগীদমক মঙলম্বা মঙ মাগী শৈবেং ৪৯ দা অমত্তা চিংথদনা ঘাওবি ।

মপং ওইনা মাগী শৈবেংশিং 'শৈদম শৈবেং' লরাব ক্লাস অমদা তম্নবা তোৎনবম্বা ফজবা শৈবেংনি । মাগী লোন ইচম চম্মী । মসিগী মথক্তা রাহৈগী চুশিনবা ফোঙদোকপগী গুন চেনবা কবিনি । মথক্কী শৈবেং 'ইমাগী পুজা' মোর্দন কবিগী চপ চাবা মীশক ইবা কবিনি । মহাকুম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী মীযামগী খনবা মীশক থিবা লুগনি । ঙসিগী চবাঙনববা খুন্নাইসিগী লমজিং মৈবা চুখৎপীবম্বা, অনৌবা মণিপুর অনৌবা মান্নবা সমাজ অমগীদমক ঈশ্বরনা মণিপুরীশিংগীদমক্তা থাবীবকপা লমযানবা কবি অমনি । মবম অদুনা ঙসি লাযব অনং শেঙ্গা- থুমজা, তুহৎ-নৈহৎপীববশিংগী অনৌবা মাযওনদা লমজিংবীবম্বা শিংথানিংঙাই ওইববা মৈতৈ কবিশিংগী মনুংদা তোপ-তোপ্পা মাগী মগুণ কযানি । হিবম কযাদা মহাকুম্বা সাইত্য সেবা তৌবিবা মীশক অতাঙবনি । মহাক্কী শৈবেংশিং অসি অনৌবা অওনবা সমাজ অমগী শেমগৎনবা হোৎনবা অবিবা অমসুং অনৌবা লংদাইসিগী মীকপ থোকহল্লম্বা লেমজনীংঙাই ওইবা কবিগী খুৎইনি ।

## গুনোগী লৈকং থম্বাল রাবীমচাদা রাফম খবদং

শ্রীহিজম গুনোগী ফীজং মকুমদা হায়বা লাইবিক অদুদা যাওবা রাবীমচা "লৈকং থম্বাল" পবাদা যাওবিবী যামীনী অমসুং নুংশিতোম্বী অনীগী মতাং-মতাংগী ওইবা নুংঙাইবা খুদম পীদুনা উৎপা হায়বসি তঙাইফদবনি। যামীনীগী নুংঙাইবা থোইদোকপা মওংগী নুংঙাইবা মখল অমনি অদুগা লেখক্না মাগী নুংঙাইবগী পুন্সিসি মবীক চুম্না যাম্না ফজনা পীবম্মী।

**যামীনীগী নুংঙাইবা পুন্সি মতেক অমা :** লেখক্না পীবম্মীবা মেবা থাগী থাবল ইপোম মবক্তা তাংথক নাইবা মালংবগী শহুম্না পুবকপা মেবা থাগী শযনগী ঈশৈগী শুব থোইদোক্না যামীনী নুংঙাই অদুগা যামীনী দুইতলাগী ইমুংদা লৈবী শক চু ফজবী নুপী অমনি। মাগী মপুবোইবা জয ডাক্তব অমনি মখোযগী ইমুং থোইদোকপা অরাংপা যাওদে, নুংঙাইবগীদমক্তা হায়কববদি মীনায মাশনা কযানা যোমদুনা লৈবীনি। যামীনী থোইদোকপা অরাংপা লৈতে। নুংঙাইবগী খম থেংবীনী যামীনীগী লৈবাবা ইমুং অদুগী যাম্না কুপ্না মওং অমসুং মাগী যৃন্নে কৈবৈগী ফিভম অদু লেখক্না মাগী রাবী হেক হৌবদগী তমদুনা মযেক শেংনা পীবি। "নীংথিনা যেকখোৎলবা অমোনবা শামতুগী গালীচা ফিদা মথক্তা তপ্না তপ্না লাক্তুনা মপুবোইবগী ফমজাউ কাংথোলগী লুখুমদা ফক্লাংদা যৈশিন্দুনা চল্লিবা টেবল মথক্তা থন্নিবা বেডিও লৈখৎলে অদুগা হিদান কাংথোলগী খুৎফম মযাম অসিগা মপা চান্ননা শেন্নবা কাগী লৈতেংশিং অসিদা খোম্থাং যৈবগুম তৌবি বেডিওগী "ও গো আমাব প্রিয বন্ধ" হায়বা খোযথুম্নববা শৈহেক্নো অদুগীসু মথক্তা যামীনী খম থেংবী ছাত্রী মহাক শান্তিনিকেতনগী ছাত্রীনি লৈশাবীঙৈদা লমকেং লমহাইবীনী মমা মপাগী পীক্নীবা অদুবু অদুম তাবগুম

তৌবি নুংশিতোম্বীগী মথ্বাই তাববা মীনোক অওইবমক্তি নুংশিতোম্বীহোযগী ইমুংগী থাউমৈ পীক্লা লৈথখ্রে নাপ্ল চিক্লা মবোল মবী শেংফাত্তনা শান্নবিবা শ্রু শ্রু নৈববা ব্লাবী মতৎ - মতৎ ওইনা তাবা ফংই " যামীনী পূম্নমক অসি তাকবগা খোযবাং খোযশাওনবা পোক্লক্লে । মহাক্লা মতোমদা প্রেম বাগদা তাউবে, মহাক মতোমদা ওনথোইবদা খ্বাংদা শেংপা চাবৈ ফিঞ্জিন নাম্বোকখবে উপায অমা লৈত্রবগুম মশানা হাংদোকচখিবা মীহুৎথোঙ খা চিক্লুনা যৈশিল্লে, চেৎ চেৎ পৌবোল থাজিল্লে, মোল্লাংথক্তা মমায মাযথোং লোৎশন্দুনা মথন্তা হিক হিক কপ্লক্লে । অদুবু হৌজিক ডাক্তব জয হল্লক্লে কাগী থোঙ হাংদোকচবে ডাক্তব জয হেক চঙলকপগা মফি মবোল হোংদোক্লবা শেম শানা শানা হাযবকই ঙসিদি ঐহাক চাক চাববোই, হকচাং অসি পুমচোক চোকথবে কান্তিন্দা খবা চাবক্লে, ঐহাক পোত্থাবা যাববা যেংগে নঙসু ভুম্মুবে' ত্রাব লাইট মুথৎলো জিবোগীদু থাঙ্গৎলকউ ডাক্তব জয ফম্মুংদা কাখৎখ্রে । যামীনী মাগী মপুবোইবা হল্লকপা মতমদা মাগী থম্মোয পেঞ্জগদৌবগুম নীংলমই অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবা মওংদা লাকপা অদুদা থোইনা খোযবাঙ খোযশাওনবা হাযবদু ওইববনি ।

নোংঙাল্লকপদা যামীনী মশা মউ পুমতেক তেকই । মমায মমিৎ তাথোক্লে থোকখিবদা থংনবা যুমগী পুখ্রি মপান্দা নুংশিতোম্বীনা ঈশৈ ঙংলদুনা ঈকজগদবগী চেংঈ পুথোক্লুনা শেম শাবিবদু উকবে ।

হৌখিবা অহিংগী নুংঙাইবা প্রেমগী বাগদা নুংশিতোম্বী মাগী মপুবোইবগা পূন্না নুংঙাইববা ব্লাবী কযাগা শামিন্নখিবা মাগী থম্মোযনা পেনখিবা হবাও মথোই কাখিবা মাগী নীংজবা আশাবু মাগী মপুবোইবনা পীবীদুনা পেঞ্জবা ফংবা অদুনা ঙসিগী অযুক অসিদা যাম্লা ঙন্না ইকজবদুনা লৈবম্বনি ।

যামীনী হৌখিবা অহিংদা নুংশিতোম্বী অমদি মাগী মপুবোইবা অনীগী প্রেমগী বাগ অমদা তাউদুনা লৈবম্লবা অদুগা মদুগী শক্তম অমা যামীনীনা তাবা ফংবা অদুগা মাগী মপুবোইবা ডাক্তব জযগা উন্নদুনা ব্লাবী ব্লাতাই শাবদি ফংদ্রবা নিঙমদ্রবা যামীনী ঙসি অযুক্তা মতোমতা ঙবাং অহিং অথেংবা ফাওবদা তূম্বা যাখিদবা অদুনা মবম ওইদুনা যাহৌ থেঙবা মপুবোইবনা নীংবা থুংহনবীদ্রবা

নীংবা কাযববী যামীনীনি মবম অদুনা ঙসিগী নোং ঙানবদা মতম অযাম্বা কে মৌজবা পামজবা যামীনী ঙসিদি নীংবা কাযবী ওইববনা চেংঈ মনম নুংশিবা লুজবা পামদ্রবনী । মতম চুপ্পা কেবা মৌবা পামজবী যামীনী ওইববনা চেংঈ মনম নুংশিবা লুজবা পামদ্রবনী । মতম চুপ্পা কেবা মৌবা পামজবা যামীনী ঙসিদি মদুগী ওন্ন-তৈনবা শক্তম অমা ওইনা উবা ফংলিবসি মাগী মপুবোইবনা মাগী নীংজবা শকক থুংহনবীদ্রদুনা নীংবা কাযবা শকক ওইবিবনি ।

লেখক্না পীবন্নীবা যামীনী অমদি নুংশিতোম্বী অনীগী যূম্বাল অনীগী খেন্নবা শকক অদুগা মখোয অনী নক্লবা শক্তম অদুবু মযেক শেংনা তাকই । যামীনী থোইদোকপা শীংথানবা যাবী নুপী অমনি অদুগা মাগী যূম্বাল থোইদোক্না শীংথানবা যাবী নুপী অমনি অদুগা মাগী যূম্বাল থোইদোক্না মশীং পনবদা যাওদবা যাদ্রবা ইনাক খুনবা অমগী শক্তম মপুবোইবা অফিসাব মীনাই মীশন বেডিও, টেলিফোন, দুইতলা, মখল মখল কযা অৱাৎপা লৈতবীনী অদুগা নুংশিতোম্বী লাযববীনী যূম্বাল যূম অদু ক্বাক তোংবদা যাদ্রবা যূমনি মপুবোইবনা লুপা ১২৫ গী স্কেলদা ওইবা এল দি সি নি । মদুগী মথক্তা চানা থক্লবগীদমক্তা খাইবোক খেন্নবনি ।

মখোয অনীগী যূম্বাল চাং তম্নকববদি শকক কযা খেন্নে । সমুদ্রগা লাংখোংগা চাং তম্নবা হাযবদুনি অদুবু ঙসি নুংশিতোম্বী যামীনী অনী অসি চাং তম্নবা তাববসু যামীনীগী শকক খবদং নুংশিতোম্বীদা যাওদে পূম্নমক পুমখেন খেন্নবনি অদুবু মতম চুপ্পদা যাম্না হবাও-তযাম্না পেন্না নুংঙাইবা মওংদা যামীনী নুংশিতোম্বী অনী অসি কনানা হেনবগে হাযনা হংবা তাববদি নুংশিতোম্বী থোইদোক্না মপুবোইবগা থম্মোই থম্মোই তিন্ননা লৈবীনী মপুবোইবনা লুনা চান্না তৌবীনি মাগী নীংজবা কনাবু মপুবোইবনা থুংহনবীনী। অদুগা যামীনী। নুংঙাইবা ইমুংদা পোকপী নুংঙাইবা ইমুংদা ওঙবী ওইজববসু মাগী মপুবোইবা ডাক্তব জযগা মতম অযাম্বা পূন্না প্রেমগী ঈচেন্দা তাউথমীন্নবা ফংদ্রবী যামীনীনি মবম অদুনা থোইদোক্না যামীনী পেঙ্গদে ।

তশেং-তশেংনমক ঐখোয ঈশাগী মত পীবা তাববদি মীওইবা সমাজ অসিদা

*ঈনাক খুনবা মী ঙাক্তনা নুংঙাইবা ওইদে হায়বসি তশেং তশেংবনি অদুগা নুপী ওইবশিংগী খ্বাইদগী পেঞ্জবদি মৱা মপুবোইবনা মতম চুপ্পদা থানদবা অহিং* নুংথিল অনীদা থাদোকপীদবা লুনা চান্না তৌবীবা মসিদনা নুপীগী খ্বাইদগী অপেনবনি হায়বসি ইশাগী মতনি ।

নুংশিতোম্বীগী নুংঙাইবা শকক কযানি যুম শেগাইবা অহোবদা লৈজবা তাববসু মহাক্কী মতম চুপ্পা মপুবোইবগা থানদে পূকচেল খোয়জেল তিন্ননা লৈমিন্নে । মহাক্না পামজবা শকক কযা মপুবোইবনা থুংহনবীবা ঙশ্মী মবম অদুনা নুংশিতোম্বী মতম চুপ্পা হবাও-তযাম্মা লৈজবা ঙম্লিবীনী। মতাং অসিদা থোইদোকপা পঞ্জনিংবা মবম অমনা লেখক্কী ৱাঙাং কযা কা হেঞ্জিনবা অতাবা কযাগী থম্মোইদা থোইদোকপা নুংঙাইতবা শকক অমা ঐগী মীওইবগী মাঙদা তত্তনা উবা ফংই ।

নুংশিতোম্বী অমসুং মাগী মপুবোইবা অনীগী ৱাঙাং অসি খব খজিক তাবদা নুংঙাইতে ।

"ঐনা যেংলগা কৈদৌগে সে "

" মপান্দা লীৎলুখিগে "

" যাদে অসিদা লীৎলু "

" লাইমা ঙাওশিন্নখ্রে অঙাংশিং উদুনা তোক্লবনি"

অসিগুম্বা ৱাহৈ ৱাতা কযাসি অতাবা মীগী থম্মোইদা খব খজিক লেখক্কী হেঞ্জিনবা ওইগদবা মাল্লে নীংই ।

অদুবু লেখক্কী নুংশিতোম্বী অমসুং মপুবোইবা অনীগী মবক্তা চেল্লীবা ঈচেল অদুবুদি থোইদোকপা হেঞ্জিনবা থাক্কী মওংদা ইবম্মী, অদুগা যামীনী অমসুং ডাক্তব জয অনীগী পুন্সি অদুদি যূম্বাল যূম্লে,মখল কযা নুংঙাইবা শক্তম ওইনা উৎলম্বা ওইজবগসু সংসাবগী চৎনবী মৱা মপুবোইবা অনীগী মনুংগী ভাব অদু খব খজিক ঈচেন পীক্লা চৎপা শক্তম অমা লেখক্লা উৎথোকই ।

মদুগী খুদম্না -

"ঐহাক ঙাইহাক্তং পোথাবা যাৱা যেংগে , নঙসু তূম্মুবো"

## মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

ডা: জয় ফমুংদা কাখৎখ্রে অসিগুম্বা কযানা যামীনীগী নীংজবম্বা ব্রাখলগী তোপ-তোপ্পা মওং অমদা ঙাঙথোবকপা অসিনা যামীনী খজিক পেন্দে হায়বা শক্তম অমা উবা ফংই। যামীনীনা খঞ্জবম্বা মাগী মপুবোইবা হল্লকপা নীংজবম্বা অদু অশোমদা ডা. জয়না হল্লকপা মতমদা " নঙসু তূম্মুব্যো" হায়বসিনা যামীনী পেঞ্জদ্রে হয়বসু লেখক্লা তাকই।

## কবি চাউবা, কমলনচিংবগী কবিতাগা হৌজিক্কী মতমগী কবিতা অনীগী মরমদা খরদং

মণিপুরী সাহিত্যগী মবমদা নৈনবা অবাইবা নত্তে । নোভেল, দ্রামা, শৈবেংনচিংবা অমবু হেক্তা নৈনবা হাযবসি ইচুম-চুম্না খন্দোকপা যাবা নত্তে । কবিগুম্বা মতমদা লৈবুং ফমবদা মীযাম তিনবা মফমদা পাঙাঙ ঙাঙবদি থোইনা অকন্বা নত্তে। মসিগী মথক্তা ভাষন অমা ওইনা পীবা ফাওবা খব চম্না খন্দোকপা যাই । তশেংনমক অইবা লাইবিক ওইনা হেক্তা ফোঙদোকপা হাযবসিদি হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী অখঙ-অহৈ , মখল-মখাগী লোনগী সাহিত্য নৈনর্বিবিবা সাহিত্যকাবসিংগী মবক্তা চম্না তবাই-তবাইনা হেক্তা ফোঙদোকপা লুই । তশেংনক খবদং ফোঙদোকচবিবা ইশামক সাহিত্যবু যাম্না কূপ্না নৈনজবা মীশক অমসু নত্তে । ঙসিদগী চহি কযাগী মমাঙদা থেংনবকখিবা কবিতাশিংগী খূৎইগা ঙসিগী হৌজিক্কী মীবোলসিনা ফোঙদোক্লবক্লিবা শৈবেংগী শক্তমগা অনীগী মবক্তা অহোংবা খবদি লৈবগুম খল্লি । মসিমক্না ঐগী অমদি সমাজসিগী চেন্থবকইবা ঈচেলগা শোযদনা হোংফমদি থোকই হাযবসি সাহিত্য শূবিবা সাহিত্যকাবশিংনা হেন্না উন-খঙনববা ঙাক্তনি । ঙসি ফাওবা চত্থবকইবা সাহিত্যগী খোঙজেল অসিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী হাযবা ব্রাফম অমদি লেঙদনা অসুম্মক লৈবি । মসিমকসু তবাইনা চম্না খন্দোকপা যাদ্রি ।

ঙসি ফাওবদা চেন্থবকইবা ঈচেল অসিদা খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ ,সাহিত্য বত্রগী 'থাইনগী লৈবাং' থোইদোক্না শীংথানবা যাববা শৈবেংনি । মপূং ওইনা ঙসিগী সাহিত্যবু নুংশিবীবা লোযননা সাহিত্যগী লমদা খবদং থিজিনবীবিবশিংনা কবিবত্র চাউববু নীংশিংদবা খক ঙম্মোই । মদুমক্না লমদমসিদা লৈবিবা সাহিত্য শূবিবশিংনা মহাক্কী মফমদা থোইদোকপা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা মণিপুরী সাহিত্য

## মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

পাবিষদনা থোইদোকপা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা তোপ তোপ্পা উপাধি অমা পীবীদুনা ঙসি ফাওবা সাহিত্যকাবশিং অমদি সাহিত্যবু পামজবশিংনা মণিপুরী সাহিত্যগী মতিক মগুন লৈববা হেন্থোইববা কবি অমনি হায়না ইকাই খুম্নজবিবনি । কবি চাউবা, কবি বত্রগী উপাধি পীবিবনি ।

কবি চাউবদি প্রকৃতিনা থম্বীবন্না পোৎশক খুদীংমক মাগী মীৎযেংদা তোপ তোপ্পা থরায পানবা অমগুম লৌদুনা ফোঙদোকপা কবি অমনি ।

ইংবাজি কবি রার্ডসরাথকী মতৌগুম্না ঐখোযগী মণিপুরী কবি চাউবনি হায়না লৌনবিবনি । কবি চাউবা 'চীংগী লৈবাং' অমসুং হৈ-লৈ ঙম্নমক থরাই পানবা পোৎশক অমা ওইনা উই । মহাক্কী খ্বাইদগী চন্থা মওংদা অপাবশিংদা মৈতৈ কবিগী হেন্থোইববা মফোঙদোক হৈবা কবি অমনি ।

মহাক্কী 'মৈতৈ কবি' হায়বা শৈবেংদা কবিনা ফোঙদোক্লিবা মফোঙদোক থোইদোক্লা মবীক চূমই । নাবক্তা শাৎপা হৈবাং লৈবাংনা শীজিন্নফম যাওদন কেন্দুনা পৎতুনা মাঙখিবা, মসিগীদমক্তা খোযবাঙবা ফোঙদোকই । মসিগী মথক্তা মৈতৈ সাহিত্যবু কনানসু খঙবী-উবীদনা লৈববু কবিনা খল্লুবদা নুংনাংবা ফোঙদোকই । মণিপুরী লোলবু মবোমদোম খল্লকপা রাফম -

লাযবববী ইবোলনি<br>
খঙদবনা হায়বনি

মৈতৈ কবি লাকখিনি লামায ৫৯

মণিপুরী সাহিত্যগী মবমদা মহাক্লা ফোঙদোক্লিবা রাফমসি মযেক শেংই । ঐখোয ইমাবোল লাযববনা মণিপুরী সাহিত্য চাওখত্তবনি হায়বসি কবিনা যানিংদে । মণিপুরী সাহিত্য তশেংনমক লাযববা নত্তে , প্রকৃতিগী ফজবা নীংখিজবা পোৎশক্লা খূবক হাঙকদনা লৈববা লমদমসিদা কবিগী কবি রাৎকনি । মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা কবি শোইদনা পোক্কনি হায়বসি কবিগী লেঙদবা হোংদ্রবা রাখলনি । মসি পুম্নমক্কী মথক্তা কবি চাউবনা ইবন্থা শৈবেং কযাদা মপান লমগী কবি কযাগী মমি তাববা হায়বা রাহং অমদি লেপ্তুনা হংনফম থোকই ।

মহাক্কী 'তাম্ন লমগী চেক্লা অমদা' নচিংবা কবিতা খব পাকবদা সাহিত্য নৈনবিবা খবগী থস্মোযদা শোল্লি , রেযেন্টকী কবিতা খব নীংশিংহল্লি, মতাং খবদা

*ঙসি ফাওববা কবি খবগী পুন্সি হেন্না মনুং হুনজিন্না থিকববদি মান্ন-মান্নবা কথা শোযদনা যাওফম থোকই । মপূংদা কবি চাউবদি ঈশ্ববনা পীবন্নবা* প্রকৃতিগী পোৎশকশিংদা মৃন্ফম ওইবগা ইবা কবিনি । মবম অদুনা প্রকৃতিনা পীবন্বা হাযবসিমক্তবু চীং, পাৎ , তুবেল , মহৌশা কৌবী লাইবেন্বীগী খূৎশেমদি মফম পূন্বদা, লেঙদনা অদুম লৈবনি । অদুবু কবিগী মীৎযেং, মফোঙদোক্কী শক্তিনি । মপূং ওইনা চাউবগী শৈবেংশিং পাকবগা নোংচুপকী কবিশিং নীংশিংহল্লি মসিমক্না চাউবগী পুন্সি বোমান্টিক কবি অমনি । মহাক্কী সাহিত্য মমল নাইদ্রবা খুদোল কথা তন্নস্মী । মসিমক্না মহাকপু মণিপুবী সাহিত্যদা পীবন্বা অচৌবা শক্তমশিংগীদমক **সাহিত্যকাব** উপাধি পীবীদুনা ইকাইখুন্নবা উৎখ্রবনি মণিপুবী সাহিত্য নৈনবকপদা কবিবু খক থাদোকপা যাবোই ।

ডা কমল মণিপুবী সাহিত্যগী নৈনবোইশিংনা কৈদৌনুংদা কাউথোকপা খক যাবোই । মবম খব লৈবদগী কবি কমলবু মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা মাগী হেন্থোইববা গুণ খঙলদুনা 'কবিবত্ন' হাযবা মিংথোল পীখ্রবনি । কবি কমলগী 'লৈ পবেং' ঐখোয খক কাউথোকপা যাবোই । মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙহৌদা ঐখোযনা কবিগী ' লৈ পবেং' হাযবা শৈবেংগী লাইবিকসি নীংশিংদবা ঙমদে । মহাক্কী পুন্সিদা তোঙান-তোঙানবা শৈবেংগী লাইবিক থোইনা ইবমদে । মহাক্কী 'মাধবী' উপন্যাস, ' লৈ পবেং' শৈবেং খক ইবম্বতনি । কবি কমলগী থম্মোয ৱাফম ঐখোযনা নৈনফম থোকই । মহাক্কী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না ইবম্মী -

"কনা কনাগুম্বনা খল্লি মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিবা মৈতৈ অসি লাক্ষ অনী মখাইবোমতনি, অসুক যামদবা জাতি অমগী মনুংদা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা অসি মহে যানবা ঙম্মোই । তৌইগুম্বসুং মসিদা ঐনা হাযজনিংই, মৈতৈ মচানা তাবিবা অসি মণিপুবদতা নত্তে, অসামগী মফম অতৈ অতৈ ডিব্রুগড, শিবসাগব , শ্রীহট, শিলচব অমসুং তখেলনচিংবা মফমদসু মৈতৈ অমসুং মৈতৈলোন লোনবা জাৎ তাপ্রি , অদুগা মণিপুবগী অকোযবদা চীংদা লৈবিবা জাৎশিং অসিনসু মৈতৈলোনবু অনীশুবা লোন ওইনা শীজিন্নবি । মবম অসিনা মৈতৈগী মবক্তা সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা অসি ওইথোক্তবা নত্তে।"

অদুগা চহি অনী অহুমতগী মনুংদা মৈতৈলোনগী ঈশৈ অভিনযনচিংবা কযা থুনা চাওখৎলক্লিবা ; মযাংলোনগী লীলানচিংবা শান্নবদা মবোন্দি খঙদনা যেঙবা, হাইবতা যেঙদুনা তোকপদু হৌজিক্তি মবোল খঙলদুনা খ্বাইনা কযা পাম্নববা । মৈতৈলোন্না চাওখৎলকপা মতম অসিদা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিবদা লৈতেংনবা মতিক চাবা কবিগুম্বা কৎনবা লৈবাং অমত্তা লৈজদে, অদুম ওইনমক ছাত্র ওইবিঙৈগী মতমদা মৈতৈ লৈকোন্দা হৌবা লৈবাং অমমম অনীনীতং থিজদুনা লেংজহৌবা । 'লৈ পবেং' অমত্তং লৈজৈ ; লৈ পবেং অসি ভক্তিগী শেম্পাক্তা হাপচদুনা মৈতৈ সাহিত্য মন্দিবদা কৎশিনজববনি ।

মমাংঙৈগী 'লৈ পবেং' গী কপি অদু মাঙখিবা মবমদগী ফোঙদোকখিবা পত্রিকাশিংদগী পদ্যগী শককশিং অদু থিদুনা অমুকহন্না পূনশিন্দুনা 'লৈ পবেং' শেমজবে ।

তমেংলোং ।

ইং শোক ১৯২৯, মেবা পুর্ণিমা — গ্রন্থকাব

ডাক্তব শ্রীকমল সিং

কবি কমলগী লৈ পবেংগী ব্রাহৌদোক মবীক চুম্না ইবম্বা ব্রাফম্নি মথক্কী অসি, তশেংনা কবি কমলসু মণিপুবী সাহিত্যগী লমসিদা যাম্না থব্রায যাওবা মীশক অমনি হাযবসি মহাক্কী ব্রাহৌদোকসিনা মযেক শেংলে ।

ডা কমলগী পুন্সি মতম খবদং শাংলম্লবদি মশীং নাইদনা কবি কমলগী মখল মখাগী শৈবেং থেংনবমগনি অদুবু ওইথোকখিদ্রে ।

"মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈবাং,
থাববসু সমদ্র ব্রাংমদসু
শাৎলুসনু ভাবতকী বিশ্ববিদ্যালযদা ;
কবি ঙল্লোইদগে "লৈ পবেংনা তক্তবদি।" লমায (৩)

মহাক্কী শৈবেং অসি পাকবগা ঐখোযদা ফাওবিবা ইহুন তশেংনমক থাক ব্রাংলবা মাগী শৈবেং মফোঙদোক্লি । কবি কমল লাইপোক্লি হায়বা ফাওবা যাই । মহাক্কী ' লৈ পবেং' হাযবা শৈবেং ১৮ অসিদা ফোঙদোক্লিবা

মফোঙদোক মবীক চূশ্মী মহাক্কী 'বিশ্বপ্রেম'

শনবিক পবে নুংশিবগী ,
হক্তোক্কুনা নুংশিবগী ঙকশমদগী
যেকনবদা শিবিবা ঙম্লবা
প্রেমিক কৌই নুপাদু অশেংবা । লমায (১৪)

থোইদোক্লা নুংপানগী অর্থ চেল্লবা মহাক্কী খুৎইনি মণিপুবী সাহিত্য কযা কযানা নাংশিংদুনা লৈবগদবা ফজবা খুৎইনি । অমুকসু মহাক্কী "নীবব বজনী" দা অসুম্না ফোঙদোকই ।

নিদ্রা কদাই - শান্তি- কদাই - কদাই থাবল ,
খঙলে অনাবনা হেঞ্জিল্লক্কবদা,
অবেম্বনি হিদাক অবেম্বনি সেবা,
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হিদাক্কি অথোইবা । লমায (১৭)

কবি কমলগী খুৎই তোপ-তোপই । মীওইবগী পুন্সিগী মনূং হুঞ্জিনবা মপূংদা শাবী-শানৌগী নুং- পানগী মশক মযেক শেংনা ঊৎপা ঙম্বা কবি কমলনি । মতমগী থোঙলোই মতমগী ইহূন খঙলবা কবিনি ।

মহাক্কী শৈবেং ১৮ খক্তা যাম্না হেন্না কৃপ্না নৈননিংঙাই লৈ । কবি কমল ঙসিগী তুংগী পুন্সিবু মশক খঙনা ফোঙলম্বা কবিনি ।

মখোযগী মখা শমথবকপদা শৈবেংগী খুৎই মান্নবপ তৌবা দবেন্দ্রজিৎ , মযুর্ধজ্জ নচিংবা কযাগী মখল মখাগী শৈবেংশিং লৈখ্রে । মপূং ওইনা মখা তাবকপদা ঐখোযনা কাউথোকপা যাববোইদবা মণিপুবীগী মোর্দন কবিনি হাযনা শকখঙনববা নীলকান্ত ,সমবেন্দ্রবুসু থাদোকপা যাবোই । মখোযগী মখা তাবকপদা শ্রীবীবেন, থাংজম ইবোপীশক, মধুবীবনচিংবা কযা মমল যাম্লবা শৈবেং কযা লেপ্তুনা পুথোবকই । মতমসিদা পুথোবকপা শৈবেং অযাম্বা হৌজিক্কী মীবোলদা যৈবীবা চৈফৃদা শাদোং ওইবনি ।

মসি পূম্নমক্কী মখা তাবকপদা শোক ১৯৭০ অসিব্রাইদা পুথোবকপা কবি বতনকুমাবগী "শেগাযববা কুবাংবান" নৈনবা যাই । ঙসি মীবোলসিনা খঙবীদ্রবা বতনকুমাবগী খুৎই তোপ-তোপই হাযনিংই তশেংনা

অকাম-অপেৎ, মযেক শেংনা ফোঙদোকই । ২১ শুবা চহি-চা অসিদা মহাক্কী "শেগাযববা কুবাংবান" নহাবোল, অহল্লোন সাহিত্যবু নৈনবিবশিংনা নোংমতা মমিং ফাওবা পনদে । মহাক্কী শৈবেং ২৪ না শাবা লাইবিকসি মতমদুদা তোপ -তোপ্পা মখলগী শৈবেং মখল অমনি ।

শুনুগুম ঙৌববা থাবাক্কুম থোৎলবী
মোনপাক ফিদক অমদি মোনপাক মথক্তা
হৌজিক ঐগী কুবাংবান ফিজোল পক্তে ।

শেগাইববা কুবাংবান লমায (১)

মহাক্কী কবিতা অসিগী খুথা খুৎই থোইদোক্লা মকা লান্না মযেক শেংনা ইথোবকই । মসিগী মখাদা অমুকসু অসুন্না ফোঙদোকই ।

"চ্রেৎ চ্রেৎ লাউনা শেগার্যখিবা কুবাংবান্দগী চেন্তবকপা
ঙাংশং ঙাঙবা ঈ
নপথোকই তপ্পা তপ্পা কবিতাগী মুকচাবীনা।"

কবি বতনকুমাবগী মকা ফোংলবা খুৎইনি মসিমক থোইদোক্লা মশক নাইববা মতমদুগী মনুংদা পুথোবকপা শৈবেংশিংগী মনুংদা অমনি ।

শোগাইববা কুবাংবান লমায (১)

মহাক্কী শৈবেংশিং খবসিমক মতমদুগী তোপ-তোপ্পা খুৎই অমনি । কবি বতনকুমাববু শৈবেংবা অমা ওইনা হৌজিক্কী মীবোলসিনা শকখঙবীদবসি চন্না খন্দোকপা অমনি । মহাক্কী মখাদা ফোঙলিবা শৈবেংগী শকুক খব ঙসিগী সাহিত্যকাবশিংনা থিজিনফম থোকই । হৌজিক্কী মতমসিগী সাহিত্যকাবনা মপান্থোংগী মীংচৎখক্তবু শকখঙবা অমা ওইনা তৌবসি খব কৃপ্পা যেংশিনবগী মথৌ লৈবি ।

মসিগী মখা তাবকপদা থাংজম ইবোপিশক্কী শৈবেং নীংশিংবা তঙাইফদে । মহাক্কী খুৎইসু ঙসিগী সাহিত্যকাবশিংনা নৈনবি মহাক্কী -

" নোংমা ঐহাক কামগী পেন্নবা থিবদা
থৱান থাগী মযায কাববা হূই ওইখি ।
ও: ঐহাক মিহুন অমত্তংনি কান্নদবা

অশিবা শক শযাং মুর্ত্তিগী।"

অপাইবা থব্রায (২৯)

থাংজম ইবোপিশক্কী খূৎইদা মমাংঙৈগী কবিশিংগী খূৎই ফোংনা থুগাইনবা চগুশিল্লকই ।

১৯৭০ গী মতম অসিব্রাইদা কবি বতনকুমাব, ইবোপিশক, মধুবীব যঙ-যঙ লাউনা পঙচাউ-চাউদবা শৈবেংগী লাইবিক কযা পুথোবকই । মধুবীবগী খূৎইদি মথক থোংবশিংগী তুংইনবনি হাযনিংই । অদুগা ইবোপিশক , বতনকুমাব অনীদি তোপ-তোপ্পা মখলগী খোঙজঙনি হাযনিংই । ঙসিমক্কী অনৌবা কবি কযানা মশা মশাগী মনীং তম্না মকা লামনা ফোঙদোক্রবক্লি। তাঙ্কক খবদা শৈবেংবা কবি খবদি সেক্সনা মপূং ওইবা মফোঙদোক লৈখ্রে ।

ঙসি নহাবোল কবি কযা লেপ্তুনা থোবক্তুনা মণিপুবী সাহিত্যদা মখল মখাগী শৈবেং কযা দান তৌনবকলি । মসি পূম্নমক মতমনা যৈবকপা চৈফূ ঙাক্তনি । ঙসিদি নোংম নোংমগী নীংবা কাযবগী থম্মোযগী ব্রাকৎ কযানি । চহি খবসিদা লেপ্তুনা চখুবকপা কবি কযা লোত্তুনা লৈবম্মী । শ্রীব্রজকুমাব শর্ম্মগী "স্পার্তকস" পুথোবকই । মহাক্কী পুন্সিদা শৈবেং খবদং ইবল্লবসু মহাক্কী শৈবেংদা মনুং হুনজিনবা ব্রাফম খবদি ঐখোয উবা ফংই ।

মহাক্কী "মে দে"

ঈখেং শীন্থবম্মী
যাম্না তপ্না
তোল্লবা শিন্মীশিংগী মৈশানা চপশল্লব্বা থবোম্বীশিং
নৈহৎপিবনা চোকথববা কুলি কযা কযা
মীনায লিশীং কযাগী হকচাংদগী চাইথোকখিবা
শক মচেৎ মচেৎশিংদা
উফুল ওইনা খোঙ্গাওনখি নেশা কাববশিং
অদুগা নীংতম্ববু নৈহৎপিবম্মী ।

স্পার্তকস লমায ১৯

১৯৭৪/৭৫ দা শশীকুমাবগী "ইম্ফাল সহব" ফোঙই । মাগী শৈবেং অযাম্বা কনাগী মীতৌ তম্বা যাওদনা মতমদুগী ইম্ফাল সহবগী মযোম্দা চখুবকখিবা

তরু তরু শেংনা ইথোবকই ।

লাইবকোনগী মীকপখোল
শেগাইববা ব্রাগী খাংপোক্তগী
চাননবা ফংদ্রদুনা যাওন্নবি ।
পূক পাযদুনা ওল্লি
চৈবি ঈশ্বব পন্দুনা ॥ "ইম্ফাল" লামায ৬ ।

অমুকসু ইম্ফাল সহবগী অমোৎ-অকাই কাচিন যৌনা উবকই ।

"শেন্দ্রাংনবু কবি তৌনি খল্লী সুপ্পতগী শেন্দ্রাং অমতনি ।

. . .

. .

সঙ্গু সঙ্গু চাকতাবী যেংলুবদা ফৌ শংবায
ব্রাই ফৌহাম ঙাক্তো সেন্দ্রাং লমায ২ ।

অদুগা মহাক্কী শৈবেংশিং অযাম্বা ইম্ফাল সহবগী মযোন্দা যেংলকই খব লৈবগা

ইচা তূমখ্রে লাংগনু
মমৈদা মীতোপকী অঙাংমচানা
যূম মৈ থাববে

কযাদা কনখ্রবা মহাক্কী শৈবেংগী শাফূনো মসি হৌজিক্কী ইম্ফাল সহবগী ব্রাবী মযেক শেংলকই । অমুকসু

মফম খুদীং যূমগী যূম
নলা কযা লৈশিল্লক্তবে । সহব লমায ১০ ।

শশীকুমাবগী 'ইম্ফাল সহব' শৈবেং অযাম্বা সহবগী মশক শেংনা তবং-তবং অপাবশিংগী মীৎমাঙদা শঙ-শঙনা উৰ্হল্লি ।

কখুলোংগী মনীং
কৈশামথোংগী কবুইগী মনীং
মফম কযা কযাদা
ওকথি যেন্থি মীথি
অপুম অশা মহিক মনায

পূম্নমক নম্বুল তুবেলগী ঈবোম্নুংদা "খণ্ডদ উদবা" লমায় ১৭। অসুম্না ১৯৭৪/৭৫ দগী মতমগী মতমগী শৈবেং কয়া থোবকপা, খুৎই কয়া মমাঙঙৈগী কবিশিংদগী তোপ-তোপই। অমুকসু মখা তানা ফোঙলকই।

গনতন্ত্রগী নামাদা ইনবি,
হাযনিংবা ঙাঙনীংবা দেমকিযাব
মচিন মনাও অহল লমন ফমিন্ন যাদ্রে।
তামিন্নবা যাদ্রে। পামিন্নবা যাদ্রে। কবি নহা লমায ১৯।

মতমগী ওল্লকইবা যাওন্দা কবি নহাবোলশিংনা ইনবক্লিবা শৈবেং কযাদা খোনচোপ মীওইবা জীবগী অবোল-অথুপ কযাবু ফোংনা ইনবক্লিবা মতম অসিৱাই ফাওবা শৈবেং ইবা মীগী মীশক যাওবমদে।

শোক ১৯৮০ যৌবকপদা মণিপুবগী লৈমাযদা লালহৌবগী মখল মথেল শৈবেং কয়া ইবকই। ঙসিদি নহাবোল কবিতা ইবা মী মশীং খঙদনা লৈবে। কবিতা অযান্বা পেনদবা নীংবা কাযবগী, মীহাৎ- মীপুননা বোম-তোপকী অকি- তুজুংবা কর্যানি। মসিগী মনুংদা একাদেমীগী মনা ফংলবা নহাবোলগী মশীংসু নীংথিজনা লৈবে। ঙসিমক ইনবকলিবা শৈবেংগী খোঙজেল যাম্না যাঙই। মপূং ওইনা পেন্নদবা নীংবা কাযবগী খোল্লাউনি।

কবি বাজেন কবিবাজ, উলেন মীতৈ, যুগেশ্বব ৱাইখ্যা, কেংবা যেংখোম, বঘু লৈশাংথেমনচিংবা কযানা মওং তাব-তাববা ফজবা শৈবেং কযা মশীং নাইদনা নোংমগী লেপ্তনা ফোঙনবকই। চহি নৌবিবা নৌবিবী কযাগী শৈবেং মশীং খঙদনা পুথোবক্লি। মতমসিগী মীওৎ- মীনৈ মীহাৎ-মীপুন কযাদা হেন্না কনবা ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নদুনা শৈবেং লেপ্তনা ইনবকই। তশেংনমক মণিপুবী কবিতাগী অইবা মশীং খুৎ থেকপা ঙমদনা লৈবে। ঙসিদি মণিপুবী সাহিত্যদা শৈবেংগী ঈচাও অমা থোক্লে হাযবা ফাওবা যাবে। অদুবু শৈবেংগী মপূং ওইবা মশক তোঙান-তোঙানবা শক্তমদা তোঙান-তোঙানবা মফোঙদোক্তা ইনবকপা ঙাক্তনি। কবি নহাবোলশিংগী শৈবেংশিংদা ফজনা নৈনবা যাবা কযা যাওদবসু নত্তে। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা চহি ১৭/১৮ দগী চহি ৪০/৫০ গী মথক্তা লৈবা

অইবা অইবী কযাসু লৈতবা নত্তে ।
মপূং ওইনা ঙসিদি নুপী ওইবীশিংগী মশীংসু অঙকপা ফংনা ফোঙদোবকই । নুপী অইবশিংনসু পেন্দবগী খোল্লাউ, মতু শোনববু তৃহৎ-নৈহৎপীবগী তেংথাখোল মকা লাম্না ফোঙদোবকই । মণিপুবী সাহিত্যদা নুপী অইবী কয়াগী মফম ফজনা নৈবে ।
নুপী অইবশিংনা দাবী মখল অমা তৌবি । নুপীবু মীগুম খন্দবা, নুপীগী নীংতম্বা ফংহন্দবগী খোল্লাউ মযেক শেংনা ইনবকই । মসিমক হৌজিক্কী মতমদা খুমাঙ যাঙনা চঙশিল্লকইবা খোঙজঙ অমনি । নুপী অইবীশিংনা চঙশিল্লকইবা সাহিত্যগী ঈহৌ ঙসিদি থাক ব্রাংনা লাক্লে । মসিমক নুপা- নুপী অনীগী আধিকাব মান্নহনগদবনি হাযবা মীৎযেং অশোমদা লূম্না চঙবা মচং ওই । মসিমক খবদি হেন্না কৃপ্না খন্নবা মথৌ লৈবি । নুপীনা ঈশিংনি , নুপানা চীংজাওনি, হাযর্বাস চাউনা খেন্নবগুম মীৎযেং অশোমদা থম্বগী তঙাইফদবা লৈবি । মসিদা যাম্না নহা ওইবিবা অইবী অঙোম সবিতা মাগী "মী অমসুং শা" হাযবা লাইবিক্তা মোং হাদবা খুৎই থোবকই,

"হিংচা য়াইতম্বগী লৈবাকসিদা
পোকপগা ঐ
কুবাও হংচন্দুনা লৈবমলে ।" মীহাৎ অসিদা ঐ(১)

শৈবেং মতেক অসিনা অমুকসু মীৎযেং অনী থোক্লা ফোঙদোকই । মীৎযেং অমবোমদা ঙসিগী খুন্নাইগী তঙদু-লৈতাদ্রবা সমাজ , নাকল অমবোমদা নীংতম্বগী খুবৌ থাংবা পুক্সি মবেল নৈনবা যাই । অমুকসু নুপীদি

" থেন্দুনা থম্বা পোৎশক নত্তে
মিকাবা কনাগী
মীৎকী মমাঙদা " নুপীগী শক্তম (৯১)

নুপী ওইবীশিংগী পুক্সিগী মশক ফজনা ফোঙদোকই । ঙসিগী সমাজগী চৎনবক্লিবা খোঙচৎতা পেন্দবগী খোল্লাউনি । নুপীবু শান্নপোৎ ওইনা লৌনবকপা -

ঐ শিবগী মবম খঙদে

ঐ মীচম্নি হায়বসিখক্তি খণ্ডি ঐ শিবগী পাউদম (৯৫)

ঙসিগী ওইবিবা মোৎলবা সমাজগী ঈচেলদা অইবনা ফোঙদোক্লিবসি ময়েক শেংই। মণিপুব সমাজগী কাযথবক্লিবা মশক ময়েক শেংনা উৎলি। তুংদু লৈতাদ্রবা পুন্সি মবেল, অশিবতবু মাঙজবগী পেন্দবা খোল্লাউনি ২১ শুবা চহি চাসিদা নুপী খোঞ্জেন ব্রাংনা মকা লাম্না ইনবকপা শৈবেংশিং মশীং খণ্ডনা চোংথোবক্লি। মপূং ওইনা মপান্থোক্লা মীযাম্না শকখণ্ড-মাযখণ্ডবীববী অইবী কযা লৈবে। মখোয মনুংদা খবদংদি ইবেমপিশক, ক্ষেত্রি সুবদনি, বব কন্যা কুঞ্জবানী,গম্ভীনী,ডা·ইবেমহল, ডা শান্তিবালা, মেমচৌবীনচিংবা কযাগী মপানথোক্তা খোঞ্জেল ব্রাংনা লাউবকপা সাহিত্য শূবিবশিংনা মযেক শেংনা খণ্ডনবা ব্রাফমনি।

মসিগী মবক্তা নুপী ওইবীশিং মতম অমগী নুপাশিংগী মখাদা লৈগদবনি হাযবগী মাযযোক্তা ফোংনা শীংনবকপা মযেক শেংনা ইনবকপা শৈবেংগী তোঙান-তোঙানবা মফোঙদোক ঐখোয উনবে। মসিনা মসি ওইখ্রবসু মপান থোক্লা সাহিত্যকাবশিংনা শকখণ্ডবীদ্রবী শৈবেং ইবী কযা মশীং নাইদনা লৈখ্রে। নাবক্কী কেতুকীগুম মকা লামদনা থম্মোযগী নুংহিক্লবা মপাউ কযা সাহিত্যকাবশিংনা থিজিনবগী মথৌ লৈবে। ঙসিদি মণিপুবী সাহিত্যদা নুপা অইবশিংগা চাংদম্নবা যাবা খোঙফম লাক্লে। চথবকলিবা সাহিত্যগী ঈহৌসি চম্না তবাইনা লৌকবা যাবা মতাং ওইদ্রে। মসিমক ওইদুনসু নুপা-নুপী অনীগী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবদি, ঈশ্ববনা পীবকপা, শীংনবকপা হকচাংগী ফিভমদা নুপা নুপী অনীগী খলদি চপ মান্না লৌকবদি যাবা খক ঙমফম থোক্তে। লাযববা লৈবদগী ইনাকখুনবা লৈবনি, অঙৌবা উবা ফংবদগী অমুবা উবা ফংবনি। অচৌবা লৈবদগী মচা থোবকপনি মীওইবা হাযবা জীবসিবু শেম্বীবক্লীবা ঈশ্ববনা মসিগী খেন্নবা মপূং ফানা থন্নম্মী হাযবসি ঙসিগী মীওইবা জাতিনা কাউফম থোক্তে। ডিমোক্রেসিনি হাযদুনা মনীং তম্না হাযনীংবা ঙাঙনীংবা ঙাঙবদি যাই। অদুম ওইনমক মথোং হুক্তবা ব্রাফম কযাদি খবদং হেন্না খন্থফম থোকই, ঈশ্ববনা শেম্নকপদা নুপা-নুপী অঙাং অহল খাযবিবনি হোংদোকপা খক যাবোই। মীওইবগী মনুংদা হকচাংগী কয়াৎ শেম্নকপদা খেন্নবগুম, পা-পীগী শক্তিসু

খেন্নফম থোকই । অদুম ওইনমক মীগী মবক্তা খেন্নবা লৈবে হায়দুনা পা- পীগী তোপ তোপ্পা মফম অমদি কঞ্জনফম থোকই ।

২১ শুবা চহি চা অসিদা নুপী অইবী কযাগী খোল্লাউ মাযকৈ কযাদগী লাউবকপা ঐখোয় মযেক শেংনা খঙনবক্লে । অইবী "অখোম য়ান্দিবালা" না অসুম্না মহাক্কী "নুপী" হায়বা শৈবেংসিদা

"ঐ কি তশেংনা থজবা
নহাক্কা পুন্সি কযাবু
.. .. .
নুপী কযাবু
নীং তম্না
হিংহৌনবগীদমক ।" লাই মথা শাবি লমায ৪১

ঙসিদি নুপী অইবী কযাগী মবক্তগী লমদমসিগী সাহিত্যবু শৃবিবশিংনা শক খঙবীদ্রবী অইবী কযা নাবক্কী কেতুকীগুম লোন্না-থুপ্না মশীং খঙদনা লৈবে । অমুকসু "নর্মদা ক্ষেত্রি" না মাগী শৈবেং "নুপী" দা অসুম্না

" হে নুপী
নঙসে মহাপাপকী মশক্তি
অমুকসু , মহা পুন্যগী মশক্তি ।
নুপী
হাযনৈ নঙসে
মমায অনী লোঙবনি
মহা কালিগী শাযোন্নি ।
..
লানগী মবেম্মনি ।
শান্তিগী লাইবেম্বীনি ।" মপাউ লমায ৪৩

নুপীগী অকনবা অশোনবা অদুবু তৌবা ঙম্না কয়াবু মযেক শেংনা শৈথাবকই । নুপীবু তবাই-তবাইবা নত্তে হায়বা মযেক শেংনা ফোঙদোকই অমুকসু "খ্বাইবাকপম সুনিতা" না নুপী থম্মোয মকা লাম্না নুংহিক্লবা মপাউদা অসুম্না

"থম্মোয় কনবীনি চৈবীনু
লোন্না চাকপা মৈচাকপু
মৈবী থোক্কে নীংবীনু ।"

কংলৈ লৈহাউ লৈবেন লমাই ২৭

নুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়গী পেন্দবা খোল্লাউ, পাঙ্গল শোনবী অমগী পেন্দবগী খাঙমদ্রবা মপাউ মযেক শেংনা মকা লাম্না ফোঙদোকই । নুপী অইবী মশীং নাইদনা শৈবেংদা খুৎ থাবকই । শৈবেংশিং নৈনবা যাবা কযা যাওই । নুপীশিংগী থম্মোযগী ব্রাকৎ থম্মোয শোক্লা তেংথাবকই । মহাক্কী "পাঙ্গল শোনবীগী মপোকসে"

"পাঙ্গল শোনবীগী মপোকসে
ঙসিদি অসুম অসুম কুমথগ্রগনি
চিংখৎপীবা লৈতনা
পাঙ্গলবা মীনম্বা শাগী মবক্তা
লম্মাংননা চৎনবা লম্বী তম্লা ।"

প্রলযগী খুৎশোক্তা লমায ৮০

কবিগুম্বা মতমদা নুপী ওইবীশিংনা ঙসিগী মতমসিদা ঙমদবা কবিবু লৈবগে হাযবা চাউববা ব্রাহং অমসু মীযামদা হংলকই । তশেংনমক নুপীবু পাঙ্গল শোনবীনি হাযবসি যানিংদ্রি।

" হে ' নুপী
নুপী নঙনা ঙমদবা কবিবু লৈবগে
অব্রাবসু ওইহল্লি, নুংঙাইবসু ওইহল্লি,
কল্লকপসু ওইহল্লি, যেংথিবসু ওইহল্লি,
অফবসু ওইহল্লি, ফত্তবসু ওইহল্লি।"

অনৌবা যেন্নীং অমগী লমায ১২৪

ঙসিদি মণিপুবী সাহিত্যদা নুপী অইবীশিংনা মখোয় নুপী ওইবীশিংগী নুং পান অমগী থম্মোয় ব্রাকৎ মকা লাম্না মনিং তম্বা ফোঙদোকচবগী মতম ফজনা লৈবে । মবম অদুনা নুপী ওইবী সাহিত্যবু সেবা তৌবা পামজবশিংনা

নুপীশিংতগী ওইবা শক্তম লেপচনবগী মতাং য়ৌবক্লে । সোবীতানা মাগী শৈবেংদা অসুম্না ফোঙদোকই ।

“ নুংহিক্লববা থম্মোয নঙসু
কনশিনখবো নুংগী মতৌগুম
ইকাযবা খঙদবা মীৎকী পী
লেপখবো নঙগী ঈচেলসু
তাবীনবা লৈতবা নঙগী ব্রাকৎ
ব্রাকৎলুবগী অর্থবু থোক্লিববা
মমল নাইদবা পিবাংশিংনা
লেল্লিববা নুংশিবগী পিবাংশিংনা
লেল্লিববা নুংশিবগী মগুন ”

অমনবা ডাইবী লামায ১৫

নুপী অইবীশিং ফোঙদোকপ ঙমদ্রবা থম্মোযগী ওমদুনা চাক্লবা ব্রাহৈ কয ঙসি মপান থোক্লা পোখাইবা হৌবক্লে । মনিং তম্না অপাম পামদা খনজবা ঙমলে ।

“তলা পামেল ব্রাংথোইবা
মপাল মউ লিংদুনা
লৈমা তল্লে ঙসিদি ।”

পাল্লিবদি শান্তিনি লমায ৪৬

মতম অমগী নুপী অইবীশিংবু কাখু অমগী মনুংদা থল্লস্দু ঙসিদি মকা ফোংনা লাউজবা ফংলবদা মনীং তম্না মশা-মশাগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবক্লে । নুপী ওইবীশিংগী পুন্সি অনী হং চন্দুনা থল্লম্মী হাযবা খবদি খঙনববসু ঙসিদি মদুদগী নাম্হোবক্তুনা মশানা মশাগী মফম অমা মবোমদোম থিজবকই । কনাগুম্বী অইবী অমনা মবোমদোমগী ব্রাকৎ নত্তে , মশাগী পেন্দবা নত্তে অদুম ওইনমক নুপী অইবীশিংগী তোপ-তোপ্পা মফম পীদবা যাবোই । ঙসিগী ২১ শুবা চহিচাসিদা নুপী ওইবীশিংগী মফম অমা পীদবা যাবোই হাযবা ব্রাফম অমা য়াম্না ইচঙ থৌনা চঙশিল্লকই ।

# মণিপুরী সাহিত্যগী মওলান

মপূং ওইনা মতম অমগী চাউবা, কমল মযুর্ধজ্জনচিংবা কাউথোকপা খক যাবোই। ঙসিগী মীযাম্না বাজনীতিবালা অমা ওইনা লৌনববসু নেতা ইবাবতকী শৈবেংশিং তোপ-তোপ্পা মশক অমনি। মতম অমগী হৈবাং, লৈবাং, নুং মিনুংওন গী মনুংদা ময়েক শেংনা মকা লাম্না ইবকপা বতনকুমাব, ইবোহলনচিংবা কযাবু নীংশিংদবা য়াবোই। মখোয খৃৎইনা সমাজদা পীবম্বা ইথিল কয়ানি।

নীলকান্ত, সমবেন্দ্রনচিংবা শক্লাইববা কবিশিংগী মবক্তা শ্রীবীবেন, আব কে মধুবীব, যুম্লেম্বম ইবোমচানচিংবা হুন্দোকলম্বা খক য়াবোই। নীংবা কাযববা অশাওবগী মখোল হৌনা থোবকই। বীবেন্দ্রজীৎ নাওবেম, লনচেনবা, শবতচান্দ, বঘু, ভুবন, মখোযগী শৈবেংশিংদা মখল মখা শিম্বল শীজিন্নদুনা ফোঙলকই।

মথক্তা মমিং খবদং পঞ্জবিবশিংসি নত্তবা মণিপুবী সাহিত্যগী অনৌবা, অওনবা, অহোংবা নীংবা কাযবগী চৈথেং ফংলবা অইবা, অইবী কযানা ঙসিগী সমাজগী ফিদমবু শীংনদুনা মখল মখাগী শৈবেং কযা ফোঙনবক্লি,কেংবা যেংখোম, যুগেশ্বব ব্রাইখ্বা, সলাম তোম্বা, ইমোজিৎ, নন্দ, দোনেশ্বব কোনসম, উলেন মীতৈনচিংবা কযানা ইমেজবি সেতযাব ত্রেডিসনদা যূম্ফম ওইবগা অপাবা কযাগী নাকোংদা চঙশিনবা ঙম্নবা থম্মোয থূম্না চঙহন্দুনা মণিপুবী সাহিত্যগী পূক্কৈদা মখল মথেলগী খুদোল তম্লিবসিমক অনৌবা অওনবা, অহোংবা সমাজ অমগীদমক যূমফম থোনবনি। ঙসি থোবক্লিবা শৈবেংগী লাইবিকশিং অমমতা ওইনা পুথোক্তুনা নৈনবা যাববা নুং পানগী মশক ময়েক শেংলবা শরুক কযা ঙসিগী সাহিত্যকাবশিংনা থিজিনফম থোকই।

## লাইবেল্লাবা যাওল্লে, নুংগী ওইবা ৱাফম খরদং

মথক্তা পীবীবা ৱাফম হায়বদি "লাইবেল্লাবা যাওল্লে" হায়বসি মৈতৈগী লৈবাকনিংথৌ পানবগী চৎনবীগী মতুং ইন্না যাকৈবদা শৈশক্রবা মতমদা যাওবা ৱাহৈশিংনি । ৱাফম অসিগী মবমদা শুগাইনা নৈনদ্রিঙৈগী ৱামাংদা ৱাহৈশিং অসিনা শীজিন্নবদা যাওবিবা যাকৈবা হায়বিবসিগী মবমদা খজিক্তং নৈনবা দবকাব ওই । ৱাফম অসি মমাংঙৈগী মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা নিংথৌদা লেঙবা চেপ্লাঅমদি চেপ্লদগী লেঙখৎপদা পেনা থৌগল চঙঙি,ৱাবম অসি অমুক অর্থ অনীথোক্লা লৌনবম্মী । নিংথৌনা লেঙবা মতমদা চঙবা মতমদা পেনানা লোযযিল পেনা হায়না খঙনবম্মী অদুনা নিংথৌনা চেপ্লা অমদি লেঙখৎপদা চঙবা পেনানা খম্মিল পেনা হায়না কৌনবম্মী । খম্মিল থৌগল চঙবা স্না কোনুংগী অশৈযবশিংনা পেনা খন্দুনা নোংঙাল্লকপগী পুংজাদা হায়বদি নোংপোক চীঙ্খৈ মঙাল লোকপদা ঈশৈগা লোযননা নিংথৌগী সনা খুযাদা লেঙখৎপা মতম ওইবে হায়না হঙ্গৎপবু যাকৈবা কৌনৈ । অদুগা শক্লিবা ঈশৈদুনা যাকৈবোল হায়না খঙনৈ । পীবিবা মথক্কী ৱাফম অসিসু অসিগুম্বা যাকৈবোল হায়না খঙনবক্লিবা ঈশৈ অদুদা যাওবা নোংঙোল্লক্লে হায়বগী অর্থ তাকপা ৱাফম অমনি ।

> ৱাফম অসিনা
> শীজিন্নবা মওং

মৈতৈ লৈবাক্তা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌশিংদা "চীঙু খোযমোম লাইনিংথৌ" হায়বা ৱাফম অসি মিঙ্খেবোল ওইনা কোলোইনৈ । মসিনা পুবিবা অর্থনা মঙালগী মশক ওইববা থৌজালগী মশক ওইববা লেংঙি- পাল্লি পুম্নমক্কী মবুংঙো হায়বনি । অতিযা গুক শিদবগী মপুং ওইবা শাযোল ওইবিবা লায়িংথৌ অপানবা (নুংশিৎনা) নোংমদোল অসুম

> মৈতৈ নিংথৌদা
> মিঙ্খেনবা ক সনা
> পাখংবগী মবি মখোং

পাল্লকপদগী নোঙ্খাদসু অমুক পাল্লগে ব্রাখল তৌদুনা লাইবেললোক্তা যাবীবোক্কী সনাপীবুক্কুংদা ক:সনা পাখংবা হায়না শায়োন তৌবগা কংলাগী অহানবা নিংথৌ ওইখি। অদুদগী নিংথৌবু মহাক্কী মশক্কী অমদি মঙোন্দা (নিংথৌদা মহাক্কী ক:সনা পাখংবগী) মঙাল চংঙি হায়না লৌনখি অদুনা মহাক্কী মিঙ্খেবোন্সি নিংথৌদা (মৈতৈ নিংথৌদা) কোলোইনখিবনি ব্রাফম অসিসু লাইবেল্লাবা হাযবিবা অসিনা খব খজিক নকশিন্ননা মবি লৈননা উই।

| ব্রাফম অসিনা চপ চানা তাক্লিবা অর্থগী মবি মখোঙ |
| --- |

"লাইবেল্লাবা য়াওল্লে" ব্রাফম অসিনা পুবিবা চপ চাবা অশম্বা অর্থদি নোং ঙাল্লে হাযবনি। অদুবু শুপ্পতগী নোংঙাল্লকপগী শক্তম শক্তাকপা ব্রাহৈ খবসিদা মনুং হুঞ্জিল্লবা অর্থ হাযবদি ওম্মোক্লা ব্রাংলবা অবিবা পুযাগী মতমগী ফজববা মৈতৈগী চৎনবী পৌবানিক্কী ব্রাবী অদু মবিক চুম্না তবং তবং উৎথোক্লি। মসিনা পুবক্লিবা অর্থদি ঙবাং যাচঙ্খিবা নুমিৎ অদুনা যাওল্লকপা হাযবদি তুম্লুবদগী নাকল অমবোমদা ওম্মোবক্কুনা অমুক মঙাল লাকপা হাযবনি অদুগা মসিনা পুবিবা অতোপ্পা অর্থ অমনা- মতমবু মৈতৈনা তাউবোযনাই পাখংবা কৌই। (য কাল. সোহনন্ত); হাযবিবা মতমগী সিম্বোল ওইবিবা তাউবোইনাই পাখংবা অসি অথুপ মথুপ নাইনা ওম্মোকপা অবোনবা শাথুপ অমদা ফৈজি কোন্দুনা লৈ। অসুম কোনশিল্লকপগী অবোইবা মমৈগী মৈতোন্দু অহানবগী মকোক্কী মযানা চিক্কুনা লৈ। মসিগী থোইদোকপা শাওং-শাদাগী মতাংদা মকোক্তা মচি অনী পাল্লি। যেৎলোম থংবা মচিদা সনাগী লেঙ্খুম হুকই। অদুগা অতোপ্পা ওইবোম থংবা মচিদনা রুপাগী লোঙখুম হুকই। হাযবিবা মচি অনীদা হুক্লিবা লোঙ্খুম হাযবদি সনাগী লোঙ্খুম অমসুং রুপাগী লোঙ্খুম অনীসিনা তাক্লিবা অর্থদি সনাগী লোঙ্খুম্না নুমিৎপু তাকই। অদুগা রুপাগী লোঙ্খুম্না থাবু তাকই। মতৌ অসুম্না তাউবোইনাইগী মতম ককপা যাওন্দা ঐখোযগী অহিং অমসুং নুংথিল অনী অসি খাযবিবনি। মতৌ অসুম্না মদুদি মহাক্লা যেৎলোমদা যাতাদুনা সনাগী চীবেল মোনখাঙনববা মতমদা রুপাগী চীবেন্না থকলোমদা থংই মতম অদুবু থা থোকপা নুমিদাংগী মতম্বু শকখঙনৈ অদুগা মহাক্কা লুপাগী চীবোল মোন খাঙনবা মতম সনাগী চীবেন কাংঙকপা মতম অদুবু নুমিৎ থোকপা

## মণিপুরী সাহিত্যগী মঙলান

নুংথিলগী মতম্মু শকখঙনৈ মতৌ অসুম্বা নোঙাল্লকপগী নুমিৎকী শেংলবা মঙাল হুন্দোকববকপা মতম অদুবু মহাক্লা (তাউবোইনাইনা) ওযবোমদা যাতাবম্বদগী যাওল্লকপনি হাযবদু তাক্লি ।

**ব্রাফম অসিগী সভ্যতা**

ব্রাফম অসিনা পুবিবা অর্থদা যাম্নমক সভ্যতা ওইবগী মওং অমসু অসুম্মক য়াওদবা নত্তে । লাইবেল্লাবা হাযবসি পুঁলিঙ্গ ওইবা হাযবদি নুপা খঙনবা খুদমনি অদুগা মসিগী মনুংগী অর্থদা যাওবিবা তাউবোযনাই পাখংবা হাযবিবা মতমগী সিম্বোল অসিসু পুঁলিঙ্গদা চৎপা খুদমনি। যাওনবা হ্যাযবসিসু হান্না ওইবম্বদগী অতোপ্পা ফিভমদা অমুক ওন্থোক্লকপা হাযবনি । থাঙ্গৈশেংবমকসু নুমিদাং ওইবম্বদগী নুমিৎ থোক্লকুনা নোংঙাল্লকপা হাযবসিমক ফিভম অমা হান্নদগী ওন্থোকপা হাযবনি ।



মিং : ডো: লাইশ্রম শশীকুমার মুরেম্বম

পোকপা : ইরাই, থবান ১৯৪৬ ইং

লৈফম : মুরেম্বম অৱাং লৈকাই, নিউ কছার রোড

অপোকপা: লাইশ্রম বোকুল

অপোকপী: লাইশ্রম ওংবী ফমদোম নীঙোল লৈহাওবী দেবী

শিনফম : ময়াই লম্বী কলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল, নোংথোবগী ফাউন্দর মেম্বর, পি.পি. সোসাইটিগী ফাউন্দর মেম্বর, পি. ডবলিয়ু. এ.গী ভাইস প্রসিদেন্ট, ইপটাগী ট্রেজরর, রাজনীতীদা ১৯৬৪ দগী সি.পি.আই. মেম্বর ওইজরি।

হংথিবা মনা মথুং : শুমাং লীলা কাই, সেকেণ্ড তাবা লীলা ইবা অমা ওইনা শুমাং লীলা হৌজিক ফাওবা লীলা ৬০(হুমফু) রোম পুথোকখ্রে। থাম্মা ওইনা ৩ রোম শাখ্রে। ১৯৮১ দা বৌ লিখিবগী মনা ফংখ্রে। খোর্জৈ শুবা উপাধি ফংখ্রে(১৯৯৮)। মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা বাংজিনা পীবা লাইশ্রম সুভকুমার লাইফ এচিভমেন্ট এৱার্ড, ২০১৩।

মহৈগী থাক : গুৱাহাটি ইউনিভর্সিটিদা বি.এ.পাস তৌই। ১৯৭৪ দা জে.এন. ইউ.দা এম.এ. পাস তৌই। শুমাং লীলাগী মথক্তা পি.এইচ.ডি. ফংই। মণিপুরী পাউচে খোমাও, প্রজাতন্ত্র, নহারোলগী থৌনাং, হুইয়েন লানপাউগী কলমনিষ্ট ওইদুনা ১৯৯৭ তগী চহি ফাওবা লেপ্তনা থবক তৌই। শুমাং লীলাগী লাইরিক কয়াখক্তা হোতখ্রে।

শুমাং লীলাগী যোংঙ্গবশিং:

১. চীংগী ইচল (লীলা), ১৯৭৪
২. কৈদৌঙৈ লাকনি তামোচা (লীলা)
৩. জজ সাহেব (লীলা)
৪. ঙসিগী মণিপুর ১বা শরুক (লীলা)
৫. য়োংকী খুজি(লীলা)
৬. ঙসিগী মণিপুর ২বা শরুক (লীলা)
৭. মৈরিক্তগী মৈজাও (লীলা)
৮. ডাক্তর বাবু (লীলা)
৯. বাকচিংগী নোং(লীলা)
১০. কৈদৌঙৈ লাকনি তামোচা
২শুবা খুৎনম (লীলা)
১১. ওলাংথাগী লৈবাকলৈ (লীলা)
১২. থাজদনা থাজরমমে (লীলা)
১৩. মিরাং ১বা শরুক (লীলা)
১৪. ইচানি (লীলা)
১৫. ঙসিগী মণিপুর ১বা শরুক
২শুবা খুৎনম (লীলা)
১৬. মেরী (নোভেল, ১৯৭৪)
১৭. অমুক্তা উনসি(নোভেল, ১৯৭৪)
১৮. ইস্কাল সহর (শৈরেং), ১৯৭৪
১৯. শাবী লাউ লাউ (শৈরেং)
২০. অঙুবসিংু লৈমিলা (শৈরেং)
২১. ঙসিগী মণিপুর অনিশুবা শরুক,
২বা খুৎনম (লীলা)
২২. মিরাং২ শুবা শরুক (লীলা)
২৩. শুমাং লীলা অমদি মসিগী খোঙচাৎ (নৈনবা)
২৪. মসক্তগী মপাউ (ঈশৈ)
২৫. তামো (লীলা)
২৬. মেট্রেন্ট (লীলা)
২৭. শৈহেক শৈখন (ঈশৈ)
২৮. মণিপুরী সাহিত্যগী ভাইরাং, ২০১২
(নৈনা থারোং)
২৯. মণিপুরী সাহিত্যগী মঙলান, ২০১৩
(নৈনা থারোং)
৩০. থম্মোয়গী মপাউ, ২০১৩(ঈশৈ)



Rs. 180 /-